**Hayat Begam**
A Manipuri novel
By Loitongbam Pacha Meetei
Published by Loitongbam Ibungomacha Meetei



অহানবা ফোংবা — ১৯৬৭ — ইম্ফাল
মশীং — ১১০০
অনীশুবা ফোংবা — ১৯৭৪ — ইম্ফাল
মশীং — ১১০০
অহুমশুবা ফোংবা — ২০০২ — ইম্ফাল
মশীং — ১১০০

**মমল লুপা ৬০.০০/-**

ঙম্মক
অইবগী হক পুদুনা লৈবিবা মচা ইবুংঙোমচা মীতৈ

লাইবিক অসি দিক্সন কম্প্যুটর সেন্তর, ইম্ফালদা প্রোসেস অমসুং দিজাইন তৌবগা সঙাই ওফসেৎ প্রিন্টরদা নমদুনা পুথোকচবা।

# ৱাহৈ খরা

লৈখিদ্রবা, ''লোইতোংবম পাচা মীতৈ'' ইপা ইবুঙোনা ইবিবম্বা লাইবিক অসি অহানবা ওইনা খৃঃ ১৯৬৭ দা পাস পব্লিকেসনগী মখাদা ফোংজখি । মবক্তা খুৎনম অমগসু লৈখবে ।

হন্দক, ইং ২০০২ দা ফোংদোকচবিবসিনা অহুমশুবা খুৎনম্নি । হন্দক্কী খুৎনম অসিদা যাবিবমখৈ মমাংগী খুৎনমদা যাওখিবা বনানগী অশোইবশিং অদু মৈতৈ পাঙলশিং (মণিপুবী মুসলিম)গী অখণ্ড-অহৈশিংনা পুকচেল চাউনা তান্নজকবদা হবাও-হবাওনা ওইফম থোকপা বনানগী মশক (মক ওইনা মুসলিমগী ওইবা মিংশিংগী বনান) অদু তাকপীবকপদগী অদুগুম্বা অচুম্বা বনান অদুদা শেমদোকচবে । অদুগা ৱাফম অমনা লাইবিক অসিদা হান্না যাওবম্বা ছাপাগী অশোইবা ওইখিবা 'হজবত মুহম্মদ (স্ব) বু 'অল্লাহগী অশেংবা মচা' হাযবদু অল্লাহগী অশেংবা মনাই (পৈগাম্বব) হাযনা হন্দক্কী খুৎনম অসিদা শেমদোকচবে । অশোই-অবানগী খুদিংমক দুনিযাগী হুজুব মানা ঙাকপীনবা হাযজবি ।

মসিগী মথক্তা কবিগুম্বা অৱাৎ-অপা যাওবম্নবসু মীযাম্না পাউতাক ওইনা পীবীবক্লবা অমুক্কা হন্না নোল্লুক্না হাযজবি । খুৎফোং অসিদা নৱাগী থৌনা পাঙ্গল শোঞ্জবৰু শৌবীখিবা মীওই কযাবু হাযনিংঙাই লৈতনা থাগৎচবি অমনি শিংঙমলবোইদবা ইপোকসিগী লমন তোনশিঞ্জবি ।

মীযামগী

**মচা ইবুংঙোমচা মীতৈ**

তাং ০১ ডিসেম্বব ২০০২ ইং,

ইম্ফাল ।

নোঙ্গা থাকুম্নখববা
ঈপা ঈবুংঙো লোইতোংবম মধুমঙ্গল
আপোকপগী মথেক লাবা সনাখুথোকপা
পিদোন্নবা ঈতৌ কৎচৈ ।

— ইচু
লোইতোংবম পাচা মীতৈ

# অহানবা শরুক

## মৌলানা ইকবাল কুরেশি

'Sınce I lost you, I am
sılence hounted,"

– **D.H. Lowrence**
**"Silence"**

# ১

Since I lost you, I am
Silence–haunted

**– D.H. Lawrence**

"বেগম –।"

"কবিনো –?"

"অসি অমুক্তা –।"

লাইবিক অমতং ফাত্তোক্লদুনা কবিগুম্বা ব্রাহে খবা থরাই য়াওবা মতৌ পাদুনা লৈরিবী মবেম্মা হয়াং বেগমদা মনাই নুরুল হকনা অশংবা মচুগী চেখাও অদু ভুশোম্নবা মতৌ, লেংবানগী ফি মতত্তু মখুৎ নাম্মনা নাল্ল-নাল্লদুনা, মখ্বাং কোল্লপ্পা লাঞ্জরকই।

বেগমনা কোকখুমফি'দু লুতোন কুপ্পা চিংখৎলগা মনাই নুকল হকতগী চেখাওদু লৌশিল্লি। লৈনা-লৈনা যেংলকপদা চেখাওগী মনমদা থারক্লিবা লারবা মযেকশিংদু থেংনবক্লে –

"মৌলানা ইকবাল কুবেশি"

অদুগা য়ুম লৈফম খঙনবা ওইনা 'সিমতংগা থাবকই — 'জিবি'।

বেগম, খুঙহৌদে নৌরবী হকচাং থামঙমদনা নীক্লক্লম্মী । ব্রাখল অমতবু 'সিনি হায়না খনফম খঙলক্তে । চরমগী তিন ইকংনরকই । চেৎনা খুন্নম্বী পারবী কোকখুমফিনা শিংথখিবা খঙহৌদে ।

নাক্তা, বেগমগী মতৌ য়েংকঙুম তুমিন খোঙলেপ্পরম্রিবা মনাই নুরুল হকতু ফনা কুইনা লেপ্পন্নবা মতুংদা থোইদোকপা থৌদার্গদবা লৈত্রমাম্লে খল্লদুনা, লৈকোলগী অচেম্বা লৈ পাম্বী খবতংগী লৈখোঙ শেংলুনবা কাদুদগী তুমিন তপ্না-তপ্না মপাল থোকখবে । বেগমনা লাইবক্তা খুৎশাশিংনা নাল্ল-নাল্লদুনা মাগী টেবলদা অশংবা চেখাওদু খঙহৌদবা মতৌদা নীংঙাযদনা থাদবকই । অব্রা মৈচাক্তু মীৎকুপ খরতং ব্রানা খাঙলক্লগা থম্মোইবু ফুকপা মতৌনববা ফুইববা অদুগা শাংলবা নিংশা অমা হোম্না-হোম্না চীক্লবা কানুংদা বেগমনা মদোম শোঞ্জবমই –

"খু – দা ।"

খোঙনাওদা কোন্থব্রা ফাওজল্লক্লদুনা লৈনম্না লৈহানবম্বী অপোম্বী অমসুং শাৎকায়ববী উবিবৈ পুম্বা খঙহৌদ্রবা মীৎকুপ অমদা ঈকং-কংশল্লকপঙুম বেগমগী মীৎতা উরকই । মীৎকুপ খবতংগী মমাং থব্রাই য়াওনা চিংশন-চিংশন অব্রা-চৈনা শিখাঙনবম্বী নত্রগা হবাওজরম্বী থম্মোইগী হেদোই-হেগানজফম ওইরম্বী লৈনম পুম্বা নমহৈদ্রবা তমথীববা হগী মনমঙুম্না হয়াৎ বেগমগী মফমদা শকলোৎনবকই । য়েংলু-য়েংলুবা শক্তম খুদিং থম্মোইগী অদুগা মীৎকী য়েক্লফমদা ওইরকই । ঙম্নমক, য়েংলুবা শক্তম পুম্নমক য়েক্লবগী শক্তমদ ওইবক্লবা, য়েংহৈদ্রে । বেগম পুঙমদ্রবা থম্মোইদু চেৎনা নাওকোল্লদুনা অব্রা-মৈশালক মীৎ অনীমক চেজেৎ উইশিল্লগে তেমশিংলক্লে ।

অরাবা শক্তম্না মায়থুম্নরবী কোরৌ মৈশা লাংজকপনা কুপ্নায়রবী লৈকা উমশম্নরবী অমুকী থরোঙম, অরা রাখলগী মৈশালক মীৎ অনীমক চেৎনা উমশম্নদুনা মৈচাক খাঙলিবী বেগমদা ঈথঙ-খঙহৌদনা নুরুলনা চংশম্নরকগা হায়রে –

"বেগম –। ইবেম্মা –।"

"করি ?" বেগমনা তশেং-তশেং মীৎপাংনরক্লগা মনাই নুকলদা য়েংলদুনা হংলকই "করিনো –?"

"ফোন –। ফোন লাক্লি।"

"কবি –?" বেগম্না রাশক কায়ববী মীৎ অনীমক্লা, পুম্না মনাই নুকল হকতা মুম্না য়েংলদুনা ঙকচানবগুম হংলকই "ফোন –? কনাদা – কৈদগী ?"

"সাহেবননি।"

"নঙগী সাহেবনা" ঙক্লবা মীৎয়েংদু খবতং হম্লবকপগুম তপ্নপ্না খৌদাবকই "থাংলকউ – সিদা।

নুকল হকনা অশাংবা মরিদু থাব-থাবদনা ফোন অদু বেগমগী কানুং তম্না থাংলক্লম্মী। বেগম্না, লেকথরক্লবী খুদাংদু তিংথোক্লদুনা ফোনদু লৌরগা হংই –

"কবি ওইরম্নো।"

"হয়াৎ" ফোন্দা হংলকই "বেগম –?"

"মাম্নি, ঐনি, কবি ওইবম্নো ?"

"নহাক কৈদৌবি ?" হংলক্লগা বেগম্না খুম্বা নংদ্রিঙৈ মখা তাবকই –"ঐহাক বেঙ্ক মেনেজরগীদা কোফি নত্রগা চা গ্লাস অমতং থক্লকখিগে হায়না ফম্নিবনি – ঐহাক থুনা লাক্লগনি।"

"লাকপীরো" বেগমনা তেনলপ্না লোইশম্নবা হোৎনৈ "থমজরে ঐহাক।" ফোন নাক্তা থম্নে।

ঙহাক ইচীক্রনা ফন্নন্নগা, বেগমনা, টেবল মথক্তা মপু অমতংনা ‘‘ঐনি’’ হায়না চোংথোকপিবক্তবগুন্নবা, তোম্লবা মতৌ মাম্লবা অশংবা চেখাওদুদা শংত্রিক মুম্না যেংবা হৌবক্লে । যেংনা-য়েংনা লৌখৎলগা অবংবা লৈবোংনা মপুম-মবৈ ফানা লোম্লবা মোনপাক ফিদক্লা লৈমায চোন্না কুপ্লবা ফমুংদা মীৎকী পি তানা-তানা হিপথবক্লে ।

বেগমগী খুৎশাশিংদু শাংতক-শাংতক্লে । খুজিন মমাযশিংদু অঙাংবা মুক্তাশিংতনা থন্না পৈববা চীংগুম্না ইবং-লংলম্মী । যেংবদা মীৎ থক্লবা ’তিযাদা লৈতেংবা চুমথাংগী মতৌগুন্নবা, অকক্লবা মচুবু ’সিনি হাযনা তাকফম খঙদ্রবা অজমিবগী অচেম্বা লীক্লিগী খুজীশিংনা বেগমগী ওই অমসুং যেৎকী ঈ থাংলবী নৌববী খুজেংশিংদুদা নীং-তম্লবি । মশক নাইববা খুৎশা অম’নীদা সনাগী নত্রগা ঘীডনিগী মমল যান্নবা খুদোপশিংনা মশক থোক্লা লৈতেংদুনা লৈ । মতীক-মযায লৈববী বেগমগী খুৎশাশিংনা যেংবদা অদুক হাক্লা ইচু তাদববা অশংবা মচুগী চেখাও অদুমা চেৎনা পাযদুনা লৈ । চেখাও অদু পোকচ মহৈ যাঞ্জবগুম্লে । বেগমনা মীৎকী পি শিন্থবকই । মহাকথক্কীনি । মগুং লাংগীনি । শিন্থগনু হাযবা যাদে, শিন্থবোই ঙমদে । মী-পোং কনা শকথেংনদ্রিঙৈ, শুপ্লগী মনীং তমজবতংদি মীৎকী পিনা ফংজহৌসনু । মীৎকী পিনা শিন্থবক্লিবা অসিগী অচুম-অবানগী মবমদা বেগমনা থোইদোক্লা খন্থবা তৌকদবে । কাযন নুংশি মহাকথক মীৎকী পিনা শিন্থবা মহৌশা নত্তববা ? অদুবু চেৎনা পায়বিবা লিলহাগী মতৌ তম্নদুনা থম্মোইবু ওৎ-নৈগে তেমশিংলবিবা মব্রাহৈশিংসিদি পাকবগী কবি অমুক কান্নগদবা লৈবি ? পাকবগা থম্মোইবু চাকহল্লগতবতনি ।

"পাখববোই" হাযনা বেগমনা কযাবক হন্না ব্রাশকচবম্মী, কযাবক থম্মোইনা তেমশিংলম্মী, কান্নবা ফংলক্কে।

মপুম-মবৈ ফাববা ঈহৌনবক্লবী মীৎলুগী লেপ্তনা শিন্থবক্লিবা পিরাংশিংদু ফিজিনা তৈথোক্লন্নগা ফমথক্তা শকফম হঞ্জন্না নাশোন পীক্লা ফম্লক্লম্মী। শ্রিংনববী খুজিগী মখোলশিংগা ঈবোনবদুনা ফমথক্তা ফম্না-ফম্না বেগমনা অশংবা চেখাও অদু ফাক্তোকই। মনুংদা যাওবন্নিবা পাববা খুৎনা পাযবা হঙ্গোইববা নুংশিবা মনম্না হানা তৈববা চেজেৎ অদু লৌথোক্লদুনা, পাত্মবোই খন্না ব্রাশক তেমশিংলুববা মব্রাহৈশিংদু মযেক অমগী মথং ময়েক অমা তপ্না-তপ্না পাথবক্লে–

"হয়াৎ

ঐহাক থোইদোকপা লাইশোল শোন্নবোই। ব্রাহৈ খবতং'সিদা নঙগী নফমদা ফোংদোক্লমগে খন্বদগী ঙসি ঐনা ব্রাহৈ খবসি ইখিবনি।

ঐহাক ব্রাখলগী ঈপাক্ত তাওবম্মী। পুন্নমক্লসু খঙনখিবম্মী। ঐহাক মপু তাক্লমদ্রবা হিনাও অমদা তোংলদুনা পাক্লবা ঈপাক অমা লাল্লগনি হাযনা তেমশিংলম্মী। হয়াৎ — ঐহাক্লা অতিযাগী তবাগা তকক্লি শুগৎলক্লবী থাজ অমবু মতম খবা নঙগী নাপদা নত্তবগা শমজিদা লৈবাং ওইনা লৈথেৎনহন্নবা হেক্কনি হাযনা থম্মোইনা যৌনা তেমশিংলম্মী। পুন্নমক্ত ঙসিদি ঐহাক খঙলে, — হয়াৎ, যেংউ — আসমান'সিদা লৌউবা, জামিন অসিদগী নোংলীক্কী মপৈনা ফুঈনা চুখৎলকপা মপোক অসিদদি উবা ফংবা ওইথোক্লমদবে। শাংলবা ব্রাবী যাম্না লৈবি।

হৌজিক ঐহাক জিবিগী শুক্লবা উমং অমদা পুন্সি অসি লেল্লি। শাৎলিবী লৈবাংশিংসি লম যাম্না হেল্লন্নে। মখোযগী লম হেল্লবী

মতৌশিংসিদা যেংঙমদ্রদুনা ঐহাক লুকথৈ। শুক্রুবা উমংনি। পুন্সিগী অমুত্তা চংলকত্রি। কবিগুন্বা লম্মাংনখিদ্রা কিবদগী ঐহাক চৎথোকপা লৈতে। থৌওই-উশীৎতববী মতৌশিংসি য়েংনিংদবনা ঐহাক লৈরাংশিংসিসু য়েংদবে। ঐহাক্না লুকথবদুনা ইদোমতমক তুমিন ফন্নি। মীৎ অসি পি লেপ্পা লৈতবে। কনানো অমত্তনসু ঈনাত্তা লাক্লগা "মৌলানাজি –" নত্রগা "ইমাম সাহেবা" নৎত্রবসু ঐগী অশেংবা ঈমিং "ইকবাল কুবেশি" হায়না কৌনীংবা মীঙ্গৌ অমা কৌদুনা ঐনা হীক্লা-হীক্লা কপলিবসিগী মবম থিগৎলবসু লৈবদে। ঈতোমতনি। ঈস্ফালদা ইমা-দাজি (ইকবালনা মপাদা দাজি কৌই) অদুগা খঙন-চান্নবা মরুপ-মপাং কয়া, মখোযদা নত্তনা মকোয চোন্নবা কোক্তা কোকযেৎ যেৎলবা ইমাম কয়া-কয়ানসু ঐনা বামপুবদগী থোক্লক্কনি তাবদা শকথেংনগদবগী খৌবাংনমক নত্রবসু ঙাইদি ঙাইনবমগনি। মফমদুদা অসুম শুকথদুনা কপ্লুববদি মহৈ-মহৈ হংনবক্কনি। ঐনা কপ্লিবগী মবম অসিদি, – হায়াৎ তাকহৈবা নত্তে। মবমসিদগী ঈনীং-তম্মা কপ্পা ফংগদবা মফমসিদা ঐহাক্না কনা অমত্তসু শকথেংনদনা অসুম্মক হীক্লা-হীক্লা কপ্লিবনি –। ঐহাক্লা অসুম হীক্লা কপ্লি হায়বসি তাবগা নহাক থক্কৎপবা – ? নুংনাংগনু।

মফম অসি, অশেংবনি, কনা অমত্তা লৈতে। উচেক অমতংদি খোংলিবরা –অদুসু কবম্না খোংলিবনো হায়বা অশেংবা মখোলদুদি তম্বা হৈববোই। খোঞ্জেল অসিমতংদি থম্মোইদা তানীংবা পোক্লককই, ঐহাক নাকোং মেনশন্বা তৌদবে খোঞ্জেল'দুবু থব্রাই য়াওনা তাদুনা লৈরি। খোঞ্জেল অসিনা ঐগী শিন্থবিবা মীৎকী পিবু অথীংবা লৈতনা

শীন্থহল্লি । হয়াৎ, ঐনা পান্নিবসু শীন্থগদবা ঈমীৎকী পিবাং পুন্নমক খাকপা লৈতনা নীং-তম্না শীন্থখিবা অসিতনি । শীন্থখিসনু ।

নহাক্কী

মৌলানা ইকবাল কুরেশি"

বেগম কবিনো — খাঙবা ঙম্লক্তে । লোৎপা হৈববা মহু পুববা, মৱাহৈশিং অসিনা থাজদ্রবা মতৌদা, কবম্না, মতৌ অশুম্না মকা তম্লক্লিবনো ? ৱাখলগী লম্ফাংনবতা ওইবকই । বেগম, নীংশা শাংনা-শাংনা হোল্লদুনা চেজেৎ'তুদা শংত্রিক মুন্না যেংলদুনা লৈখবে ।

ঙহাক্কী মতুং —

মনাই নুকল হকনা মনিল কাববা অবোন্বা কোফিদু বেগমগীদমক পুশঞ্জবকই । মবেম্মদা লানশঞ্জবকই ।

বেগমনা হায —

"থক্ল — বোই —।"

খুনগী মমাংদুদা মহজিদ লৈবনি । মহজিদকা হেক থংননা, অৱাং ওইবপ্পা কবব লৈ । হৌজিক্তী তশেং-তশেংনা নুমিদাংৱাই ওইবক্লে — কববদা হৌবিবা লৈশিংগী লৈনম্না মথুম মবাং হৌনা শন্দোক্লবক্কুনা মহজিদতা ৱাই চাইবম্লগনি ।

লৈনম্না ৱাই চাইবম্লগনি ।

ঙ ঙ ঙ

# ২

নীংশিং ব্রাবী অমা লৈ –

হযাৎ বেগমগী মপাদু অমিব খান কৌই। থোইদোক হেন্দোক্না মমিং চৎপা মীশক অমনি । অমিবগী হৌবকফমদি বঙ্গাল লৈবাকনি । মচিন-মনাও মবি পোকই । ঙম্নমক কলিকাটাদা অচৌবা ললোন্বা মীশক ওইনহৌবে । মহাক্না চহী কুনগা মাথোই-নিথোই শুবকপদা মণিপুব থোবকপনি । মহাক বি, এ, ফাওবা তমহৌই । মতম চুপ্পদা মচীন্দা অমুবা কাংচুপ অমা থাবা লৈতে । অনান্বা ফিবোল শেং চাগল্লি । হিন্দুস্তান অসি অংগ্রেজশিংনা খুদুম চল্লিঙৈ মতমদগী লৈবাক মচা তাবা মীশক ওইনা লাক্রবা অমিবনি । মহাক্না মণিপুবদা পোক্নফম লমদমবু থাদোক্কুনা নাথৈবক্লিবা অসিগী মবমদা কনানসু খঙনদে অদুগা কনাদসু ফোংদোক্লমদে । তৌবতদি মহাক পোক্নফম লমদম'দুদা অমুক হনগে হাযবসি খন্দবে । মহাক্না মণিপুবদা থোবকপা চহী অনীগী মতুংদা সৈখ মোনিবগী মমোম – খেবগাও নিঙোল আবেদা বেগমবু নিকা শোন্দুনা লৌখি ।

মণিপুবদা লৈদুনসু মৈতৈলোল থোক্তবনা মতমদুদদি আমিব অদুক হাক্না কান্নবা ফংলমদে । মৈতৈলোল খুৎলোযবক্নবদা মতম খবা লাইনিংথৌগী লোল হন্দোকপা ওইনা থবক তৌবম্বনা, অতোপ্পা

মথৌ অমা তৌদ্রবসু অমির হৌজিক ফাওবদা অচৌ-অশাং অমগী শক্তমদা পুন্সি লেন্বা ঙন্নিবনি। লাইনিংথৌনা পীবীবম্বা লৌবি -যুম্ফম খবা, সনা-লুপা অদুগা সনা কৈথেলগী মনুংদা চাওববা পোৎযোনফম খবা কনশঙ্গহৌবা অসিননি। হৌজিক্তী অমিব লোল খোইববসু খোইনা মৈতৈলোল মপুং ফানা থোক্লে। মশাগী চহী হুম্ফুগা মঙা মপুং ফাবক্লে।

খেবগাও নিঙোল আবেদা বেগম, অমিবদা যুম্বাল্লকপা মতমদুদা শুপ্নগী চহী তবাগা হুমদোইতমক হাযগৎলকপা মতমনি। মতমদুদা অমিব চহী কুনগা হুমদোই-মবি শুবক্লে। কুইনা পানবক্লবা মতুং, অমিবনা চহী নিফুগা মঙা শুবকপদা চাবোকখি। লিনা চাবোকই। শুপ্নগী অমতং, —অদুসু নুপা নত্তে। মচা নিঙোলনি।

অদুগুম্বী তাংনা পোকচববী মচা নিঙোলদু কৌবদুনা অমিবনা নোংমা হাযখি —

“হয়াৎ — লাও ঈপা রা হাযগে — ”

মচানুপীদু চেনশল্লকই। কেথোক-মৌথোক্লুনা নাওযোকপনা নুপা মবায’মা হেন্না মঙাও থীববী মচানুপীদুনা কোইনা যোন্নবা অমিবগী খদাং মযাদা ফন-ফন চোংলৈ। অমিবনা হায়গদবা রা হাযববু—তাংনা পোকলবী মঙাও থীববী মচানুপীদুবু চেৎনা কোল্লদুনা পম্বতনি। অমিবনা পন্নদুনা লৈ।

অশুম্লতা তৌদুনা পুন্সিগী মতম পুম্বা লেন্বদি যাবা নত্তে। নোংমনা লৈবাংশিং পোমখি, নোংমনা লৈবাংশিং শাৎখি, নোংমনা লৈবাংশিং কেমখি, অদুগা অকম্বী — মাঙ তাকখববী লৈবাংশিংগী মকশিংনা নোংলিক্কী শাফুদা পোকথোক্লবক্লুনা লৈকোনশিংবু লৈ পাম্বীশিংতনা ঈশুক শুকহল্লে পুম্নমকসিগী মতুং নোংমনা

লৈপাম্বীশিংতনা শুক্লবা লৈকোন্দুদা লৈহিনা চোল্লবী লৈবাং ঙাক্তনা পুমথন থনহল্লকই । মতম অদু হৌখবে – মচানুপী হযাৎ লৈহিনা চোল্লবী, লৈকোলগী লৈবাংগুম্লক্লে । উহৈনা হৈমুন ফাবক্লবদা মকম হেনগৎলক্লবী হৈবাংনা য়োম্লবী উশিংগী মশানা অদুক হাক্না হাই হুম্লবক্তবগুম মচানুপী হযাৎ মঙাও থীবী মশাজৎ চাং যাম্না হস্থবক্লে । হৌজিক হযাৎ কোলেজ তম্রি ।

অমিবগী মল্লবা মোটোব কাব অমা লৈ । থাযনঙৈদদি অমিবনা মরূপ-মপাং উনবা চৎপদা, কবিগুম্বদনা কোযথোকপদা শীজম্নবম্লবসু হৌজিক্তী চৈন্তু অমা যাওদনদি পাঙ্গল থোক্তবমখৈ শোন্থবক্লবা মতমসিদদি অমম্বা মোটোব কাবদু মচানুপী হযাৎকী কোলেজ কাবা অমসুং কুম্লকপা থৌদোক অনীসিদা শীজিন্ননবা ওইনা থম্লে । থৌবম অনী'সিতংগী ওইনা মোটোব কাব'দু থৌনবা পাঙল অহল অমা থম্মী । চহী নিফু মঙাম্নুক শুবে । মহাক্কী মমিং সিবাজ উদ্দিন কৌই । সিবাজ উদ্দিন থা-থাগী শেঞ্জা ওইনা অমিবদগী ফংলিবসি লুপা ৮০ (মবিফু) নি । সিবাজ উদ্দিননদি নোংমগী অনীবক্তং থৌবদা থাগী-থাগী মবিফু-মবিফু ফংলিবসি যামনখবে হাযনা খল্লবনি, অদুবু অমিবনদি থাসি লোইবগা খবগা হাপ্পীবগনি হায হাযবা অমসু তাবে । কবিগুম্বা হাপ্লকপা থোক্লবদি সিবাজ থা-থাদা লুপা চাম্মমুক্তি ফংলবা যাই । লুপা চাম্মা ! সিবাজনদি যাম্না খল্লি অদুবু মসিনা অমিবগী মফমদদি কবি অমা ওইবা নত্তে । থা অমদা চাওববা পোৎযোনফম অনী শান্দোকপগী শেল লুপা লীশিং অমগা চাম্মঙা লাক্লি । থাযনঙৈ মতমদদি পোৎয়োনফম অনী'সিনা অশুক যাম্লবা শেলশিংসি মাগী মখুৎতা শিন্নবগনি হায়বা থাজবম্বা নত্তে । হৌজিক্তী কাম্নজৌ হায়না অল্লাহনা মদদ তৌবীবকপগুম্লক্লে । পঙলবা হৌখিঙৈগী মতমদু নীংশংলুবগা অহল

ওইবকপগী হৌনবা শকনা মকা লাম্না ফন্দোকলবা চাইকংদু কাঙলদুনা ঙসিদি অমিবদু তুমিন নোক্কুনা লৈবে। হৌজিক্কী মশাগী মপুন্সিবু হন্না-হন্না যেংলদুনা অমিবনা মীপুম খুদিংগা ব্রাবী শাবকপদা তত্তনা শীজিন্নবক্কে "দুনিয়া অসি অল্লাহনা নীংথিনা ঙাক শেল্লি অল্লহবু থম্মোইনা চেৎনা নীংজববা – শোযদনা পুন্সি মহৈ যানগনি।"

নোংমা কলিকাটাদগী পাউ অমা লাকই। লোইননা ইমুং-মনুং হুপ্না নন্নক্লবা ফোটো অমগা। অহল ওইবক্লবা অমিবনা পাক্লবা ইমুং-মনুং হুপ্নবা ফোটো'দুদা মুন্না যেংলুবগা ফুইববা মীৎকী পি শিন্থবদুনা খোঞ্জেল থোক্তে হাযবতং খাক্না, থম্মোই শোক্না কপ্লক্লম্মী।

ইকুই-কুইদ্রিঙৈ বেগমনা কোকখুমফি'দু শেমজন-শেমজন, চেৎনা খুন্নদুনা অঙাংবা ক্লাগী মহিনা থক অমসুং খাগী চীন্নানশিংবু ইচংথৌনা ঙাংহন্নদনা অমিবগী নাক্তা হুমাই অমগা লোইননা ফমথববে। অথুবা মতমদা, বেগমনা উদ্রিঙৈদা অমিবনা শিন্থিবিবা মীৎকী পিবু লোন্না তৈথোক্লম্মী। বেগমনা অমিবগী মাঙদা তাবিবা পাক্লবা অনম্বা ফোটোদুদা যেংনা-যেংনা মপুবোইবগী ঙকশম অমসুং চৌওন্নবা কোইবক্তা শৌগৎলক্লিবা হুমাংশিংদু কোকখিনবা খুৎকী হুমাই'দু তপ্না-তপ্না হুমগৎলকই। —মচা নিংঙোল হযাৎসু ফন্নবে।

অহানবদা বেগমনা হংলকই –

"হৌজিক্তা থুংলবিববা – অসিবু ?"

"মান্নি–" অমিবনা তপ্না খুন্নকই "চেখাও অসিসু হাংদোকপতং মঙাযবি।"

"কৈদগী – ?"

"বঙ্গালদগী। কলিকাটাদগী।" অসিতং হাযবম্রগা অমিবনা ফোটোদুদা যাওবিবা মীশকশিংদু বেগম মমা মচাদা থিন-থিন্দুনা অমমমতং ওইনা মশক তাকপীবকই —।

"তু — উ — মসিনি, ঐগী অতোম্বা ঈনাও ইসমাইল অদুগা মহাক্কী নুপী অনৱাবী বানু — থংনবিবা অসিনা মচানুপা যাসমিন" বেগম মমা-মচা অনীমক যাসমিন হাযবিবা পাখংদুদা লুকথনবদুনা শংত্রিক যেংদুনা লৈনৈ। যাসমিন হাযবিবা পাখংসি মশক ফজে। মহাক নোক্লি। মমা অনৱাবী বানুগী শাবিনা খুন্নবী লেংবান্দুদা সনা খুদোপ্লা (নত্তবগা কবিগুম্বা পোৎশক অমনা শাবা খুদোপ অমা) লৈতেংলবা মখুৎ খুৎশাশিংদু থন্নি। কোইদি হৌদ্রি (ফান্দোকখিবনবা মদুদি খঙদ্রে)। পীশুম অদু মবাং কায, শুকই। নাতোন তুম্মী। মমীৎ অনীদু শংতক্লে। লৈবোং হক্রুবা অচেপ্পা টোপিনা কোক্তা চেপ্তুক উপ্লি। টোপি'দু অমুবা মচুনি।

বেগমনা হংলকই —

"যাস —। যাস —। যাসমিন —"

"হ্যাঁ"

"কবিদি তৌবি —?"

"এম, এ, তম্বা লোইবে। লোইবতং মঙাইবি" অমিবনা মখা তাবকই "লাই শাবগী মহৈ তম্লুনবা বিলাটতা থাগনি -- হাযবি। লুহোংদ্রি।"

হযাৎসু থম্মোইগী ওইবা ৱাহং অমতংদি হংগে তেমশিংলম্বনি অদুবু মতমদু লাম্থোকখবে। ঙহাক তুমিন-তুমিন লৈনবিঙৈ নাক্তা লৈবিবা অমিবগী ফোন্দু থীংলক্রুম্মী। অমিবনা তনলৌ লৌখৎলগা হংলকই —

"কোন ? ও, হাকিম সাহেবা" অমিবনা ঙহাক তুমিন তাকুবগা ফোন্দুদা মখা তানা হাযবকই "ঐহাক কবিমতা খম্বা লৈতে —যানি অদুম্মক দবকাবগী মতুং ইম্না ভৌনবিখো। ফবে "হাঁ", মালোকুম সলাম।"

ফোন থম্মী।

বেগমনা হংলকই —

"কবিনো হাকিমনা হাযবিববো ?"

"হাজাবদুমদি বোজা লোইবগা হঞ্জল্লকে হাযবিবনি —।"

বেগম খঙলে হাকিম গাফাবনা হীদাক খবা শেম্লবা অমিবদগী লুপা লীশিং অনীতং পৃথি। অমদি শিংলক্লে অমা ব্রাৎলিবদু বোজাতং লোইখবগা পীশল্লক্কে হাযবিবনি। বেগমদু তুমিন লৈবে।

হাকিম গাফাবনদি লুনা খঞ্জদুনসু অমিবনদি ব্রাফমদুদা থোইদোক্না থৌশাদবগুম তৌই। ফোন্দু হেক থম্বগা অমিবনা মাঙদা লৈবিবা ফোটোদুদা যেংবা হৌবকই। যেংনা-যেংনা কলিকাটাদা, মনাও নুপা অতোম্বা ইসমাইলগী মফমদা থাখিনবা পাউখুম অমা ইবা হৌগৎলক্লম্মী। শুপ্নগী ব্রাহৈ পবেং অনী-অহুমদং ইখৎলক্লমগা কবিগুম্বা ব্রাখল খবা খল্লদুনা অমিবদু তুমিন ইবা লেপখবে। বেগম মমা-মচা অদুম্মক তুমিন ফম্লম্বদগী অহাংবা যুমথক্কী লৈকোন্দা ফম্লদুনা, খ্বাঈবম্বন্দ কৈথেলদা কাখৎনবক্লিবা মশীং থিঙমদ্রবা মীশকশিংবু যেংদুনা হুমাই অমমম হুম্ল-হুম্লবদুনা কাখৎনখবে।

চীক্লবদুদা অমিবনা অমুকসু ইগে তেমশিংলকই অদুবু কবিনো ইগদবা ? খনফম খঙদ্রদুনা অমুবা লংলবা কাংচুপতু চুপ্লদুনা কম্না চিংশল্লুববা কৃংলবা মৈখুদু লোইবা লৈতনা কামথোবকই।

৺ ৺ ৺

# ৩

কনাগুম্বশিংনা হোটেলগী মনিল কাববা চা থক্লবদুনা লেপ্তুববা ব্রাবী শানৈ, কনাগুম্বশিংনা অঙন্বা অযুক্কী চেফোং পানৈ, কনাগুম্বশিংনা লোইবা নৈতববা অকন্বা মবৈ অমদা ঙবং-ঙবং ঙংখৎনৈ অদুগা কনাগুম্বা খবনা পুন্সিগীদমক্তা শেল পানদুনা হেঞ্জন্নবা যাদমখৈ কুপশন্নবি । অঙন্বা অযুক খুদিং খ্বাইবম্বন্দ কৈথেল অসি অশুম্না থৌদোক কযা থোক্কনা তোক্কে ।

কোবৌহম্বনা 'তিযাদা অসুম-অসুম কাখৎলকই – হৌজিক্তী মশেক-মঙাল মপুং ফাবে । ঈহৌ ঈকানবক্লবী হযাৎ – হকচাংগী কয়াৎ পুম্বা ঈনিন্নবক্লে । ইল্লম্বী ইন্নফি লৌথোক্লে । নাক্তা লৈবিবা ফিয়ান্দা মওং-মতৌ নাইদনা যানশল্লি । টেবল মথক্তা লৈবিবা মনিল কাববা চা কপ অদুমতং পাযখৎলগা অযুক্কী চা থকপা হৌই । পাযখৎলুববা চা কপ 'সিমতংদি থকখিগে খম্বনি অদুবু ঙাযঙমদবনা তংখাযতং চল্লকপদা হযাৎ চা থকপা লেপ্লে । খুৎকী কপ'তু টেবলদা তপ্না থম্লদুনা মাঙগী চেজেৎ'তু পাবা হৌবকই –।

চেজেৎ অসি মপা অমিবনা ইবনি । বাঙ্গাল লৈবাক্তা লৈ হাযবিবা মতোল ইসমাইল অমসুং থম্মোইনা মীপুক খবতং নুংনাংলুববা মবুং থোকইবা যাসমিন, মদোন অনব্রাবী বানু মখোয পুম্নমক্তা থাখিনবা পাউনি । চেদু লমায ফন যাম্রি – হৌজিক্নক

হাথু-হাথু পাবনদি লোইবা ঙম্লোই । ঙবাং খবগা পাখবে, খবদু পাৰুবদগী ঙম্নমক পার্নীংবা অমা পোক্লক্লদুনা হযাৎনা তুমিন লৌশিল্লকপনি ।

"সলাম অমসুং দুৱাগী মতুংদা

ঈচা ঈনাও নখোয পুম্নমক্কী নফমদা লমদম তান্নবা মফম অসিদগী ঐহাক্না ৱাবী খবতং শাবি । তাও । ঐহাক্কী মপোক থীববনি মবমদি পবৱবদিগাবনা পীনবীবক্লবা ঈমীৎ অনীসিনা নখোযবু অমুক্তা ওইববসু উবা ফংদবে । নখোযনদি থাপ্লক্লবা মফমদুদগী ঐবু নীংশংলক্লি – কযাদা নুংঙাইবা –"

অসিনচিংবা –

মবোল কযা ঙবাং পাখবে । পাউ অদু থম্মোই শোকপা মতৌ মাল্লি । ঙবাংদি অসিগুম্বা ৱাহৌদোক্কী মশক ওইববা ৱাহৈ ঙাক্তনা লম কনশন্দুনা চেনা ফন যাম্না হৌহনখবে । ঙসি ঈমুং-মনুংগী মতাং অসিদনা হযাৎনা মওং-মতৌ কযামকম চেন্নববা মবোলশিংসি অমুক থেংনবে –

"ইসমাইল, নঙগীদি নচা নুপা অমা যাওবে । নুপা ওইবা ঐখোযগী পুন্সিসিদা খ্বাইদগী হেন্না ঈথৌদাংদি ঐগী-ঐগী খান্দানবু দুনিযাসিদগী মুৎহন্দবতনি । নহাক্কী নচা নুপাদুনা নঙগী ঐগী খান্দানবু মুৎহলহৌদবা ওইবগনি । নহাক্তি পোক্লকপগী অচৌবা নথৌদাংদু পাংথোক্লে, হুজুবনা চান্নীবা ওইসনু । নঙনা নচানুপা অমা পোক্লে তাবদা অদুগা মশক অসি যেংবদা নঙগী মঙাল ফংলবা নুংঙাইববা পুন্সি অদু ঈযাম্বনা কল্লকপা অমা থম্মোইদা পোক্লক্লি, মসিদা হুজুবনা ঐবু ঙাকপিফম থোকই । নত্ত্রে, অদুক

হাক্লা কল্লকপদি তৌদবে মবমদি ঈযাম্বগীসু ঈচানুপী অমা পোক্লে। ঈযাম্বগীদি মহাক্লা লোইবে। ফোটোদুদা যেংউ —ঐগী যেৎ থংবদা, ঐগী অচোইবা কোকযেৎকী ফিদোন্দা যান্নবগুম লেপ্লিবী মঙাও থীবী মতৌ মাল্লবী নুপীমচাদু নযাম্বা ঐগী তাংলবী ঈচানুপীনি। মহাক কোলেজ তম্নি। কবিগুম্বদা নহাক্লা ঈনাও নুপীনা নত্তবগা ঈচানুপা যাসমিলনা ব্রাবী ব্রাতাযনগে হাযবক্লবদি নহাক্লা মখোযদা তাকপিযু – মাগী মমিং 'হযাৎ বেগম' কৌই হাযনা অদুগা পাউ থানদুনা মবী-মতা ওইবগী মশক খঙনহনসি।

ঈযাম্বদি নচানুপী অসি নহাক্কী নচাগুম্না বিলাটনচিংবা মফমদদি থাববোই। বি, এ অসিমতং লোইবগা হৌবকফম ফবা মতিক চাবা পাখং অমদা যুম্বানহনখ্রগে খল্লে। ঐগী লৈবিবা ইবল-ইথুম পুম্বা ঈমাকনুপা অমসুং ঈচানুপীগী মমিংদা থন্নগনি। মবমদি মখোয অনী নত্তনা ঈযাম্বগী কনা অমা লৈবাক অসিদা লৈতে। কুইনা থিবক্লবা মতুংদা অপাম্বা মীশক অমতংদি হন্দক ফংলে। পাখং অসি এম, এ, নি হৌজিকমক্তি বানচিগী মনুং চম্বা কানকে কৌবা মফমদুদা লৈখ্রি। কানকেগী মমিং চৎলবা ইনাক-কৈবাক খুনবদা মপা লৈতববা সৈদ অব্দুল লতিফকী মচানুপা গিযাস হাযবা পাখংদুগা যাম্না চান্নবা মরুপ্নি। পাখং অসি অদুক হাক্লা মবল-মথুম লৈতববসু – ঐহাক খঙই মহাক অসি লৈবাকমচা তাবা ঈমুং-মনুংদগী হৌবকপা মোং-হাদবা পাখং অমনি। ব্রাদি লোইনদ্রি। অদুবু পাখংসিগী মফমদা নচানুপীসি শিন্নথোকখবগে হাযনদি ঐহাক চপ যুংনা লেপ্লে। মমিংদু নঙসু খঙজল্লু – অশবফ অলি কৌই। যাওখিবিবা অপীকপা ফোটো'দু মহাক্কী ফোটোনি।"

"অশবফ অলি – "

হযাৎ পাবা লেপ্নে। লেমহৌবিবা যান্নবা ব্রাহৈ পবেংশিংদু অমুক হন্না যেংথগে নত্তবগা পাথগে হাযনা থম্মোইনা তেমশিংলক্কবে।

মঙগী মতৌগুন্নদুনা থব্রায যাওদবগুন্নবী খুৎজেং অমসুং খুৎশাশিংদু শীজন্নবদুনা চেজেৎ অদু থুপচনখবে। মখুম চেৎনা খুমজিন্নি।



# ৪

লাক্লিবা নুপীমচা অসিগী মমিং ফতিমাহ কৌই । লৈফম্না খেবগাওদগী । ইকবালগদি ঙেক যুমথংনবা হাযবদু যাবে ।

নুপীমচাসি মবক-মবক্তা হযাৎকা শকথেংনবা লাকই । হযাৎনা মমা বেগম অমদি অপাজানদা নুপীমচা মমান্নবীসিগী অশেংবা মশক্তু তাকই ““মহাক্কী মমিং ফতিমাহ কৌই চান্নববী সহেলিনি” । মবমসিনা ফতিমাহগী মফমদা মমা বেগম অমসুং অপাজান অনীমক্কা থম্মোইগী চিংনফম ওইবা অমত্তা লৈতে । তোইনা-তোইনা লাক্তবা কবিগীনো হাযনদুম শাওবা শাই । অথীংবা লৈতববী ফতিমাহনা থাক নাইববা চেক্কী যুমথক্তু কাখৎলক্তুনা অনীশুবা মথোলগী মবীশুবা লৃ হেল্লবা কানুংদুদা চংশল্লক্তুনা হযাৎ বেগমগা উনববে ।

ফতিমাহ উবদা হযাৎ হবাওবগী ঙমখৈ থেংলক্লম্মী । মতৌদু যেংলক্লগা যুমথুংলবতং মঙাযবিবী চান্নববী ফতিমাহনা হাযবকই –

““অদুক – মিপাইখি’নু – কাবাম্বী, – তপথৌ – ।”

““ঐনা কবি কাবান্নবে ““হযাৎনা থেক্ল-খোইন, তখৎনন নোক্লদুনা হায ““খেবগাও নীংঙোল তৌ’ঙম্বী –।”

"কৈথেলতাবা — মীহাৎপী, অঁদুদি "

ফতিমাহনা ৱা লোকখিবম্মী।

অনীমক হৌনা-হৌনা নোকমিন্নবে।

চেক্কী যুমদু ইনিল নিলহন্নম্মী। নোকপদু হন্থবকপগা হযাংনা কনাদনো অমদা তাননবা লাওবকই —

"কোফি — "

অনীমক তুমিন-তুমিন লৈনবে। ফন কুইনা তুমিন লৈবক্লবদা ফতিমাহনা হৌবকই —

"ঐহাক লাক্লে — "

"অশুক কুইনা লাক্তবদি কৈদৌবে ?"

"লাক্লীংদে —।"

"লাক্লীং — লোই" হযাংনা পোমশাওনবা শাবদুনা হায — "কবি' লাকপীবি অদুদি ?"

"অকবা— " ফতিমাহনা হায "লাক্তবা যাদবা অমা লৈববা, অদুননি।"

"কৈনো হাযযু ?"

"হাযবসিবা —?" ৱাখল তৌবা মতৌ মাল্লি।

"হাযবো কবিনো — ?"

"তু — উ।"

পাউখুম পীবগুম অসিতং হাযবন্নগা ফিনুংদা লোৎলক্লিবা থাববা চেখাওদু টেবল মথক্কুদা মমল ইযাও যাওহন্দনা পোপ থাদবকই। অদুগা হায —

"সম্রাৎকী পাউজেলনি। চেকশল্লু।"

"সম্রাৎ ! সম্রাৎ ! — কনানো সম্রাৎ হাযবদে !?"

"থম্মোই অমগী সম্রাৎ" ফতিমাহনা থৌশাদনা কোযেং যেংলদুনা হায "হযাৎ বেগমগী থম্মোইবু থৌনা লৈনা খুদুম চনশনখ্রবা মথৌনা লৈববা সম্রাৎ ইকবাল কুবেশিবুসু কাওবল্লবা ?"

মনাই অমনা কোফি পুশল্লকই।

"বে — সবম" হযাৎনা যেন্নিংহল্লকপা মতৌ থম্মোই তানা নোকচবল্লগা হায —

"অদুদুম থকউ হিচাংবী — "

ফতিমাহ চা নত্তবগা কোফি অদু চিংশন্বা ঙমখিদবে।

মমীৎ অদুনা হযাৎকী ফনেক ফিদোন্না কুপশন্নবা হোৎবিবা, লৈমাযদা তাবিবা ফোটোদু উবক্রম্মী। ফতিমাহ নোন্থখবে। খান্বা নংহৌদে। তনখুন খুনগৎলকই। হযাৎ মমায ঙাংখবে। ফুইববী অদুগা লমশাং'নববী নিংশা হোনখবে। তুমিন লৈ।

ফতিমাহনা ফোটোদুদা ঙক পৈবপ্না থব্রায যাওনা যেংলম্লগা হাযবকই—

"মশা অসি তনাপ-তনাপ্পী। পাখং'সি মথৌনাদি লৈগদবা মান্দে।" হাযবম শোল্লম্লগা হযাৎতা হংলকই "কনানো মহাকসে ? সম্রাৎ ওইগে হাযনা তেমশিংলিববা ?"

"অপাজান — । অপাজানগী —।"

"খঙলে" থৎলদুনা হায "খঙলে, মমিংদুতা হাযযু — কবি কৌবা ?"

"অশবফ" হযাৎনা তৌফম খঙজবক্তববী মতৌদু উৎলদুনা হায় "খঙববা অশবফ অলি - ? কান্নদবা ব্রানি।"

ফতিমাহদু যেংলি।

"ফতি" হযাৎনা থুগাইবগুম হাযবকই "পাউ অসি কবি হায ঃঙববা, নহাক পাবব্রা ?"

"পাদ্রি, ঐ চৎখ্রগা নহাক পাহৌ।"

ফতিমাহদু ফোটোদুদা অদুম্মক যেংলি।

হযাৎ তুমিন লৈবে।

ফতিমাহনা ফোটোদুদা যেংলিবদু অমুক লেপ্পা লৈতবে। খাল্লুবসু যাদে। মীশক অদুবু অমুক চোম্থ্না যেংহন্নসু পামদে, হযাৎনা হংলকই—

"অদুক মুন্না-কবিবু যেংলি ? ব্রাবী শাসি ফটি —। সে —" হযাৎনা ঙাংনা-ঙাংনা ফতিদগী ফোটোদু খংমুন মুল্লি "ব্রাবী শাসি হাযবা।"

"মহাকসি যেংলগা" ফতিনা হায "ওন্থোক্লা তমথীববা মতম অমা ঐগী মীৎসিদা উবক্লে —। "

"হাযযু — ?"

"সম্রাৎ ইকবাল কুবেশিগী মবাই চাযথবকপা।"

"ওইথোক্কে —।"

থোকহন্নীংদ্রবা মতম অদু থোক্লোই ওইথোক্কে হাযনা থৌনা লৈনা খুম্রক্লম্মী। হযাৎ, থৌনা লৈনা খুমদুনসু খাঙঙম্রক্কবে। খঙহৌদনা মীৎকী পি ঈচেল নাইবক্লে। অহাংবা নাকনগী থোংনাওদা পিবোইনবক্লবী মাযথোংদু লৈথোকই। অচাইবা পিবাংশিংনা শম্না ফিখন্নবক্লবা মীৎযেংদুনা মবাল লৈজদ্রবা অহাংবা অতিযাদা তাইনদনা শংত্রিক য়েংদ্না লৈখিবম্মী।

❦ ❦ ❦

# ৫

ইকবালগী মপাদু অলম কৌই । মহাক যেলহৌঙৈগী মতমদা মৌলুবী তম্নুবনা পুন্সিগী মতম খবা হৌহনখবে অদুবু মপুং-মবৈ ফানদি তমখিদে । মৌলুবী তম্নুবা মতমদুদা অলমগী মমিং "আবু বকব" হাযনা কৌখি । আবু বকব হাযবিবা মিং অসি ইস্লামগী অহানবা খালিক অমগী মমিংনি । খালিফ অসি অল্লাহগী অশেংবা মনাই, হুজুব, মুহম্মদকী চান্নববা হৈ-শিংলবা মরুপ অমসু ওইখিবম্মী । অসিগুম্নবা মীশক অসিগী মমিংসি পামজদুনা অলম মশানা-মশাগী মমিং ওইনা মতমদুদা থোনজখিবনি । অদুবু মৌলুবী তম্বা লেপখিবগা লোযননা মহাক্কী অথোম্বা মিং "আবু বকব" 'দুসু ঈথক্কী মতৌ, অদুম্মক মুৎখবে । মিং অদু মৌলুবী তম্বগী মিংজন চেমাযদা লৈবমগদবতং মঙাযবে । মশাগী "আবু বকব" কৌবা মিং অমা লৈখি হাযবসি মতম্না কুইশল্লক্রবদা মশা ফাওবনা অকাও ঈপাক্তা মবক-মবক্তা থুমহৎলক্লে । মতম অদু হৌখবে, মিং অদুসু মুৎখবে ।

অলম লৌ উদুনা পুন্সিগী তাকঙমদ্রবা শরুক খবা অমূক হৌখবে । মতুংদা খুনগী সৈখ যাকুব কৌবা অহল অমদগী তমশঞ্জহৌদুনা হৌজিক্কী নীংথিনা লৈবোং য়েকপা হৈবা মীশক অমা ওইনা ঈম্ফালদা লৈববে ।

তমজনীংবা মৌলুবী তমঙমহৌদবগী অকাযবা ব্রাখন্দু হৌজিক ফাওবদা মেনশন্বা নত্তবগা শমজন্বা ঙন্নমদে । মৈচাক অদুনা অলমগী ব্রাখল অমসুং থম্মোইদা মুৎপা লৈতনা মৈশা লাংহল্লি । মবমসিদগী মচা অহন'সিবু মেত্রিক্তং লোইহল্লগা কবিগুন্বা মফম অমদা থাদুনা মৌলুবী তমহনগে হাযবসি যেলহৌঙৈদগী খন্দুনতা লৈবক্লবা অলমগী অচেৎপা ব্রাশক অমনি ।

ইকবাল কুবেশিনা, অমিবগী তাংনা পোক্লবী মচানুপী হযাৎ বেগমগী ব্রাখন্দা লুপ্পকপা কুমজা অনীতং হাযগৎলকখিবা মতমদা নোংমা হাযখি —

''হয়াৎ — ঐহাক চৎপদা তাবে — ।''

''লেপ্পববা ?'' হযাৎনা হংখি — ''বামপুবদা — ? শোযদ্রববা ?''

''মান্নি শোযদ্রে ।''

অদুদগীদি অনীমক তুমিন-তুমিন চৎলি ।

হয়াৎ মমাগী মপামদা লাকপনি । অদ[illegible]গীদি ইকবালগা [illegible]থেংনদুনা ব্রাবী খবা শানবগীদমক্তনি । থেংনবে । [illegible] শামিন্নববে । [illegible]খেবগাও খুনগী মযায ফাওনা চৎলিবা খু[illegible] [illegible]কল অনীমক্তা ব্রাপলগী ব্রাশাশিংনা পৈশন্নবা অপীকপা লম্বী মচাদুদা, কাযনবমদাইগী অদুক হাক্লা নিল খোংদবব[illegible] [illegible] বাবী অসি শাবদুনা তপ্পা-তপ্পা চৎমিন্নবি । বাবী [illegible]সি যৌবকপদা মশানা চীকচববা বাবীদু অমুক্তা হেন্না চীকশনখবে । ব্র[illegible]গী অশংবা ব্রানাশিংগী অশংবা মনম নম্নবক্লে ।

হৌজিক ফতিমাহগী চীক্লবী কান্ংদুদা চংদুনা অবোইবা ব্রাবী খবতংগা শামিন্নকখিবা তাবি । [illegible]সিগীদমক্তা ফতিমাহনা হান্ননা শিল্লন্নগদবনি ।

ফতিমাহগী চীক্লবা কাদু' — মতু নাল্লবা য়েন মচা অম কোযচেন চেন্দুনা শাম্নবম্মী । অচম্বা য়েন নত্তে, অমোৎপা চিঞ্জা পীজদে, চাদে, ফতিমাহনা চেৎনা নাওকোঞ্জবনি । ফতিমাহগী থম্মোইগী অবোম্বা ব্রাফম পুম্বা য়েন মচাসিনা খঙদবা লৈবন্নবোই ফতিমাহনা থোকখিবগা যেন মচাদুসু ফতিমাহগী লৈমায় থেং চিংলিবা ইম্নফিগী ফিদোন্দা তুন্নবা মচীন্দুনা কক-কক চীক্ল চীক্লদুন কাদুদগী মপান অদুম থোকখবে ।

কাদুদা কানা অমা লৈতবে । শুপ্নগী মখোয় অনি তুমিন-তুমিন ফম্নবম্বদগী, —অচীকপা থুগাযবগুম ইকবালনা হয়া বেগমগী, কোকপু খুন্নিবী কোকখুমফিদু তপ্না হাইদোক্লদুন হাযবকই —

"চীংলোন মাপল — লাম্বা তাবে ।"

হযাৎ চীকশনখবে ।

হযাৎকী মীৎকী পি শিন্থবকই । কবম্বা অব্রাবা ব্রাহৈগী থম্মোইগী পাউজেল পুবক্লিবা মীৎকী শিন্থবক্লিবা পিবাংনো খঙ ঙমদে । চীক্লবা কানুংদুদা ইকবালসু অদুম্মক তুমিন চীকশনলক্লে কবিগুম্বা ব্রাহৈ অমতংবু হাযদোক্কে হাযনা খনখিদবগুম্নে ইচীক-চীক্লম্মী । ইকবাল কুবেশিনা নীংথিনা শুদোক্লবা ঈক তা মনম চেল্লবা 'কমাল' অমা চেৎনা পায়বদুনা শিন্থবক্লিবী হযাৎ মীৎকী পিশিংদু নাস্থোক্লম্মী ।

থম্মোইশিংদু নৌথনবক্লম্মী ।

"পব ব্রব — দি গা-ব- ।"

"চুম্মী" ইকবালনা হাযবকই "পব ব্রর দিগাব — মহা মদদ অদুতং মঙাযবে ।"

কাদু অমুক চীকশনখিবন্মী !

চীক্লুনতা মতম শাংনা হৌখবে ।

*　　　*　　　*

মঙাও থীববী ফতিমাহনা শুমাং মতোন্দগীবা, অনকপা মফম অমদগী ঈশৈ ঙংলকই —

"ইমাগী ইবুংঙো
ইমানা জিলাগী কৈথেলদগী
চাওনবা যোক্লকপনি, — অবেদা ।"

☪ ☪ ☪

# ৬

ফতিমাহনা লাক্লম্বা নুমিত্তুদা – – – – –।

হৌজিক্কী ফতিমাহ চৎখবে ।

হযাৎনা চেখাওদু হাংদোকই । অহানবা ৱাহৈশিংদু থেংনৈ ।

‘‘সলাম অমসুং দুৱাগী মতুংদা --

হযাৎ, ঐ নঙবু লাপ্না নীংশং খুৎকৌনবক্নি, তাও ।

কবিগুম্বদা, শাংনা শকথেংনবক্তবদগী নত্তবগা কনাগুম্বদা থম্মোই কৎখিবম্বা থোকখিবদগী নাথোই লিচিংনা যোল্লমদুনা ঐগী নুংশি খুৎকৌবু তাবোইদবা লমচৎ অদু ঐগী বেগমগী মকা যৌবমদবা ওইহল্বীসনু হাযনা ঐনা আল্লহবু তত্তনা খুবল্লি ।

অদুঙৈ চীক্লবা কাযনা কানুং (ফতিমাহগী কানুংদুবুনি ঙসি ঐনা কাযনা কা কৌবিবসি ) ’দ্দা ঐনা ঐগী কমালনা নহাক্কী শিন্থখিবা পিবু নাম্থোকখি । (মদুগীদমক্তা লমল শিংঙু হাযবা নত্তে, অদুক, থাপ্লক্লবসিদা থম্মোইনা নীংশিংলকপতনি) ঐগা কাযনবগনি হাযবগীদমক্তা ‘‘নুবা’’ অমনা পি শিন্থখিবা কবম কাওগনি ? চাওববা লমল অদু ঐনা কবম শিংগনি ? ঐহাক কাওবসু অদুগা লমল শিংবসু ঙম্লবোই ।

নহাক্কী ব্রাখল য়াওদবা ভুপ্নগী মীকুপ অমতং ওইরবস্ ঐগী পুন্সিদা থিবা ফংলবোই। ঐহাক্না হিংলিবা অসিমক নঙগী ব্রাখলগী মপান্দগীনি হাযবদা, —কনানো হাযমল্লি হায়না ঐবু নোক্নবগদবা ?

মীওইবশিংগী পুন্সিগীদমক্তদি অল্লাহনা খুদুম চনশনখবে নহাকসু খঙলিবনি অল্লাহগী চান্বী মতেং ফংদ্রবা কনা, দুনিযা'সিদা হিংঙম্বগে ? অদুগা ঐহাক্কীদমক্তদি — হযাৎ, থাজৌ, নহাক্না খুদুম লাক্নবীনি।

ঐহাক খদাং অমসুং চীনবান অনীমক শাংলবা ইকোই চোন্নে। ব্রাশক অমা ঙাক্লিবনি মসি। নহাকসু খবতংদি খঙলিগনি। নত্তবা ? অশাবা মফম অসিদা লৈবনা ঐহাক কুচু অসি খবমখৈদি লৈশল্লে। কুচুগা থম্মোইগা কবিসু মবী লৈনবমদ্রে। কবিগুম্বা মবী লৈনবন্নবদি কুচু অসিনা হোংলক্লিবা অসিগুম থম্মোইসিসু খবমখৈদি হোংলকফম থোকই। অদুবু হযাৎ, থম্মোই অসিদি ঙসি ফাওবদা খবতংদন্থ ওইববসু হোংবা লৈত্রি। যেলহৌগুম ঐগী থম্মোইসিনা নহাক্তবু নীংশিংলি। ব্রাখল অসি কবম্বা মতম কৈদৌঙৈ ঐগী থম্মোইদগী মুৎলবগনি ? পাক চাওববা ঈথক্কী আসমান অসিনা অশাবা মৈশাগা লোযননা কীন্থবকপা থোক্নবা, মতম অদুদা থোক্নগদবা শক্তম অদুবু কযামৎ কৌই। অদুগুম্বা তমথীববা কযামৎ অদু লাক্নফাওবদা, দুনিযাসিনা মকুপ কযা থোক্না তুম্না মাঙখ্রফাওবদা, থাজৌ ইকবাল কুবেশি ঐহাক নঙগীনি।

বামপুবদা লৈবিবী থব্রায পান্বী অদুগা শকহেল্লবী নুজাশিংসি ঐগী ঈমীৎ অসিনা উদবা ঙমদে। কবিগুম্বদা পাক্নবা লমজাওদা ঙহাক্তং কোযথোক্লুববা অদুগা লৈনা-লৈনা যেংলুববা, লম্বী নাক্কী ব্রাংলবা যুমথকশিংদুদা ফিজেৎ কোম্নবী ইথীলনা মশা পুম্বা থুমহৎতুনা

খাংঙন্নক্তরবী মতৌ মাল্লবী শকহেন্বী শানৌশিংনা কাংবু-কাংবু নাইনা লম্বী চৎপা নুপাশিংবু য়েংদুনা লৈনবিবদু উবা ফংই । মখোয়গবু য়েংনবা থোক্লববা মীপুম খুদিং, মখোযনা নৌববী মখুৎশিংদু তপ্না-তপ্না খৎলদুনা নোক্লদুনা কৌশল্লি । ঐবুসু কৌশল্লকপা যাওই (নুতিগী চৎলবনিনা নোংম-ফাদোকসু কৌশিল্লক্তবা য়াববা) নহাক থক্কৎকনু মখোয়না কৌশল্লকই হাযবদু মঙায ঐনা হন্না ফাওবা য়েংলম্বা নত্তে। কবিগুম্বদনা ওনশন্দুনা ঈযানা শাযবিবা ঙাংলবা ক্কাগী মহী, কবিগুম্বদনা তিন্না, মখোযবোমদা ওনশন্দুনা শিংচল্লম্মী।

ব্রাংলবা লাইশং কযাগী তুন্নবা মতোল তত্তনা উবা ফংই। উকবগা থম্মোযদা নঙতবু নীংশিংনফম ওইবকই। চীং-তুবেল-পাৎ (ঈপাক) অদুগা লমহাং, ঙম্নমক উবা ফংই, নহাক্তবু নীংশিংনফম ওইবকই। খাংঙমদবে, ঐহাক যেংখ্রবোই ।

নহাক্লা লেপ্লিবা থম্মোইদুতবু লেংদবা ওইবীযু (চাঞ্জ ব্রাহৈনি হয়াৎ) কুইদবে নঙ-ঐগী নুংশি পন্থুংগী খৌবাংলবা পুংজা অদু লাক্লগনি। মীকুপ নত্রগা পুংজা অদুতনি ঐহাক্লা খৌবাংলিবা, মবমদি ঐগী পুন্সিসিদা অপাম্বা পোৎশক অমতং খুদানা পিনবিগে হাযবিববদি অমিবগী মচা নিংঙোল হযাৎ, ঐগী হযাৎপু ঐগী পুন্সিগী লোযনবী ওইহন্বীবা অসিতনি । নহাকপু ঐগীনি হাযজবা ফংদ্রবা – ঐগী পুন্সিদা ঐনা, হাজাবনা খুজিং ওইববা দুনিযাগী থব্রায পান্বশিংসিবু শেম্লিবা অল্লাহবু থাজবা অদু থম্মোইদগী কোকখিবা থোক্লবা মতমদুদদি ঐহাক কবি ওনখ্রগনি ? মশানা তাবনি, ঐহাক্কী পুন্সিনা সৈতান ওন্দুনা অপুম-হনাইনা থল্লবা দুনিয়াগী মফম কযাদা কোযনা পাইখিবা ।

''বিসমিল্লা হিববহমান নিববহিম''

মহাকপু ঈকোক থোংলদুনা নত্তবগা মখোঙদুদা তুবদুনা খুদা মাগী মতিক-ময়াইসি থাবদুনা ঐহাক ব্রাশক্লিবসিনি — "মতম খুদিং ঐহাক নঙগীনি" হায়না । হৌজীক মগবিবকি মতমনি । ঐহাক মগবিবকি নমাজ শোম্বা হৌবে ।

নহাক্কী
ইকবাল
বামপুব



# ৭

মতম হৌখিবন্মী ।

হৌগৎ কাংখৎ ঙম্লক্তবনদা অমিব নাম্না থাববা ফমথক্তা লোংনা, কবিগুম্বদনা চেপ্পা হিপ্লদুনা অংগ্রেজ লোনগী লাইবিক অমা কুইনা লৈবগা মমল যাম্লবা চেনাশিংদু শুপ্নগী অমমমতং ওইনা চেকশন-খোমজন ফাক্রদুনা পাদুনা লৈ ।

বেগমনা পাববা অদুগা ঙৌববা কোক্কী কোকখুমফিদু শেম্ল-শেম্লদুনা চংলকলম্মী । নাক্তা চপ লেপ্লবগা হংলকই — "হকচাং অদু খবতংদগু পোথাবা যাবিদ্রববা ? থাওসি খবা চাযসি ।"

"চাযবকউ — " লাইবিক অদু চেনা মফম খঙনা খুমজল্লগা খুৎনা পায়না-পাযনা অমিবনা বেগমবু যেংলদুনা হাযবকই — "চাযবকউ । বেগম । খবতং চাযবকউ ।"

বেগমনা মনম নুংশিববা থাওগী মবিক-মবিক্তু নাল্লবা কা অদুগী মচি-মকম শিন থুংনা কোযনা চাযকববা মতুংদা অমিবগী নাল্লবা ফমথক্তুদা খুৎচায তপ্না-তপ্না চাযথবক্লম্মী । নুংশিববা হৈনম-লৈনম্না কানুং অদু শিন্না, খঙহৌদনা শন্দোবক্লম্মী । অমিবগী চোকথববা পোৎথাফম খঙলমদ্রবা হকচাং, খবতং

তেকখৎলকপগুম্নক্লে। খুমজল্লুববা খুৎকী লাইবিক তপ্না, তপ্না-তপ্না অমুক ফাকপা হৌবকই। নংহৌদে, — নাক্তা খুযা ওইবপ্না ফম্নিবী বেগমনা লাইবিক অদু অমিবগী খুত্তগী তাপ লাকশঞ্জবগা হাযজে —

"লাইবিক পাবনা অমুক হেনখবে। মানা মহেনখবে হকচাং শোকপা।"

"শোক্লোই" অমিবনা হায "পীবকউ বেগম।"

"শোক্কনি, হাকিমনশু, ডাক্তবনশু, ঙম্মমক্লা যানদ্রবনি" হাযবম্নগা অমিবগী মোন্নাক্তা পৈবিবা পাদক-পাদক্লববা লাইবিক মযামদু যেংলদুনা হায — "সিমতবু নত্তবি। অশুক যাম্বা লাইবিকশিংসি পাগে থৌবাংবীবম্নি ?" শাওনা মতোমতা শোঞ্জবগুম বেগমনা মখা তাবকই "যাদেকো হাযবা খঙলমক্তদা থৌবৈতবা কনানো অহলসিদা অবৈমখৈ পীশল্লম্নিসিবু।"

"কনা থাদুনা, নচা নীংঙোলসি থাদুনা ?"

"ঈচা নীংঙোলশু অদুগা অশবফশু। মখোয অনীমক চৎমিন্নহল্লুই ঐনা।" অমিবনা মখা তাবকই" পাক ফংবা লাইবিক নক্তে কুইনা ঙাইবক্লগা হন্দত্তঃং ফংলিবসিনি। পুম্সিগী লোইবমদাইসিদা মহাক্লা ইবম্বা ব্রাহৈশিংসি অমুক্তংদি থেংনবমগে পাবমগে খন্দুনা ব্রানা-ব্রানা পাবা হোৎনবিবনি।"

"মহাক্লা ইবা ?" বেগমনা হংলকই "কনানো মহাক হাযবদি ?"

"হুজুবগী মঙাল ফংলবা অশেংবা মনাইগুম্নবা "খালিলবুনি।"

"খালিল — ? কৈদগী — ?" বেগমনা হায "অশুক কুইবসি মহাক লৈবাক অসিদা লৈবা তাদে, মণিপুব মচা নত্তববা ?"

"নত্তে, লেবানন চীংগী চীংযাদা পোকখিবনি —" তাক্লম্লগা অমিবনা হায "তাও মরাহৈশিংসি ঐ পাবক্কে কদায পীবকউ ।"

"পাবিবনু" বেগমনা লাক্কুম ফোইগুম লৌশল্লগা হায় "নচা হযাৎপু পাহল্লসি ।"

বেগমগী মতৌদুদা পোথাফম খবতং খঙলকপগুম্লবা অমিব লোংনা হিপ্লদুনা থীক-থীক নোক্লক্লে ।

মেলা সব্ফিকী মতম হৌবক্লম্মী ।

চৎপদা মঙাল লোযনবা মতৌ মাল্লবা কোকযেৎনা পোক্লা ঙৌববা কোকথক্কী শমবু খুমখববা খোঙথাং তপ্না-তপ্না থাংবা, ক্কাগী মহিনা, চাং মান্নববা যাতোলগী পবেংবু অঙাংবা মচু শংলবা, অঙৌবা অমুবা খবনা ঙাংলৈনববা মচুশিংগী কোইনা চীনবান অমশুং খদাংবু পুম্না ইশুক-শুকহল্লবা, যেংবদা চংজনিংবা অমসুং নুংশিবা শক্তম চেল্লবা মৌলানা (নবী) আব্দুল কদিব আল জিলানিনা, অমিবনা হীপ্লিবা কা'দুগী চেক্কী থোংজীন্দা নোম্বপ হেক লেপ্লববদা বেগম ইপা-পাখৎপোইনা তৌবদনা লৈমাযদা ফমথজবম্মী । চেৎনা খুম্লিবা কোকখুমফিদু অমুক্কা হেন্না চেৎশল্লসনু মতৌ খুৎনা হন্না-হন্না নাল্লদুনা শেমজবম্মী ।

বেগমনা —

"লেংশম্নীবকসি ।"

"ফগনি ।"

"লেংবীবক্লে" লোংলম্বদগী চেপ্না ওস্থোবক্কুনা হংলম্লগা অমিবনা মখা তাবকই "মতম অসি ওইবক্লে খঞ্জবল্লিবনি ।

মৌলানা (নবী) আব্দুল কদিব আল জিলানিগী মশাদি মতম খুদিং শেংদুনতা লৈববনি । অমাঙবা হাযবদুমা নবী অসিগী মশাদা

পকত্রবগুম্নে। মতম খুদীং শেংদুনতা লৈববা মৌলানা আব্দুল কদিব আল জিলানিনা অমিবগী মোং-হাযজদ্রবী নুপী অবেদা বেগমনা থাজবিবা অবোম্বা ফিদাদা চীং-লেম্না লৈতাবা মতৌদা ফমথবক্লে।

অবেদা মমা-মচা চংদুনা ফমথক্তা চেপ্না হীপ্লিবা অমিববু শৌব-শৌবদুনা মেলা সবিফকিদমক লৈমায়দা থাংথদুনা নীংথিনা ফমহল্লম্মী। অমিব, হযাৎ, বেগম, অমদি লৈবিবা ইমুংগী মীনাই-মীশন পুম্নমক নবী জিলানিনা শোম্বা লাইশোলবু তাননবা লৈমাযদা নোঞ্জবা মতৌ তুমিন-তুমিন ফমথনবক্লে।

ইস্লামগী অশেংবা মবল ওইনা তাইবংদা ঙাল্লিবা মতিক মযায লৈববা কুব-আন সবিফপু চীম্না অমুক্তং চুপচকবগা, মশাদা - লাইবক্তা অমুমুক্তং শোকচবম্নগা, মাংদা নীংথিনা থম্লক্লম্মী। শেংলবা, লৈবোংনা মপাল খুদিং লৈতেংলবা লমাযশিংদু অমমমতং তপ্না-তপ্না ফাক্লম্নগা কবিগুম্বা মতাং অমদা খংলেপ লেপখিবম্মী। ঙহাক তুমিন লৈরুবগা শুক্লবা কোইশিংগী মবক্তা লোৎলীবা চীনবান্দু চীং-লেম্না তপ্না-তপ্না কাখৎলক্লদুনা ফম্লিবা পুম্নমক্কী মফমদা হাযবকলম্মী —

"মতাং অসি তাবীসি। মতাং অসিনা কুব-আন কৌবা ইস্লামগী অশেংবা লাম্নফম লম্বীগী মশক ওইববা লাইবিক্কী অশুপ্পা অথোইবা মতাংনি। মতাং অসিন্দু হৈ শিংলবা নবীশিংনা হায়নৈ "কুব-আন"গী অপোকপী মমানি।" মীওইবনা মমানা মাগী হৌবকফম শকপগুম কুব-আনগীসু পুম্নমক্তগী থোইববা মতাং অসিনা মমা শক্লবীনি। অসিগুম্নবা কুব-আন-সবিফকী মমা শক্লবী "অল-হমদু" কৌবা মতাংবু পুম্নমক্লা থম্মোই শেংনা তাবীগনি।"

পুন্নমক ঈখৌলাংনা ঙাইনবম্মী ।

মৌলানা অব্দুল কদিব আল জিলানিনা শৈহেক্কা লোইননা মযামগী ঈখৌলাংবদু কোক্রবগীদমক্তা অতিযাগী লিক্লাগুম শেংলবা অল-হমদু মতাংবু পাথবকই —

"বিসমিল্লাহ হিববহমা নিববহীম

অল-হর্মদু লিল্লাহি ববিল আলমীন

আব বমহমা নিববহিম

মালিকি যৌমিদ্দীন

ইযাকা ন' অবুদু ব্রা ইযাকা নস্তাঈন

...... ।"

লোইবা লৈতে ।

পুন্নমক থম্মোই চঙনবম্মী ।

নুমিৎ খুদিংগী লেপ্পা লৈতববা মেলা সবিফনি ।

নোংমা —

শজিবু থাগী নুংথিল অমদি পাক চাওববা ইমুং অসি মীনাই-মীশন অমা-অনীদং নত্তনা কনাগু লৈতবা তাই । হাযবিবা লাক্লদৌবিবা অচীকপা নুমিৎ অসি পাদুনা যেংবদা থাংজ নুমিৎ থোক্লে । থাংজ নুমিৎ অসিদা খেবগাওদা লৈবা, অবেদা বেগমগী হেক পোকমিন্নবা মৌপ্পা মিব জাফাবগী অতোম্বা মচানুপা তাবাবিগী লুহোংবা নুমিৎনি । নুমিৎ অসিদা অমিবনা চীক্লবা পুন্সিগী মথৌদাং অমতং পাংথোক্লমগে হাযনা শেম-শাদুনা থন্নক্রবনি ।

*  *  *

শজিবু থাগী থাংজ নুমিৎ তাবাবিগী লুহোংবা নুমিৎ, নুমিৎ অসিগী নুংথিল। ইমুংদু মী পান্দবগুমই। পুমচীক চীক্লম্মী। ফমথক্তা হিপ্পা-হিপ্পা অমিবনা মনাই'দু কৌশম্লগা হংলকই –

"মহাক শোযদনা লাক্কনিদি হাযহৌইদনা ?"

"অহোই।"

ব্রাহং হংবা লেপখবে। তুমিন লুকথখবে। অমিব মীৎকী পি শিন্থবকই। পুন্সিগী ব্রাবী মথং-মথং ঙম্নমক নীংশংলক্লে। অমুক খাংঙম্লক্তবে।

মণিপুবদা অহানবা থোবকপদা মাগী যুমদা অমিবনা তনৌ-তনৌববা পাখং অমা ওইনা শাইদাংখি। মহাক হাযবদি চহী লেঙ্গানবী নুপীমচা অমবুনি। নুপীমচাদুগী মমিং থম্বাল কৌই। মতমদু যুমথুংলবিবা অমিব মৈতৈলোল থোক্লমদে। মবমসিনা ফনমক কৌজনিংদুনসু নুংশিববী থম্মোইগী পোৎথাফম ওইববী নুপীমচাসিগী অশেংবা মমিংদু অমিবনা কৌজবা ঙমখিদে। অমিবনা মীং অসিতংদি কৌবা থোক্লনবগীদমক্তা অহীং-নুংথিল খাযদনা অশংবা মতম খুদিং লেপ্তুনা কৌবা তম্মী। থোকপা লৈতে। মসিমক্সু পাখং ওইবিবা অমিবগী থম্মোইগী মৈচাক হাযবদু ওইখ্রবনি।

কুমশিং কুমযাম্নবক্লবদা অমিব থম্মোইগী অনীংবা ব্রাহে খবা খবতং ফোংদোকচবা ঙম্লক্লে। মবোলদি পাক হেক লৌফম খঙদ্রি। থম্বালগী মপা লৈতববা – মতম খুদিং ঈমুংগী কাচিন্দা, হিঙ্গোলগী অচীকপা মফমদা, থম্মোইগী পোৎথাজফম ওইববী নুপীমচা'সিগী ফিজি ফিদোল শোক্লনা নুংশি পাউদমজবা খব-খবতং ঙমজবক্লে। অমিবগী থম্মোই ঙসিদি নুংশি নাপলনা যোম্লক্লে –

"নুংশি মকা নুংশি ইপাউ তমগুন্নে
নুংশি মিংলেন চীনবান য়াকা তোয়ণ্ডন্নে।"

নোংমা অমিবনা কৌখি –

"তম – বাল"

মনাক্তা নীংলৈননা ফন্নিবী থম্বালনা নোক্লা-নোক্লা নুংশি শক্তম লাং – খবতং শুগৎলদুনা হায়খি –

"হৈবে, ওম্বোক্লা হৈবে।" নোক্লবিবনি।

"কন্না তম্বদগী হৈবে।" অমিবনা খুমখি।

নোক্লীংলবা, নুংশিববা অমদি পেলহৌদ্রবা মহাও কাওণ্ডদ্রবা, উহৈগুম, কাওণ্ডদ্রবা হৌখি পুন্সিগী ৱাবী। অমিব নীংশিং ৱাবীদা মিংকী পি লেপ্তবে।

নুংথিলগী পুংশিং কযা হৌখিবম্মী।

কাইনথংদা হনুবীদু পাক চাওববা ইমুংদুদা লৈনা-লৈনা যেংলদুনা পুন্সিগী অমুক্তা চংলকত্রিবা মীৎ থক্রবা কা মযাম'মা ফাওজল্লক্রদুনা অমুক্তসু কোকখুমফিবু চেৎনা খুন্নদুনা অমিবগী নাক্তা ৱাখল তৌনা-তৌনা লূবাক্লনা লেপ্লবে।

অমিবনা শোন্থাংননা হায়বকই –

"থম্বাল –"

থম্বাল খুমণ্ডমজদে। মণ্ডগুন্নকই।

"ঐহাক পুন্সি লোইগদৌবে" থম্বালনা খুমদে হাযবগী থোইদোকপা খম্থবমদনা অমিবনা ফুইববা থবেৎনববা নিংশাশিংদু

হোল্ল-হোল্লদুনা হায়বকই — ''ঐগী পুঙ্গিনা লোইবমদাই মতমসিদা — নহাকপু অমুক্তং শকথেংনবদ্বা ফৈ হায়না খল্লি — ।''

''অঙাং-নুপী — খঙলক্লবদি'' থম্বাল অহল ওইবী অমগী হৌনবী খুইথবক্লবী মীৎলু অনিমক্তা অমিববু যেংল-যেংলগা খামঙমদ্রবা পিবাংশিংদু শিন্থবকই । থম্বালনা খবতং নকশল্লক্লগা হায — ''কপ্পীবগনু । হকচাং অদু চোকথবগনি ।''

''নহাক্তি কপ্লি — ?''

থম্বাল লুকথবে । লোম্না পি তৈথোকচৈ ।

''ঈচাগী মশক্তি উবা ফংলবোই'' অমিবনা হংলকই ''নত্তবা ? উবা ফংখিগদবা ঐবো ? ফংলবোই । নোংমদি নঙনা কৈথেলদা মখুৎ শমদুনা পুবকপদা খবতং উখি । মতম'দুদদি মহাক শুপ্নগী চহী মঙাতমক হায়গৎলক্লিবনি হায়খিবা'' অমিবনা ঙক্লা শোল্লকই ''কদায় হৌজিক্লা মহাক্লা পোকপা ঈশুতনসু অনী শুববা — ও ।'' আমিবনা খদাং চীক্লদুনা কপ্পা-কপ্পা হায় ''ফবে, ফবে - — ঐহাক ঈচাবু উদে হায়বগী অমুক ঈখৌ লাংলবোই ।''

থম্বাল থিংলুববী মীৎকী পি থিংঙম্লক্তে । অৱা-নাহে, হীক্লা মীকপ্নবক্লে ।

অমিব ৱা ঙাংবা লেপখবে ।

থম্মোই কাযবক্লম্মী ।

মতমদুদা —

পাখং লৈশাবী ওইবগী মহৌশা থম্মোইনা ঈখৌ লাংনখি । ঈখৌ লাংবদু শুপ্নগী নুংশি ৱাখল্লগী ওইবম্মী । কুমজা ফাবক্লবদা লিচিংদুনা অশুম্মক চিংশন্দুনা হকচাংশিংদু অমত্তা ওইখিবম্মী । লোম্না অদুগা

চীক্লা —মকা লাম্না ফোংফদ্রবা লমচৎ অদু যেৎনবা লৈতনা চৎনখিবম্মী। লম্বীদুদা লোঞ্জাননা থোঙদামিন্নখি । মীবোল্লে । থাবুম অমা মপুং ফাবক্লে। যুমদাংলবা পাশক-পীশক নাইদবা মহাক্লসু অশুম থৌওই উশিত্তবা মতৌ লমচৎনবম্মী হায়না মীৎখা মীৎযেংনবক্কদবদুতং কিখিবনা অমিবনা পুকচেল শেংনা থম্বালগী মফমদা চংজফমদু নিখি।

“লৈবাক অসিদা” অমিবনা হাযখি “ঐগীনি হাযবা নহাক নত্তনা কনা অমা লৈতে । তোল্লবা যুমদাংলগা ঐহাক্কি পাউদু খঙনবক্লগা ঙম্নমক্লা কনা লৈতববা ঐবু হাৎকে-তুপকে, ফাগে-পুনগে, নখুঞ্জাশিংগী ননীংনি । মতমদুদা নহাক্লা ঐবু কৈদৌঙৈদসু ঙাকথোকপা ঙম্বদি ওইথোক্লোই ।”

থম্বালশু অমিবগী ৱাফমসিদা মুন্না খল্লি। খন্দবা নত্তে। খন্দবা যাখিদবে। পাখং অসি তাম্না লৈহৌববা মীবৈবাক্তগী মদোম লাক্লুনা মযুমদা শাইদাংজববনি। কনানশু মাবু উশিৎ-থৌওইবীদে। কনানশু উশিৎপিদে অমশুং মমান্নবা কনা অমা লৈজদে। মহাক্লম্বা অমনা লমহেন হৌনা শাদুনা অসিগুম্বা লমচৎ অসি চৎলম্লে খঙনবক্লবদা খুঞ্জাশিংনা তমথীববা চৈবাক অদু মাগী মফমদা তম্নবক্কনি। ফনমক নুংশিবম্বা লৈদুনশু থম্বালগী মপানা মতমদুদা পাখংসিগীদমক্তা লেপ্পীগনি অদুগা খুঞ্জাশিংগা যেৎপা লৈতনা মাযোক্লগনি হাযবসিদি থম্বাল থাজবা ঙমজদে। মতমদুদদি, মপাশু মতম কুইনা লৈমিন্নবক্লবা পুন্সিগীশু লৈমিন্নগদৌবিবা খুঞ্জাশিংসিগী মবক্তা কোঙ্গোলনা ঈশিংদা তিম্বগুম অদুম্মক তিনশনখিগনি অদুগুম্বা মতম অদু লাক্লবদা লাইবক থীরবা পাখং অসি য়াইবী মাঙখিবা নত্তনা, থম্বালনা, কপচ-লাওজবা নত্তনা কম্ব ঙমগদবদি ওইদ্রে। পুম্নমকসিগী মথক্তা হাযন-শীংনবব

কুতুবখোযগী শাগে নাতৈশিংনা শিল্লক্কদবা হিংফম খঙলবোইদবা খুজিল থৌবাংশিংদু খন্থকুবদা অকিবনা থম্মোইদু লাকশনখিবম্মী। পুম্নমকসি খঙনা-খঙনা উনা-উনা থম্বাল মতম কযামকুম খল্লুববসু অমিববু থাদোক্কে ঙন্নমদে । থাদোকপা ঙন্নোই হাযনা খল্লু-খল্লুবগা অমিবগী মথক্তা তাবক্কদৌবিবা তমথীববা থৌদোকশিংদুগী পোৎলুম হেন্না-হেন্না চাওবক্লম্মী ।

নোংমক্ত —

অমিবনা হীক্লা কপ্লদুনা অহীক্লববা মথাদা মথম্মোইগী অমত্তা ঙাযববী থম্বালবু চেৎনা কোল্লদুনা চীক্লবা ইংমুগী কাচীন্দুদা পাউমেনখি –

"খুদানা খঙলিগনি থম্বাল ঐহাক্লা নঙবু কযাম নুংশিজকবা, অদুবু ঙম্নমক থম্মোই কাযনবা ওইনা থোক্লবে । নহাক চৎখ্রো, অশোয-অঙাম যাওদনা মহাক্কা লৈক ।

কাযনবা তাবক্লবা '

কুইনা অদুগা কুপ্না খল্লবা মতুংদা থম্বাল অমিববু ঈপোম্নববী থাবুম পুংবাথক, কল্লক্লনা চেৎনা কোনশঞ্জবদুনা পেন্নাইদ্রবী চীম্বান্না ঈখৌ লাংজবক্লম্মী । অবোইবা খোঙথাংগী মশক ওইববা খুৎচুপ অদুদা অনীমক অহন্বা লৈনবক্তবে ।

মীৎকী পি শিন্থ-শিন্থনা অবোম্বা ব্রাফম অসিমা কনাদগু ফোংদোক্লমদনা থম্বালনা কুতুবকি মফমদা পুন্সি শিন্নখি । অবোইবা পুংফমদো অমুক কাওবা লৈববোই ! অহীং অদুদা থম্বালনা কপ্লদুনা অম্বিববু কোল্লদুনা হাযজখি –

"ঐহাক থাবুম লোল্লক্লবা ঈচা অসি পুবদুনা মীবান ওইবা মফমদা চৎচগনি । নযাথংদু ঐনা ঙাকচগনি । খুদানা খঙবীবা

ওইসনু। ঐবু পুক্সিগী কাওবিদবা ব্রাখল অসিমতংদি ঐগী ঈফমদা নহাক্লা পীনবীয়ু।"

হৌজিক্তী থৌদোক পুম্নমক অওনবা তাইবংগী খোঙলৈদা তিনখবে। নুংশিববা খোঞ্জেল পুন্বা হুন্নিবা নুংশিৎলক্তা মাঙনখবে। শুপ্নগী নীংশিংবতা মঙাযহৌবে থম্মোইশিংদা।

ঙসিদি পুম্নমক অসি নীংশিংলক্লগা লেংঙম-শাঙমদনা ফমথক্তা হীপ্লিবা অমিবদু খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লম্মী। মীকপ অদু শুপ্নগী ঙহাক্তং থিংলুবগা নিংশা হন্থনা হোল্লদুনা অমিবনা হাযবকই –

"ঐগী ঈচা অহল – লৈখিদববা কুতুবকী মচা ওইনা লৈহৌবা তাববা।" অমিবনা মখা তাবকই "মতমদুদা ঐহাক্লা কযাদা কিগন্বা মীশক অমা ওইখ্রবদা নহাক্লা কযাদা ঙাকপী হৈবী অমা ওইখ্রবা।

থম্বাল অমিবগী চোইবোলগুম্নবা ব্রাহৈশিংসি তাবক-তাবক্লগা নীংশিংথৌনাগী মপাঙ্গল হেঙ্গৎলক্লে। থৌদোক পুম্বা নীংশিংলক্লে। অমিবগী মতৌগুম্নক্লে। থম্মোইনা শাংথনা খাংঙম্নক্তবে। খোঞ্জেল থোক্লা মীকপ্নরক্লে। হোৎচল্লক্কুনা লৈমাযদা খুক-খুদক্কবদুনা মাযথোংনা অমিবগী ফমথক্তা লেকথবক্লদুনা হীক্লা-হীক্লা কপ্লক্লে।

থম্বাল কোকখুমফি চাইথবক্লে।

অমিবনা নুপা থোকপা মতৌ মীৎকি পি তানা-তানা কপ্তবা শাবদুনা যেৎকি মখুৎনা, ফমথক্তা খাংঙম পুঙমদনা লেকথবক্লবী থম্বালগী পোক্লা মবক-মবক শীন্না চাইবক্লবী শমথক্তা তপ্না শাহুম তপ্না নাল্লকই।

থম্বালগী মীকপ্তা ইচং থৌনদি অথিংবা পীগে হাযনা খনঙমদে – হাযফম থোকই মতৌ অমিবনা অহীক্লনা হাযবকই –

"থম্বাল —। কপ্পগনু।"

পোৎশক ওইনা পীবম্বদি যাদবনা মচা নুপা অহনগীদমক্তনি হায়না মতম কযা চংনা তুংশল্লক্রবা মশীং থীঙমদ্রবা শেলগী উপুদুমা থম্বালগী মফমদা শিন্নবমগদবা নুমিৎ অদু ঙসি অসিমক্লি।

তশেংনা নুমিৎ চাইথখবে।

বেগম অদুগা মচা হযাৎ হৌজিক্তী তাবাবীগী লুহোংবদগী হন্নবক্লগনি। মখোযদি অহীং লেকপা য়াবা নত্তে।

ইমুংদু ইচীক চীক্লম্মী।

মীকুপ পুম্নমক মব্ধ ফংনা মাঙ-তাকখবে।

অমিবনা ঈশিংদু খবতং চিংশল্লুবগা পেল্লে হায়বা মতৌ লামদুনা লৈমাযদা থন্নম্মী। অশাংবা নিংশা হোল্লদুনা শোল্লকই —

"অল্লাহ-হু-অকবব"



# অনীশুবা শরুক

## সত্রাং ঃ ইকবাল কুরেশিগী মরাই চায়থবা

"Time will devide us, and the sea
Wring its hands all day between,
The autumn bring a change of scence
But always and for ever he
At night will sleep and keep by me."

**– George Beker**
**"My Joy, my Jokey, my Gabriel"**

# ৮

মনাই নুকল হকনা হৈনজদবা লমচৎ অমা মবুংঙো অশবফ অলিগী মফমদা যাওবে।

খবর পাবম্বা থোক্লবা, মদুদা অযেকপা নুপীমচাশিংগী নীংথিজববা শক্তম অমা যাওবম্বা থোক্লবা, মবুংঙো অশবফনা মনাইবু কৌশন্দুনা হয়াংকী শক্তমগা অহেন-হেন্দগী মবমদা হাযঘু হাগনা কন্না হেক-হেক তকই। কবিগুম্বা খুন্নুদ্রবসু মতোমতা হাযজববই —

‘‘নবেম্মনা হেন্দববা নুকল? নাতোন তাবা, য়েংউ মীৎতা নাতা’সি।’’

অশুম্না মতোমতা হবাওজে। মসি মনাই নুকল হককী মফমদদি থোইদোক্লা হৈনজদবা লমচৎ ওইনা থোকই।

নোংমসু —

হযাৎ বেগমবু লুহোংদুনা লৌববা, লৈমিন্নবকপা শুপ্নগী কুমজা অমতং হাযগৎলকপদা নুমিদাংব্রাইবম অমা মবুংঙো অশবফনা লাইবিক পাবম্বদগী থবক নোম্নিবা মনাই নুকলবু কৌশন্নকই। মবুংঙোগী মীকৌদা নুকল পন্থদুনা লৈবদি ওইথোক্তে।

চেনশঙ্গবক্লস্মী। মনাক নক্লক্লবসিদদি মনাই নুকল হকতু খঙলক্লে — হৈনজদ্রবা লমচৎ অদু মবুংঙো অশবফনা মফমদা লাংলক্কদৌবে — ।

মবুংঙো অশবফকী নাক্তা তাদুনা লৈবিবা অযেকপা লাইশিংনা মখুম ওইনা পাল্লিবা লাইবিকশিংদু ফনা যাম্না য়াম্মী। হৌজিকমক্তি মবুংঙোদু পাক্লবা খববদু মখুৎনা চেৎনা পাযদুনা লৈবি। যেংল-যেংলদুনা মনাই নুকল হকতু মবুংঙোগী নাক্তা তুমিন লেপ্লি।

"নহাক লাক্লববা" ? মবুংঙোনা খববদু হাইথবগা হাযবকই "চংশল্লকউ কবিগুম্বা ব্রাহং খবতং হংগে — "

নুকল হক তুমিন লেপ্লি।

"তাও — যেংঙু মসিনা থাইস হাযবী নুপীমচা অমগী অযেকপী শক্তমনি মহাক কযামুক ফজবগে হাযবদু ঐ তাক্লে। মহাক্কীদমক্তা মীওই কযা পুসি মাঙনখবে। অদুগুম্বী চংখোম্না মিতম্নক্লবী নুপী অমা হেক মান্নবা যেক্লক্লবা লাইনি। যেংবদা ফজদববা — ?"

"মতিক চাই —।" নুকলনা মুন্না যেংলদুনা খুমজে "ফজৈ —।"

"অছা — " শোল্লম্নগা অশবফনা মখা তাবকই — "মসিনা খাগী নুপীমচা — "মীলি হাযবীদুগী শক্তম অদু মান্নবা যেক্লক্লবা লাইনি মসিদি কমদৌই — ?"

"মীৎ অসি কোযবাওনবে, মচীন্বানসি কবাম্বী মাল্লি, মশক ফজৈ কযাদি ওক্কদবা মান্দে —।"

"অদুক শাংন ঙাংলে" মবুংঙো অশবফনা হায "ফজববা অদুতা হাযযু ?"

"ফজৈ — "

"অদুগা সিমনা" অশবফনা খববগী লমাযদু পাক্লা গন্দোক্লদুনা মখা তাবকই "মসিনা অযেকপী নুপীমচাদুগী হকচাংগী কযাৎ মপা খুদিংদা থাওবেক কাবগুম থোৎলবা খুদোম্বীদুনা কোযনা-কোয়না তক্কুনা শায়বম্নগা হাযবকই "মসিনা —, নত্তে নবেম্মদি লাক্কবি — ?"

"হাযজবম্নে লেংলক্লনি ।"

"কৈদৌহৌবি হৌজিকফাও — ?"

"সহেলিগী নুমিদাংৱায়গী শঙ্গোম থাহৌবি ।"

"ও !" নীংশিংলকপগুম হাযবকই "সহেলিদু ঙসিগী উদবা কুইবে —"

'সিতং হাযবম্নগা লেপ্লুববা খুদোম্বীদুনা অযেকপী লাইদুদা অমুক তক্ল-তক্লদুনা, যেংলদুনা অশবফ তুমিন লৈখবে ।

সহেলি অঙৌবা অমুবা অদুগা হঙ্গাম মপাল খবতং চংবা মচুশিংনা মচেৎ-মচেৎ লাংবা হৌদোং অমোম অমনি । হযাৎনা মপা অমিব শিখিঙৈ অদুগা অশবফতা ওংলকঙৈ লোযনজবক্লবী হৌদোংনি । ফুনিংবা মবায, চৈনিংবা মবায মবেম্মা হযাৎকী মায যেংবনা মনাই নুকল হকনা মীওইবা ওইনা পোক্তু নসু হৌদোংসিগী মফমদা চৈ-থাংবা, লাওখোংবা তৌবা লৈত । যাম্না নোঙ্গনা ঙাক-শেন্দুনা লৈ । মতম পুম্বা মবেম্মা হযাৎনা সহেলিবু থাবা লৈতে । হৌদোংসিনা মতম পুম্বদা হযাৎকী মতম্পাক্তা তুম্মী । কবিগুম্বদনা মোল্লবা মঙকতু লোংখৎলদুনা হযাৎকী মপূম্নবম্বী থবাক্কী কাবক্তা মকোয মবক্কী নিংশাদু কন্না-কন্না কান্নদুনা শবাক তম্লুবগী অৱাবদু লৈতানা পোত্থাদুনা লৈ । অসিগুম্নবী সহেলিবু শেম্নবি নত্রগা মতু-মমান খীংদোক্লি হাযববদি মবুংঙো অশবফনা মবেম্মবু

অনীবকশুনা কৌবা ঙমদে। সহেলিগী নুমিদাংগী শঙ্গোম ইলহৌবি খঙলবদা ‘‘নবেম্মা কদৌবি’’ নত্তবগা ‘‘কৌবকউ’’ হায়না অমুক হংলক হাযবক্তবে।

‘‘মসিনা’’ খঙহৌদে লাইদুদা নুকল হকনা মুন্না য়েংলিঙৈদা মবুংঙো অশবফনা খঙহৌদনা হাযবকই — ‘‘মসিনা হৌজিকমক হিংলিবী অগ্রেজী নীংঙোল অমনি।’’

নুকল হক তুমিন তাবি।

‘‘হাযযু, নবেম্মা হযাৎ, হয়াৎকা চাংদমন্নদুনা অদুক হায়যু, হাযবি হাযবিবীশিংসিগা নবেম্মগা কনানা হেন্বা ?

‘‘ইবেম্মা !’’ নুকলদু ঈখং-খংলপ্পা ‘‘ইবেম্মা, ঐখোযগী ইবেম্মা।’’

‘‘কৈদৌবে ? নবেম্মা হযাৎকা।’’

‘‘ইবেম্মগা ?’’

‘‘মাগ্নি নবেম্মগা।’’

নাক্তগী ফোনদু খীংলক্রম্মী। ফোন হেক লাকপদা অশবফ ব্রাহংশিংদু হংদুনা মখা তানা মনাইবু ওৎ-নৈবা তৌবমদবে। ফোন পাযখৎতুনা ব্রাবী অদুম শাখবে। মনাই নুকল হকতু অমুক পন্থবমদ্রে। তুমিন মপান থোকখি।

ফোন্দা ঙাংলক্লিবা ব্রাহৈশিংদু মহাক মুন্না তাবন্নগা অশবফনা নোকমিনবদুনা হাযবকই —

‘‘লেট হিম। মানা থোকপা। কবি অমত্তা যেৎপা তৌববোই’’ হংই ‘‘সিনা ফত্তববা ? অদুগা অমনা ঐহাক মানা কন্না তকমন্নদগী মহাক্কী মখুন্দা চৎলুবে — ও! লম্বীশিংদু ওস্থোক্লা খুদোং চাদ্রি, ওস্থোক্লা ব্রায।’’

“লেংদী লেংলক্কনিদনা” ফোন্দুদা হংলকই “বেগম সাহেবা ?”

“লাকচনি-লাকচনি, মাদি লোয়নজবক্লবোই ।”

বেগম পুদনা চৎপদা ব্রাফমদু লোইশিল্লম্মী । নাক্কী বেদিওদু লৈখত্তুনা তনখোং খোংগৎলম্মী ।

হযাৎ তুমিন কুইনা লেপ্লদুনা তাবম্বদগী চংশল্লক্তুনা খোংলিবা বেদিওদু খংমুৎ মুখৎলম্লগা নোকমিনবদুন্দ মপুবোইবা অশবফপু যেংলদুনা হাযবক্লম্মী —

“ক্লব চৎপীগনি হাযবগা ঈশৈ তাদুনা লৈবীবববা ?”

“হযাৎ” যেংখৎলক্লগা অশবফনা হায “চৎকনি ঐহাক ক্লব চৎকনি । নঙগী সহেলি, — সহেলিদি ?”

“মহাক যাওবক্তবে ঙসিদি ।”

“ও — হো — ” নীংঙমদবা শাবদুনা অশবফনা হায — “নঙ-ঐগী বোমাঙ্গতা ঙসিদি মমীৎ লংলবী নহাক্কী সহেলি যাওদবা তাবে —?” হযাৎ খুন্বা নংদ্রিঙৈ তুমিন লেপ্লিবী হযাৎপু খুদাং পাযদুনা চিংথবগা হকথেংননা ফম্মীম্নববা মতুংদা মখা তাবকই — “নত্তে ঐহাক নুমিৎ কযানি চীংথকতুদা ব্রানা লেল্লুবে । নঙনা সিদা ইমা অবেদাগা লৈহৌবে নত্তবা ? মফমদুদা ঐহাক চাফম খঙদে হয়াৎ ওম্বোক্লা খুদোং চাদে ঐহাক লৈফম খঙলক্তে ।”

“মকপনি কোয়কসি হাযনা পুবগা” হয়াৎনা শাওবা শাদুনা হায— “হীপফম-চাফম ফাওবা খঙহন্দনা থাবক্লিবা মাবু কবিগীনি হাযগে ?” অশুম হাযবদুনা হযাৎনা মপুবোইববু কোযকসি হাযনা পুকবা তাংখুল ঙাবামী ইঞ্জিনিযব সাহেবপু শাওই “ফনা চাওবিবনি ইঞ্জিনিযাব অমনি চীংথক ওইববসু ফজনা

লৈবমগদ্রা খল্লুই । অশুম হীপফম-চাফম খঙলম্লোই খঙজবন্নবদি থাদোকচবন্নোইদবনি ।”

“ও — হো ! বেগম — ব্রাখল তামন্দে ।” ব্রানা শোল্লন্নগা মখা তাবকই “হযাং নহাক অমত্তা খঙলমদবে তুম্বা-চাবগী নত্তে । তুম্ফম চাফমগীদমক্তদি ওন্থোক্লা নুংঙাই । চাবা-থকপা ইযুমসিদগী হেন্নদুম ফজনা শিল্লি অদুবু পুম্নমকসি ওইদুনসু, হাযযু ঐনা কবম নুংঙাইদৌবিবনো ?”

“অদুদি কৈদৌববা ?”

“নঙ উবা ফংদে শুকফং ফংদে — ”

“অদু — ” হযাংনা থিংঙমদনা নোক্লগা হায — “অদুগী ?”

“কশম” পোন্থোক্লবী লেংজুমদুদা লাকশল্লদুনা হায — “কশম ঐহাক, ঐহাক লৈফম খঙলক্তে ।”

কবি খুম্নি ? হযাং নোকচবত মঙাইবে । লুকথবক্লে । হাযবকই —

“পুসিগীসু নত্তবা — ! নুমিৎ খবনিতং উনদবদা — । ওন্থোক্লা নুপা মাম্বীদে ।”

“নুমিৎ খবনিদুগী মীকুপ্তি ?” অশবফনা মপাম্বোম্না চেৎনা কোল্লিবী হযাংকী লেংজুমদা মখদাং শৌবদুনা মবেক মহাওনববী হযাংকী ঙাংলৈনববী খজাযদা মিতাবদুনা হাযবকই — “মীকুপশিংদুদি মশীং লাকঙমদে । যাম্নবা মশীং থীঙমদ্রবা মীকুপশিংদুবু নহাক যাওদনা ঐনা লেম্বা ঙমগনি খন্নবা ?” হংলন্নগা অশবফনা পোমশাওনবগুম হায — “হযাং মদুমক খল্লবদি নঙ তমথীনা লাল্লে ।”

হয়াৎ খুম্ফম খঙলক্তবে । মপাউখোলশিংদু তাবগা শুপ্নগী থম্মোইনা হবাও-তযামজবতা মঙাযজবে । ইথীলদু খাংনা, নোংকচ-নোকচবদুনা হাযজৈ —

"অ — দো । হৌজিক্তী উনবে ।" হকচাংদু খবতং লেংজৈ "পেন্দ্রিববা ?"

অশবফ ব্রা-লান ঙাংলক্তবে ।

কোঞ্জবগী অমুক পেন্বা লৈখিগদ্রা ?

নুমিদাংব্রাইগী লিবিবন্বা নামি'দু শাহুম কনখৎলক্লে । হযাংকী পাববী পশোৎনববী অঙৌবা ইন্নফি শাহুমদুদা ফিজি-ফিনা চোইনবক্লে ।

অশবফ, শবা-শন্না হাই হুন্নক্লবী হযাংকী অঙৌবা ইন্নফিগী অচোযবা ফিজিগী মকমদা তুথবক্লে । চূং-ফিবান্নববী ফন্বাকথক মোনখাংনবক্লে । হযাৎ, মপুবোইবগী যেন্নীং থাজৎকি মতৌগুম্না নৌববা নুংশি ঈনোৎনবা মশাজৎসিদা ইথিলগী ইশৌ লাংজবক্লে । খাঙঙমজবক্তে ।

"লাক্লে — " নিংশা ফুইনা ফুইনা হোল্লদুনা হায "সহেলি লাক্লে ।"

অশবফনা ইন্নফি ফিজি মকমদগী লোন্না য়েংই — সহেলিদু মনম পোল্ল-পোল্লদুনা লৈমাযদা মনম শুৎ-শুৎ নম্লদুনা হযাংকী মনাক তম্না লাক্লে ।

ଓ ଓ ଓ

# ৯

"Time will devide us, and the sea
Wring its hands all day between
The autumn bring a change of
scence But always and for ever
he At night will sleep and keep
by me

**- George Beker**

হযাৎনা লুহোংবা নৌবিঙৈ — মতমদুদি অব্রাবগী মশক্লি ।

মতোমতনা মশাবু চৈজৈ । কবিগুম্না মতম — মবক মবক্তা মপানা হাযবম্বা ব্রাহৈশিংদু নীংশংলক্লগা — অশবফ অলিদা মহাক্লা ইকবালবু থাদোক্তুনা মব্রা-মপাউ অমা ফাওবা খঙহল্লমদনা তুমিন যুম্বাম্লক্লিবসি, লমচৎ নাইদবী, পুকচেল লেপ্তবী অমদি নত্তমাম্লে খঞ্জদুনা মশাবু চৈবাক চৈতম্নগদবগী কঞ্জে ।

যুম পাম্বদি ফতিমাহনা চহী অমবোম হানখি ।

নোংমা, হযাৎনা অশবফতা যুম্বাম্লক্লবা মতুং মতা ফতিমাহগী য়ুমদা কোযথোকপা লাকই । তোংঙান-তোংঙাম্বা শাগৈদা যুম্বাম্নখ্রবী মকপ অনীনা তাংনা শকথেংনবা ফংনবম্মী । হবাও তয়াম্নফম

থাকপনি। অদুবু, ফতিমাহদু হয়াৎনা মযুমদা কোয়থোবক্লিবসিদা
দুক হবাও-তযাম্বগী শক্তম অমা উৎপা ঙমখিদবে। নুংশুক্লবম্মী।

হযাৎকা ফতিমাহগা য়ুম্নে কৈবৈগী মবমদা য়াম্না খেম্নে।
যাৎকীনা চাওববা মথোল লোংবা য়ুমজাও অমদা শুপ্নগী মতৈ
নাওতমক লৈ, অদুগা লোয়নবা ইমুংগী মনাই অমতংগা। অদুগা
ফতিমাহগীদি মকু-মনেম মনাও অদুগা মতৈ, অহল-লমন পান্বা
খুঙ্গংগী ইমুং অমনি। হযাৎ-ফতিমাহ হৌখিঙেগুম ব্রা-লাল ইঙাং
গাংনা শক্লদবে। মতম্না হৌখিবগুম চৎন শাজৎশিংদু ইওন ওম্নবক্রে।
ফতিমাহনা মাবু উবগা নুংশুক্লবিবা, খোইশাও মতৌনবীবা অদুগা
মকপ-মপাং ওইবগী দোবো-খোন্দানবা মতৌ উৎলক্লিবা অসিগী
মবম হযাৎ খঙদবা নত্তে। খঙই কদৌনি? খঙশম্নদবনা হেন্না
ফৈ। হন্দক মপোক অসিমগীদি মহাক্তনা লংজবী হাযবদু ওইখ্রবনি।
ইকবাল অমসুং হয়াৎ মখোয় অনীগী নুংশি ব্রাবী খঙলবা মীওইশিংগী
মফমদদি হযাৎ লংজবীতা ওইবগনি হাযবা হয়াৎ মশামক্না খঙজবে।
মবমসিদগী উনগে লাকচৈ হাযবদু মঙায কবিগুম্বা ব্রাহে অমত্তংবু
কাংথোকঙমদনা ফতিমাহ অমসুং মপুবোইবা মিহিব অনীগী ইংলবা
অদুগা চীক্লবা কানুংদুদা হযাৎনা অদুম্মক তুমিন ফমদুনা লৈখবে।

ফতিমাহনা চা লোল্লুবে। অহানবদা হযাৎকী শকত্তু
লানশল্লন্নগা ফতিমাহনা হাযবই —

"ঈমাগী নাত্তদি চৎলুববা?"

"চৎলুবে" হযাৎনা হায় "অমুকশু চৎলুখিবা তাবি।"

হযাৎকী মমা অবেদা বেগম অমিব শিখিঙৈ অদুগা মচা
নাংঙোল হযাৎনা অশবফতা যুম্বানখিঙৈদগী খেবগাওদা মৌপ্বা
মিবজফবনা যোকচগে হাযদুনা লৈমিম্নখ্রবনি। হয়াৎনা মবক-মবক্তা

অশুম্বা লাক-লাক্লুনা মমাবু যেংশঞ্জবম্মী। অদুগা, লম্বী ফাওবকপদা কাওঙমদববা, অদুগৈ, ইকবাল কুবেশিখোযগী অমম্বা যুমদুদা হাইফেৎতং হুনা মিতাবন্নগা অমুকসু মিহিবগী যুমদা চংলক্লুনা মতা ফতিমাহগা হেক-হেক শকথেংনবে। ফতিমাহনা চাদু চিংলুবগা ইহৈ-হৈনীংদনা হংলকই —

"ঐসু চৎলুই, ঈমাদু মশা শোন্থবে — খুবা মিবজফবনদি লুনা চান্না হোৎনবি — ঈমাগীদমক্তদি ব্রাকুগনু। নঙবু কমদৌবিবগে ?"

হয়াৎ খুন্নক্তে। শাহন্নীংবা ব্রাবী শাবক্তে। অনীমক, অমুক ইচীক চীক্লবক্লে।

য়ুম পাল্লকপগা ফতিমাদি হিঙ্গোলনা যাবী মৌ অমা ওইববে। মহৌশানা তনগন্দবী থবক ফবী অদুগা মীচং-মীখায নাইগন্দবী নুপীমচা অমা ওইনা হৌবকপনা হিঙ্গোলগী অহল-লমন পুম্নমক্না মহাক্কীদমক লেপ্লখিবম্মী। অঙাং পুন্বা মহাক্কী চৈবাকখাদা লৈবম্মী। মতৈগী অপীকপা মচাশিংদু মহাক্না কোযশেন শেন্নজে। মতৈনা পোকপা মচাশিংগী মবক্তা খ্বাইমক্তগী নিংঙাই চাওবিবদি লোলি হাযবা যাইমবী অসিনি। মীকুপ খুদিং লোলি কপ্তবা লৈতে। লোলিনব্ কপ্লক্লবদি ফনা লুবা থবক তৌদুনসু থাদোক্লম্মী। অদুগা মহাক নত্তনা কনানসু থেম্বা যাদ্রবী মচানুপীদুবু ফতিমাহনা কোযথেম থেম্বা হোৎনজে। ঙহাক তুমিন-তুমিন ফম্নবিগৈ লোলি শুমাং মতোন্দা কপ্লক্লে। ফতিমাহ কোকখুমফিদু শেমজল্লন্নগা নীংযাংবী ওইনা তৌবদনা ইমুংদগী ফুক হৌগৎতুনা চেন্থোকখি। অমুক হঞ্জিল্লকখিগনি। অদুবু ফতিমাহগী মতৌসি মহৌশানা নৌথদুনতা লৈববী হযাৎকী মফমদদি থৌশাবীদ্রবী মতৌনি খন, ঈকায়ফমতা ওইবক্লে। ফতিমাহগী থৌওইদ্রবী মতৌদুনা থম্মোইগী ব্রাহে পুন্বা ফোংদোক্লমদনা, চীক্ল, তুমিন চৎখ্রগে তেমশিংলক্লে।

অশুম থোকখি। নোংমগু, অদুগা নোংমগু, ফতিমাগী মতৌদু নীংশিংলক্লগা চংশীন্বা ঙমদনা শুপ্নগী মমাতং উনবন্নগা ফতিমাহগী য়ুমদা চংলমদনা নুমিৎ কয়ানি খাঙলক্লম্মী। থম্মোইনা চাক্লম্মী। খাঙঙন্নক্তে। অন্নাফমতা ওইবকই। নোংমদি —, ইথিল অদুনা কনমনখিবনা চংলরোই হায়না তেমশিংপ্লবী ফতিমাহগী য়ুমদা অমুক চংলক্লে। হন্দক্তী পন্থরম্বা তৌদনা মচীন্মক্লা ন্নাফমদু হৌদোকচবম্মী —

"কয়াদি থৌওইববোই অদুবু" হয়াৎনা তুশোন্নবী মতৌদা হায় "অদুবু ফতি — ঐহাক, কবিগুম্বা ন্নাহং অমত্তা হংগে লাকপনি —।"

"কবিনো — ?"

হয়াৎ ন্নাহং অদু হংদ্রিঙৈ মৌগী শীংদা চনপ্লবী মমীৎ-মীৎলু অনীদা ইহৌবক্লম্মী। ফিজিনা খরত্তং নাম্থোকলুরগা লৈবাক্তা খুজিন্না লৈযিংশিংদু মশীং লাকঙমদনা চিংল-চিংলদুনা হয়াৎনা হায় —

"মাগী মবমদা শুপ্নগী খবতংদ ওইরবগু ঐবু তাহল্লু" হংলকই-"কমদৌবি হাযবগে ? খঙববা ?"

"খঙডি — " ফতিমাহনা শাংলবা নিংশাদু মতম চংনা হোল্লদুনা শাওবংননা হায — "খঙদবা লৈতে, মাগী পাউ পুম্নমক ঐহাক্লা খঙদবা লৈতে। অদুবু হয়াথ ঈশা-ঈশানা খঙনসি — ঐখোয়সে মৌ ওইনববী ঙাক্লি, হৌজিক্তী নঙগু নঙগী অপেম্বা ফংনবা লম্বীদুদা খোংদাপ্লবীনি, মহাকগু মহাক্লা থোকপা, শিব-চংবা।" ফতিমাহনা মথা তাবকই "করিবু কান্নগদগে নহাক্লুম্বী নীংবা থুংলবী অমনা মাগুম্বা লন্নাম্বা মীশক অমগী মবমদা খঙলু তারুদুনা, তুমিন লৈযু —।"

‘‘খঙলে নহাকমক্লগু ঐবু তমথীনা শাওবে । শাওফম থোকই হয়াংনা পেরাওননা মথা তাবকই — ‘‘অদুবু মচানুপা পোকচন্দ্রবা মবোই-মনাও কনা অমা হন্না য়েংবদা লৈজদ্রবা অপাজান্না শিবমদাইগী মতমদা কন্না পাউমেন্নখিবনা — ঐহাক লমচৎ নাইদবীগুম ফতি’’ পিশিংদু শিঙ্খবকই ‘‘ঐহাক্কী পুন্সিনা অগুম থোকখিবনি — । নঙমক্লদি অদুম শাওনু । অশুক কুইনা অবোৎ-অফোং নাইদনা তিন্নবকপা নহাক ঐবু খঙদববা ? করিগুম্বা অপাজান্না থম্মোই শোকপা মতৌনবমদবা থোক্লবা ময়াথংদু ঐহাক ইল্লগ্লোইদবনি । নঙোন্দা থোক্লম্লবদি নহাক খঙগদবনি, শিবমদাইগী মতমদা ঈপা অমনা ঈখুং খুদাংসি পাযবদুনা মমীৎ-মীৎলুদা পিবাং শিঙ্খনা খোঞ্জেল থোক্লা ও খোংনা কপ্পা, ফতি, হযাৎ ঐবু কোন্বীদুনা হন্না-হন্না পাউমেল্লম্বদগী —’’ হয়াৎ ঙহাক লেপখবে মখা তাঙম্লক্তবে ।

ফতি তুম্মিন লুকথদুনা লৈ । লৈযিশিংদু কযাদা যাম্লম্লবা ।

কুইনা তুম্মিন লৈকববা মতুং ফতিমাহনা তপ্পা-তপ্পা হাযবকই —

‘‘মহাক্তী ঙসি ফাওবদা তাবা লৈত্রিমাল্লে লেপ্তুনা মপাউ থাবক্লি ।’’

‘‘খঙলমখিবোই —’’ হযাংনা হায ‘‘অমুক খঙহল্লুবগনু ।’’

‘‘মবম অদুনবু মাগী মবমদা নহাক্কা ব্রাবী অমুক শাবগুমসি হায়বিবনি ।’’

‘‘চুম্মী শাদবনা চুম্লে অদুবু ফতি মব্রা-মপাউ তাদ্রবা — ঐহাক লৈফম খঙদে —। ঐহাক লৈফম খঙদে ।’’

খুম্লমদে ।

ফতিমাহদু ফন্নবদগী ফুক হৌগৎখিবম্মী। অমুক হঞ্জিল্লক্লুনা ফন্নবগা চে মযোমদু হয়াৎতা উৎলদুনা হায় —

"ঙসি ফাওবা মরা-মপাউশিংসি লেপ্তুনা ফংলি, হয়েংশু, হংচিৎশু মতম খুদিং লেপ্তুনা লাকখিগনি।"

হয়াৎ অঙাওবীগুম্লক্লে। তৌফম-লৈফম খঙলক্তে। মাংদা তাবিবা মরা মপাউশিং অদু পানিংবনা খাঙঙম্লক্তে। লৌশনগে তেমশীংলুবগা, লৌশনগদবগী তিংথোক্লুবিবী খুৎ অদু নীক্লা-নীক্লা হঞ্জিল্লক্লুনা মশাগী চোইথোক্লবী ইম্নফিগী ফিজিবু পাযদুনা শীন্থবিবা মমীৎ মীৎলুগী মপিশিংবু তৈথোক্লা নাম্থোকপদা শীজন্নজবম্মী।

"মদু পূম্নমক ফতি ঐগী ঈফম যৌহল্লক্লগনু।" হয়াৎনা হায় "ঙম্নমক ঐগী ঈফম যৌহল্লক্লগনু ফতি —।"

"অদুদি" ফতিমাহনা হায — "ঙম্নমকসিগী মপু লৈতবে ? কমদৌবা তাবি —?"

হযাৎ খুমঙম্লক্তবে। তুমিন লৈ ফতিমাহশু —।

মতম কুইনা ইচীক্লনা খল্লুববা মতুংদা হযাৎনা ফতিমাহদা হাযবকই —

"তুম্নবা — ফতি, তুম্না মৈ থাখবো।"

"কবি —?"

"মৈ থাখবো তুম্নবা —।"

"কবি —?"

হযাৎ খুমদ্রে —।

"নচীন্দুনশু - " ফতিমাহনা হংলম্লগা শাওনা, ঙক্লা, মখা তাবকই "নচীন্দুনা মদুশু হাযঙম্লবা —।

হযাৎ হীক্লা কপ্লক্লে।

"ফৈ –" ফতিমাহনা শাওনা ফী-ফী কাপ্লদুনা হায়বকই "ফৈ তুম্না থাদোক্রম্মু ঈমাংদা —।"

হয়াৎ থৱায পান্দবীগুন্নে।

কুইববা মতুং হযাৎ থৌনা লৈবক্লে।

ইকবাল কুবেশিগী থম্মোইগী ৱাহৈতনা থল্লবা চেগী ময়োমদু মরু ফংনা মাঙ তাকখিনবগীদমক্তা মৈ থাবা হৌবক্লে।

ফতিমাহ হয়াৎপু অমুক খাল্লক্তবে। লমদম তাম্না শক্তাম্নগ্লবা ইকবালগীদমক — ফতিমাহ মীৎকী পি শিঙ্খবক্লে। তপ্না, অহীক্লনা শোল্লকই —

"সম্রাৎ —। সম্রাৎ ইকবাল কুবেশি মবাই চাইথবেদনা —।"

হেক তাবদা! নোংমা লৈশামিন্নবিঙৈ ফতিমাহগী ফাগীনবা মৱাহৈদুমক্কি। হযাৎ মতমদু থম্মোইনা নীংশিংলকই। থম্মোইগী মৈচাক পুঙস্নক্তবে। হযাৎ খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লদুনা চোকথববা হকচাংদু মতা ফতিমাহদা কোনশঞ্জবক্লে।

মৈনা তুম্না চাকথ্লবদা হৌজিক্তী ইকবাল কুবেশিগী থম্মোইগী ৱাহৈ পূম্নমক তাঙ্গোয ওনখবে। তাঙ্গোযশিংদুনা কানুংদুদা পম্ফুংফম খঙদনা কোইপাই পাইনবক্লম্মী।



# ১০

নাকেন থাজত্তা হাইনা-হুম্না নত্তবগা লীববিবা খোঙলোযননা কেম্লকইবা অকংবা উনা-ব্রানা অমদি লৈনাশিংবু উবগা অশৈবশিংনা থম্মোইগী অব্রাবা ফোংদোক্লবী। থাযনঙৈদদি মখোযবু উকবগা ফাওবক্লিবা অব্রাবা শৈশকশিংদু শাউন্দা, উচেৎতা, ন' মাযদা অদুগা উকুদা ইদুনা শৈথানবম্মী হাযনা তায। হৌজিক্তী অশৈবশিংগী ফোংদোক্লবগী পা' ় ওন্থোক্লা মবাং কাযবে —। পূম্নমকসি ওইদুনশু উনা-ব্রানা অমদি লৈনাশিংনা কেম্বদি হৌজিক ফাওবা লেপ্পা লৈত্রি। অনৌবা থৌনা অমত্তনা নাকেন থাজৎপু মুথৎপা ঙম্নদে —। যেংনবতনি —, যেংলুবদগী অব্রাবা ব্রাখল অমা থম্মোইদা ফাওনবকপতনি, কনানশু মুথৎপা ঙম্নদে। অদুগুম্বা পুম্সিগী নাকেন থাজৎতু থাওন্নবক্লুনা ইকবাল কুবেশি নীংঙমদ্রবা লৈমাযদা পন্থুং খঙদনা তাববে। মসিগীদমক্তা ফতিমাহ অযুক নুংথিল অনীমক অব্রাবা ব্রাখন্না কোকথোংনবম্মী। অব্রাবা ব্রাখল অসিনা ফতিমাহদগী হেন্না চাওববা পোৎলুম ওইনা হযাংকী মফমদা থুংলম্মী' অদুবু ব্রানা-ব্রানা অহীং কযা, লুহোংলবা মপুবোইবা অশবফকা যাবেক-যাতা যাহীপমিম্নবক্লবদা যুম্বানমিম্নবক্লবদা, অব্রাবা ব্রাখলদুগী পোৎলুমদু নোংম-নোংমগী ওইনা পোৎলুমগী চাং হন্থরক্লম্মী। খল্ল-খল্ল। ব্রাখল পম্বদদি ইকবালনা চপ-চপ

লেপ্লবি — । পোৎলুমদু অদুক হাক্লা লুম্লক্তবে, চৈনাদুদগী খব-খবদং নাথৈবা ঙম্লকপগুম্নে হায়বতংনি ।

তান্নবা লমদমদগী মতম চংনা মকা তম্লকপা, ইকবালগী পাউ পুম্নমক হয়াৎ মশামক্লা মৈ থাদুনা তুম্না মাঙ-তাকহনখবে । মতৌসিদা ফতিমাহনা হয়াৎপু ব্রাবৌবা ঙম্লমদে । হয়াৎনা চৎলক্লিবা লমচৎ খুদিং খাঙঙমদ্রবা নুংশি-মৈশানা থম্মোইগী মচি মকম শিন্না মৈৱাযনবক্লবননি । নৌববী থম্মোইনি, ফতিমাহ খঙই, অশুম্না অঙাওবী মতৌদু উৎপা নত্তনা থোৎচববী থম্মোইসিনা মৈশালকসিদা তবাই-তবাই লৈতানা খাঙ্‌ঙম্বদি ওইথোক্কে । মবমসিদগী ফতিমাহনা থৌদোক অদু থোকখিঙৈ হয়াৎকী মফমদা ব্রাকৎ অমত্তা থমখিদবনি ।

নুপীমচা ওইবী থম্মোইদুনা মতম কযা ব্রাফমদুদা খঞ্জানবক্লনগু অবেপ্লদু তাবা ঙম্লক্তববদা ফতিমাহদু অব্রাবা শক্রোন্দা কাগী থোঙনাও পুম্নমক হাংদোক্লদুনা কালেনগী মৈশাবু কোক্লনবা তুমিন হকচীক লাংলিবা মপুবোইবা মিহিবগী মনাক্তা তপ্না-তপ্না চংশল্লকই । মিহিবনা হান্নন হায়বকই —

"লাও ফটি ব্রা হংগে — ।"

"কবিনো — ?" ফতিমাহনা হংনা-হংনা চংশল্লক্লগা মপুবোইবগী নাক্তা মীবোল্লবী অমগী চেনফম থোকপা মাযথোংগী মঙাল খবা অদুগা হকচাংগী মনম-মহা খবা চেন্নবদুনা তপ্না ফমথবে । অদুগা হায "কবিনো ?"

"থা পাও —" ফতিগী মশা শোক্ল-শোক্লদুনা মিহিবনা হায় — "থা পাও — । কযাম ব্রাৎলি — ?"

"হুং —" ফতিমাহনা মপুবোইবগী ব্রা অদুদা যৈথৎচবগুম নোক্লা-নোক্লা হাযজবন্নগা মতুংদদি ফোংদোকফম খঙদ্রবা

হবাও-নুংঙাইবগী মঙাল অমনা মায়থোং অদুদা শন্দোকপা হৌবক্লে। ফিজিনা মমায় খঞ্জঙ্জে "থাদোকঙউ কোনগনু ব্রায় —।"

"পাও হায়বনি" মিহিরনা, হায়জব'দু তাবীদনা হায — "খঙদোকপা ফৈদনা —।"

"খঙদে —।" ফিজি হায়দোকপা লৈতে মায লোৎন-লোৎনা খুন্নকই "অবোকখোযদি খঙলিগনি —।"

"ফবে — থা খঙদ্রবদি হাযযু নশাদু ঈতন-তম্থবা অমা পোক্লকপবা ?"

ফতিমাহদু থীক-থীক নোকচবক্লে। তুমিন লৈ, খুন্নক্তে।

"তম্থববা হাযবা ?"

"হোই" মপুবোইবনা মবেংজুমদা খুজিন্না শিক্লকই — ফতিমাহনা তেকথোকচবদুনা "চৎপা ফাওবা ঙমদ্রিবসি উদবা" ফতিমাহনা শোন্থনা মথা তাবকই — "থবক নোম্বসি ঐহাক য়াম্না ব্রাবে।"

"অদুদি —" মিহিবনা ব্রাখল তৌকবগা হায — "অদুদি কুইদবে —"

মপুবোইবা মিহিবগী ব্রা তাবগা ফতিমাহ থাজদবা মতৌ উৎলদুনা নোকচবতা থংলক্লে।

কুইথবা ঙমদবে। থম্মোইবু ঙহাক ফাওবা হাঙনা লৈহন্বা পামদ্রবা ব্রাখলশিংদুনা, মপুবোইবা — নাক্তা নোক-খেজবম্বী ফতিমাহবু নীং-খা তমহন্দবা হৌবক্লে। ঙহাক্তংদি ইচীক্লনা লৈবন্নগা ফতিমাহনা মপুবোইবদা হংলকই —

“ব্রা অমত্তা খল্লসি –।”

“কবিনো ?”

“দাজি ইকবালগী মবমদনি ।”

“কৈদৌবে –অমুক ?” মিহিবনা হংলকই – “হযাৎ অশবফতা নিকা শোনখবে হাযবসি মহাক তাববা নত্তবা –?”

“তাদ্রি, মহাক্তী খঙদবনা মহৌশাগী মহৌশা হযাৎকী ব্রাখন্দা চপ যুংলি । মপাউ লেপ্তুনা থাবক্লি, পাউখুমদি অমত্তা হনখিদে –।”

“অমত্তা হেক হনখিদ্রিববা ?”

“হন্দ্রি, কৈদগী হন্দৌবিবনো –” ফতিমাহনা হায – “ঙবাংতশু অমা লাকই –।”

“কদায –? কদায য়েংগে –।”

ফতিমাহনা লৌকবগা মপুবোইবা মিহিবদা য়েংহল্লকই –

মিহিব – ফতিমাহদগী ইকবালনা থাবকপা চে অদু লৌবদুনা ফাক্তোক্তুনা কুপ্পা পাবকই –

“হযাৎ,

নহান্নখে নহাক পাউখুম হল্লক্কে হাযনা অদুক হাক্লা ব্রাখল অতৈ খল্লমদে –। হৌজিকশু খন্দ্রি । পাউখুম ফংবা-ফংদবা নহাক ঐগী হযাৎনি অদুগা ঐহাক নঙগী কুবেশিনি হাযবসিদি, দুনিযাগী থব্রায পান্না হজাব হজাবশিংসিবু শেম্বীবিবা অল্লাহনা অদুম্মক খঙবীবিগনি । মবমসিনা মদুগীদমক্তা ঐহাক কবিসু চিংনদে ।

নুমিৎ খুদিংগী নঙগী তশেং-তশেংলবা শক্তম অদু ঐনা উবা ফংলি । মবমসিদগী নহাক্তা-ঐহাক্তা লাপ্লবে হাযবসি হৌজিক

ফাওবদা থম্মোইনা থাজবা ঙমদনা লৈরে । নঙ ঐগী ঈতেংদা ঈচং থৌবীবম্বী ঈচন ফতিমাহ, হৌজিক য়ুম পানখিবা কুইবে । ময়ুম পানখ্রবনিনা মহাক্না নঙ অমসুং ঐগী ঈতেং পাংবীবম্বদু চাং খবা হম্বরবন্নগনি, ঐহাক খঙই । ঐতনা খাঙঙমদবা নত্রগা মীবৈবাক্তা লৈবা অমা ওইনা লেপ্তুনা পাউ থাবক্কে —নঙগী পাউখুমগীদমক্তদি ঐহাক থোইদোক্না নাচুংদবে । খুন্নকপা-খুন্নক্তবা চপ মান্নববা নঙগী পাউখুম নত্তবা ? অদুবু হয়াৎ, ঐহাক মণিপুবগী ঈ-পাউ তাবক্তবা কুইবে — নখোযগী অপাজান্না কমদৌবি, কোলেজনা কমদৌবিবা —পাউ খবতংদি তানিংলক্লে । মবমসিনা নঙগী অশংবা মতমদা মিহিবখোযদা চৎতুনা ফতিমাহগা তান্নদুনা ঙসি হযেংসিদা মণিপুবগী পাউ খবতংদি ঐবু তাহল্লকউ । তৌবদি ঐশু থোবক্লগনি, কুইদবে । থা মঙা-তকক্তং মঙাযববনি । কবিগুম্বা খুদোং চাদ্রগা থাবক্তববসু কাযদে ।

*ঐহাক থোইদোকপা অনা-অয়েক লৈতে ।*

নহান নোংমা কৈথেলদা ঐখোয মযাম হৌনদুনা কোযথোকলুই । কৈথেল অসি যেংবা নুংঙাই । নোংমা নঙনা যাম্না পামজবা অবিবা, অমম্বা লাইশঙশিং যেংলুই —। কাযথবক্লবা নত্রগা মব্ধ ফংনা মাংথবক্লবা ব্রাখলগী মশক লৌববা অমম্বা লাইশঙশিংদু যেংবদদি অঙকপা ফংনা মতিক-মযাই চেল্লি । মতুংদা শাংনা ইবক্কে ।

ঐগী যাইফনবগীদমক নহাক্না হুজুববু নীংলমগনি অমদি লাইশোন শোল্লমগনি হাযনা খল্লি । সৈতানশিংনা ঈতুং ইন্নদুনা ঐগী ফত্তনবা শাবৌ কযা শীল্লন্নবশু নঙনা ঐগীদমক্তা লেপ্তুবা লাইশোল শোন্দুনা — "দুব —" তৌথোক্লমগনি নীংই । ব্রাখল

অসিদা ঐহাক্না তাল্লবা লমদমসিদা অশোয-অঙাম যাওদনা লৈবা ফংলিবনি ।

খুদা হাফিজ ।”

অশুম্না লোইশল্লি ইকবালগী পাউদু ।

ফতিমাহদি কপকদৌবল্লে । মিহিবনা নুংশুক্লনা হায –

“নহালঙৈনা ফোংদোকহৌগদবনি ।”

“হয়াৎনা যাদে, অদুননি –।”

“মানা যাদ’ যাববা মীবু অশুম ওৎপদি হৌনববা ।”

মপুবোইবগী ব্রাবেপ ফংলে । ফতিমাহনা খল্লি –

“ফোংদোকখিবনা চুল্লে ।”



# অহুমশুবা শরুক

## লানফমদা তুমিন্নবা নত্তরগা মায় পাকপা

"They plot a plot against thee
And I will plot a plot againt them

**– Koran**

# ১১

থাবল ফববা অহীং অমা ঙাফাবশিংনা অচাবা ঙা পূম্নমক ফাহৌনবা তেমশিংদুনা লৈনখি। ববাক তুবেলগী মফম খুদিং খেন্নবক্লে। খবদনা পাক্লা শন্দোকই —অদুগা কবিগুম্বদনা ঈশিং তুংদবগুমই। চাখৎনবক্লিবা ঙাশিংদু যেংনবগা ঙা ফাবশিং মথুম-মবাং হৌনবে। খবা অমনা হবাওববা ঈশৈদু শক্লে অদুগা কাংবু অমদি মৈবুলশিংগী হাই-হুন্নবা মঙালদুদা চয়োম থোক্লুনা চাক চানবক্লে।

ববাক তুবেলদা চেল্লিবা ঈশিং অসি লৈবাক অনীগী ঈশিংনি। চেল্লিবা ঈশিংদা তঙ্খায খায়দোক্লগা তংখায অমনা মণিপুবগী অদুগা ঈশিং তঙ্খায অমনা আসামগীনি। ঈশিং ফাওবদা হেক্কন্নবা যাদবমখৈ চৎনবিবা লমচৎ অসিমক্লসু ঙসি ওইবিবা তেংবান্নসিদা হিংলিবা মীওইবা কাংবুশিংগী লৌংনম্নববা অদুগা ফত্তববা পুকচেলশিংদু অদুম্মক উনবা ফংলবনি। তুবেলসিদা তাওথবকপা উ-ৱা লৈবাক অনীনা চপ মান্নবা য়েন্নফম থোকপনি, অদুবু মসিগী মবমদা লৈবাক অনীমক শবৌ খবা লৈনদুনা যান্না শাওনবে হায়না তাবে।

ইকবাল কুবেশি বামপুবদগী মৌলুবী তম্বা লোইবদুনা থোকখি —। ঙসিদি থাজদ্রবা মতৌ, অসিগুম্বা থাবল ফববা

অহীংসিদা কাংবু-কাংবু হৌনদুনা ঙা ফাগনি তেমশিংনববিবা, মথুম-মবাং হৌনবিবা ঙা ফাবা মযামগী মবকসিদা অমুক পুন্সি লেল্লবে । নাক-যেৎ অনীমক অঙকপা অদুগা পাক্লবা উমং ঙাক্তনি । কবিগুম্বা অহাংবা লমহাংশিংদদি লংলবা থাবল মঙালদু মনীং-তম্মা ফুদোক্লি । উশা-ব্রাশাশিংগী মকম লাংদবা মচেৎ-মচেৎনবা ঈচেলগী ঈমাযদা, খোংবান্দা নক্লা হৌবা উ-ব্রাগী মমিনা লেংনা-লেংনা মুশি-মুশিনবম্মী । ইকবালনা অসুম যেংদুনা লৈবাক অনীগী মবৌনববা লমচৎশিংদু মুন্না খন্থবল্লগা, মনাক্তা ব্রাকক অহোবা অমদা কনম মতেক অমনা কাপ্ল-কাপ্লদুনা ঈশৈ শক্লিবা ঙা ফাবা অহন্দুদা হাযবকই —

"হি তোংদুনা খব-খবতং হোম্বদি লৈবাক অনীমক্তা থোইদোক্লা মাঙ-তাক্লোইদ্রা খল্লি । অকাযবা ওইগদবা ?"

"কবিগীনো ?"

"থাবল ফববা থেংলবা অহীংসিদা হিথক্তা তোংদুনা কোযনিংলকই ।" হংলকই "মসিদা লম হেঞ্জল্লকই হাযনা শাওনবক্কদ্রা ?"

"কবিগী শাওগনি, হুবানবা পোৎ পুবসু নত্তবা অসুম্মক হি তোংদুনা কোযবনি ।"

"অদুদি" ইকবাল কুবেশিনা হায "অদুদি হি অসিদা ঐবু খবতং কোযহল্লু ঐহাক্তি হি হোম্বা হৈতে ।"

"কোযবা ?" ঙা ফাবা অহন্দুনা ঙকপা মতৌ ইকবালদা মুন্না যেংলল্লগা হংলকই "অহীংসিদা, ঈশিং মযাযসিদা, হি তোংদুনা কোযবা —?"

"মাম্নি ।"

"কবিনো —?" ঙা ফাবদুনা অমুক হেন্না ঙক্লদুনা পাখৎনা হংলকই "নপিসু অমুক শিন্থবক্লবা —?"

"পি —?" ইকবালনা ঈখং-খংনা হংলন্নগা মখুৎনা মমীৎ মীৎলুদা নাম্থোক্লবগা হায — "পি - পি তাদে। কবিনো হায়বিবদু? ঐহাক পি তাদে।

"খঙলে" ঙা ফাবদুনা শিংলবা মতৌদা হায়বকই "থম্মোইদু কায়খবে।"

"অদুক যাম্না ঙাংগনু। হিসিদা পু। ঐবু খবতং কোয়হল্লু।"

"লাও।" হৌগৎলে "হি তোংদুনা কোযবগীদমক্তা অদুক কন্না তক্কদবা নত্তে।"

অনীমক হৌগৎনবে। হিদা কাখৎলি। পীক্লবা নৌদু পাযখৎলদুনা ঙা ফাবদুনা লৈমাযদা খংইন-ইল্লম্মী। হিদু চেন্না হৌবক্লে। মমি-শামি ওইনা ঙংলন্নিবা ঈশৈদু লেপ্লদুনা, হিহোন্না ঙাফাবা অহন্দুনা ইকবালদা হংলক্লম্মী —

"চাক্লবা ব্রাবীদু ঐবু তাহল্লু —।"

"চাক্লবা ব্রাবী —? কৈদগী —?" ইকবালনা ঙক্না হংলকই "কবম খঙদুনা?"

"লীথোকঊ — তানিংদুনা হংলক্লবনি, খঙবা-খঙদবা।" ঙা ফাবদুনা হায় "ব্রাবীদুতা তাহল্লু।"

ইকবাল তুমিন লৈখবে।

হি'দু মোং হাদনা তপ্না-তপ্না চেল্লম্মী। থম্মোইদা চয়েৎনবা হৌবক্লে। অদুক ইকাইফম ওইববা পুন্সিগী থৌদোক অসি লীথোকপা অমসুং লীথোক্কবগী ক্রবি কান্নবা অমসুং কান্নদবা —?

হোঞ্জল্লক্লিবা মফম অদু বাবাক তুবেলগী হামজল্লবা খোঙবান নকপা মফম অমদা ওইবন্মী। অগুকপা উমংগী ব্রাশা-উশা পুন্না খুৎনা লাম্বা ফংবগুন্নে। মবমসিনা হিবেপফম ওইরিবা মফমদু অকুংবা উশা-ব্রাশাশিংগী মমিতনা অমম্বতা ঙায়বন্মী। অশাৎপা লৈগী মনম নীংবা থুংনা নমজবা ফংলন্মী। ঙা চাবগী খোঞ্জেল মশক উদনা তাবা ফংলকই। অকেম্বা ব্রানা-উনাশিংনা মশা হাইথবক্লন্মী। ইকবাল তুমিন লৈবম্বদগী পোৎথাফম অমদি ফংলে খল্লদুনা হায় —

"মফমসিদা — হিসি খান্নসি। হি হোন্বা লেপ্লো।"

থাবলগী মঙাল ফংদ্রবা অমম্বা মফম অদুদদি ইকবাল নীং-তম্না মীৎকী পিদু শিন্থজবা ঙন্নে। শিন্থবিবা মীৎকী পিদু হিহোন্বদুনা উবা ফংখিদবে।

হিহোন্বদুনা মল্লবা মফমদুদা হিদু হোন্বা লেপ্লে। নৌদু হিথক্তা থন্নুবগা হায —

"নীবো। ব্রাবীদু ঐবু তাহল্লু।"

"হয়াৎ হাযবীদুদি খঙঙীদনা?" ইকবালনা হংলকই — "মহাকপুদি খঙঙীদনা —?"

"কনাগী হয়াৎ —? ঐ খঙদে —।"

"ও —!" ইকবালনা ব্রাখল লাকপগুম হায — "ঐহাক লানখবে —। নঙনবু হয়াৎ খঙবা হৌনববা —। য়েংউ, ব্রাবী অসি তাবো। ব্রাবীসি তাবগা ঐগী হযাৎপু মশক মুন্না খঙনবা হোৎনহৌ। হিসি খবতং শুকপদা হোঞ্জল্লু —।"

যেৎপা তৌদবে। ঙা ফাবদুনা নৌ পাযখত্তুনা হেন্না শুকপা মফম অমদা হিদু তপ্না-তপ্না হোঞ্জল্লন্মী।

৩ ৩ ৩

# ১২

হঙ্গোইববা ব্রাবী পুম্বা খাক্তনা লীকববা মতুংদা ইকবাল কুবেশিনা অশাংবা নিংশা হোল্লদুনা হাযবকই —

"অসিগুন্নবী ঐগী হযাৎপু —হযেং মতম অমদা থেংনবক্লগা ঐগুম্না ব্রাজদনবা, মাগী মনাক্তগী থাপ্না চেম্প্লোকচদুনা নথব্রাযদু হিংজহৌনবা মশক মুন্না খংজলহৌ হাযবনি —। খঙলগদ্রা —?" হংলকই "তমথীবী অসিবু নহাক শোযদনা মশক খঙলগদ্রা —?"

হিহোন্বদু খুন্নক্তে । অমম্বা মবক্তুদা মহাক কবিনো অমা তৌবদুনা তুমিন লৈবি । মহাক হিথক্তুদা তুমখ্রববা — নত্রগা লীবিবা ব্রাবীদু তাদ্রববা ? ইকবাল খস্তকুবা লৈতে । তাবা তাদবা থোইদোক্লা থৌশাদবগুম, লীবিবা ব্রাবীদু অমুক লেপ্পা লৈবমদে ।

"খিৎ-খাবক্তংগা কান্নবা নত্তে ।" ইকবালনা ব্রাবী মখা তাবকই — "চহী অমা মপুং কান্নবক্লবা, ঐনা মৌলুবী তম্বা লোইবদুনা মতম খবতং বামপুবদা লৈবা হিন্দুস্তান শীন্না ফাওববা মৌলানা আব্দুল সত্তাব সিলিজিগী মনাক্তা লৈবিঙৈ, ফতিমাহ কৌবী ঙসাইগী লৈকাযগী ঈচল অদুনা পাউ অমখক থাবকপনি । পাউ অদু পাউ কৌবা যাদে । শুপ্নগী পরেং অনী-অহমদংনি ।"

ইকবাল তুমিন লৈখবে ।

"কবি পাউ – ?" ঙাফাবদুনা হংলকই – "কবি পাউনো –?"

"নহাক তুমদ্রিববা —?"

"কবিনো ঙাংলিবদো — হিথকসিদা কবম তুমদৌবিবা —?" হংলম্নগা হাযবকই — "ঐহাক নঙগী ব্রাবীদু চিখদনা তাবীবনি. থাবক্লিবদু কবি পাউনো ?"

"পাউদুশু অমুক তাখিগে খল্লক্লববা ?" হংলম্নগা পাউদুমক থিথবকই "দাজি ইকবাল ব্রাখন্দু থাদোক্লো — হযাৎ, চহী ১ গী মমাং লিলোংগী হাবীবচৌবগী মচা অশবফ অলিদা নিকা শোনখবে —। অপাজান্না শিল্লম্বা খুজিন্নি। হযাদনশু অপাজান্না হাযবদু অদুম্মক ইনখবে। হৌজিক্তী মতমদু হৌখবে। নঙগী নচল — ফতিমাহ, খেবগাও" লোইবগা ইকবালনা হংলকপগুম হাযবকই — "ইবকপা ব্রাহৈশিংদুমক চীনফা পুদুনা চপ মান্ননা ব্রাত্ত-পাদনা নফমদা তম্রবনি। নহাক তাবীববা ? অসিগুম্বা পাউসিবু হাযযু তমথীববা মশক্কী পাউ নত্তববা ?"

ঙা ফাবদু তুমিন লৈবম্মী।

চীক্লে।

"ফবে —" ইকবাল তুমিন লৈবম্বদগী খঙহৌদনা হাযবকই — "ফবে মতমদুদদি হকচাংসি চেখাযগদৌগুম নীকখিবম্মী। মীৎ-না পুম্বা মমশনখি অদুগা পংশনখি। অদুং মণিপুবদা থোক্লিংমম্বা লীচিং অমনা ঐহাক, ইকুই-কুইদনা বামপুং অমদি মৌলানা আব্দুল সত্তাব সিলিজিবু থাদোক্কুনা মণিপুং থোবকখিবনি। লীচিং অদু মপাঙ্গল শোঙ্খবকখি —। যৌবমদা যৌবক্লবদা ঈবৈপাক্কী হৈনম-লৈনম খবা খবতং নম্লকপদদি লীচিংদুগী

মহুত্তা ইকাইববা অমদি হঙ্গোইববা ৱাখল লীশিং-লীশিংনা থম্মোই অসি খুদুম চনশল্লক্লে । লমফাংলবা ৱাখলশিংদু মাঙখিনবা কযা কন্না হোৎনকই অদুবু ঙম্মমক কান্নবা ফংখিদে, অবেম্বা তাখি । যাখিদবে, খোঙ অসি থাংঙল্লক্তবে । অদুদগী খঙহৌদে মণিপুব থোক্লবোই হাযবা অচেৎপা ৱাখন্দু খল্লক্লুনা পুন্সি অসি লমফাযনবল্লে —। অশুম চৎখি । কবম্বা মফমদা অদুগা কৈদৌঙৈদা ঐহাক্কী লমথুংফমদু ফংগদগে হাযবশু খঙখিবা নত্তে । ঈশাগী লমথুংফম ঈশানা খঙঙমদনা অদুম্মক লাকপনি । ইকবাল তুমিন লেপখি ।

ঙা ফাবদুনা লিবকখিগদ্রা খন্দুনা ঙহাক তুমিন তাবল্লগা হংলকই —

"মখা । মখা তাও । ঐহাক তাবী ।"

"কবি ? মখা ?" ইকবালনা হায "তাগনি" মখা তাবকই —

"ঐহাক খঙহৌদনা থোঙ্গাল অমদা থুংখি । থোঙ্গাল অদু কানশনখি । যুমদুদা লৈবমগদবদু কনানো কবম্বা মীশক্লো ঐহাক খঙখিবা নত্তে । ঐনা যুমথুংলবা অমা ওইনা অবোম্বা থোঙদুদা খুতুম্মা তক-তক থীল্লদুনা মী অমতং তাননবা হোৎনৈ, কনানসু খুল্লক্তে ।" হাযবল্লগা ইকবালনা ঙা ফাবা অহন্দুদা ওনশন্দুনা হংলকই — "ঐনা থোঙদা কন্না-কন্না থীল্লিঙৈ — খুদক অদুমক্তদা নত্তবা নঙনা নুপা ঈন অমা নবেংবান্দা যাল্লদুনা নচাদুগা খুৎশম্মদুনা, ঐবু মূনা-মূনা যেংনবদুনা শুমাং মতোন্দা লেপ্লম্বদো —?"

ঙা ফাবদুনা মুম্না তাকৃবগা হায় —

"হোই —নঙনা অদুম তৌবম্বদুদা বামগোপালদি মকোই চোম্বা লৈবে হায়দুনা খংনা কপখি —।"

"খংদুনা —?"

"হোই, খংদুনা অদুবু ঙসিদি নঙগী তম্বাক্তদা মবৈখবে —।"

"মঙোন্দগু হয়াৎকী মশকসি খবা খঙহল্লু —। হযেং চাওবক্লগা হয়াৎকা থেংনবা থোক্লবগু মথৱায়দুদদি তমথীবীসিগী মফমদগী কঞ্জবা ঙমহৌনবা; খঙলববা ?"

ঙা ফাবদু খঙলে। ইকবালগী থম্মোই লৈতাবা লৈতবে। হাযবকই —

"য়ুমদা হল্লসি পোথাকবসি।"

হিদু তপ্না-তপ্না হোল্লক্লে।

ইকবাল মচীন্দুদা কনাগুম্বা অমতং কৌনিংবা পোক্লকই। কৌখ্রবোই হাযনদি খনখ্রবা মিং অমা —। উশিনগুম্না ৱানা হোৎনকবগা, মিংদুগী মহুৎ, শাংনা শোল্লকই —

"হাই, পবৱাব দিগাব —।"



# ১৩

বামগোপাল চহী তবাহুমদোইতমক মঙাযবী। মচীন-মখা যাম্না নুংশি। মশা-মউদদি খবা মোৎতাই চুদাইনবে। মদুদি য়াম্না লাইবা থবক অমনি, নীংথিনা ঈকজবগা ফৈ। মৌলানা ইকবাল কুবেশিনা ঈকবা খুদিং বামগোপালবুসু মখুৎমক্না হেক-হেক ঈকথোকপীবম্মী। বামগোপালদি হৌজিক মশা-মউ তনান তনাল্লে। মপা মণিবামদদি মহৌশাগী মহৌশা অদুম্মক মোত্তাই চুদাইনবি। মশাদু, মশিন-শিনফম, খবা মোত্তাই চুদাইনদুনসু ব্রাবী-ব্রাতাই শামিন্নবদদি অদুক হাক্না লৈবাক মচা তাদবা তৌদে। ঙা ফাবা চত্তবা অহাংবা মতম খুদিং মণিবামনা কবিগুম্বদনা অকংবা ঙাশিংদু নুংশাদা ফৌদোক্নুনা লেল্লম্মী। অদুবু —হন্দক মৌলানা ইকবাল কুবেশিনা যুমথুংলঙৈ, মণিবাম, য়াম্নবা মথৌশিংদুগী মনুংদা ককথবা যাবমখৈ ককথবা হৌবক্লে। মৌলানা ইকবালনা মদোম, চীক্লবা উমংগী মচি মকম অমদা লাইবিক পাদুনা নত্রগা ব্রাখল খন্দুনা ফম্নিবা মখৈ মহাকশু মথৌশিংদু থাদোক্নুনা হেক-হেক ফম্বা যাওববে। ব্রাবী শাবৈ। মৌলানা ইকবালগা ব্রাবী শামিন্নবসি মণিবামগী মফমদা নোংম-নোংমগী হৈনবা হেঙ্গৎলম্মী। হংনিংবা ব্রাহং কযা থম্মোইদা পোক্লক্লম্মী। মণিবামনা ব্রাহংশিংদু মৌলানা ইকবালগী মফমদা মথং-মথং

হংলকই —। পাউখুমশিংদুদি মৌলানা ইকবালনা থোইদোক্লা লুদবগুম পীবকই । মতৌসিদা মণিবাম ইকবালবু মানা থেংনবক্লিবা মীশকশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী শিংবা মীশক অদুনি হাযনা থম্মোইনা চেৎনা থাজবা থমখি ।

শাক-শাকুবা ব্রাবী খুদিংমক হয়াৎকা মবী লৈনবোইদা খল্লকই । ব্রাবীশিংসি শাব শাবগা হয়াৎপু নীংশিংবগী চাং হেঙ্গৎনফম ওইবকই । কল্লবা ব্রাখল অমনা থম্মোইবু খুদুম চনগে তেমশিংলকই ।

ওইবদি ফংলবোই । মপুবোইবা লৈখ্রবী য়ুম্বানখ্রবীনি —। অওং-অউনগা লোইননা নিকা শোনখ্রবীনি — । খঙলে, চৎনবী হৌনবী অদুগা থোকখিবা থৌদোকশিংদু । ঙম্নমক খঙলে, অদুবু কল্লক মৈশাদুনা লেপ্তুনা লাংহল্লবনা ঈখৌ লাংবদুদি নোংম-নোংমগী হেঙ্গৎলক্রম্মী । ইকবালনা অসুম্মক খন্থকুবদা খোঙদাগে হায়না খল্লক্লিবা লম্বীদুগী তমথীববা মশক্তু উবক্রগা মশাগী ব্রাখন্দা মশামক্লা অকীবা পোকচবম্মী । চহী কযা চংনা হোৎনদুনা তম্লুববা মতুংদা ফংলিবা "মৌলানা" অদুগা কুব আন সবিফপু হৈশিংনা চীনফা পুকবিবা অবান-খুভমগীদমক্তা তাল্লুবিবা লৌশিং, মঙাল পূম্নমক - হৌখ্রবা অহীংগী মঙলান অমবু কল্লক তেমশিংলুবদগী উনগী মপৈগুম মাং তাকহল্লগনি হাযবসি খল্লুবদা মৌলানা ইকবাল হকচাং পূম্বা অনপ্পা হুমাংনা ফুদোংলকই । মদু উকুবগা যেংঙমদ্রবা, অকীবা শক্তম পোক্লদুনা নাক্তা ফম্না ব্রাহং হংলম্রিবা মণিবামনা হাযবকই —

"কৈদৌবে —?" যেংবদা অকীবগী মশক ফংলে — হকচাংদু ঙমদ্রববা ?"

"ঐঙোন্দা ৱাবী শাবক্লগনু —" ইকবালনা হায় "ৱাবীশিং অদু ফোংদোক্লুঙে কল্লক-খম্বল মৈনা হকচাং অমসং থম্মোইব মীকপ খুদিংগী খুদুম চনশল্লক্লে। তমথীববা লম্বী অমদা ঐনা চৎকে খল্লক্লে —। মসিনা ইস্লাম ঈনাৎপু মরূ ফংনা মাঙহনগদৌবে —। হুজুবগী মকা ওইদ লমচৎ চৎলক্কদৌবে। মদুগী ঈবালদি —।" ইকবালনা নপ্লবা হুমাংশিংদু মখুৎনা নাম্থোক-নাম্থোক্লদুনা শোল্লি — "ও !! ঈবাল অদুদি —মপোক-মপোক খুদিং সৈতান ওইদুনা পোক্লুবগনি —। খু - দা —।"

চীন্দুং ইন্বা মীওইবনি হাযবদু যেৎনফম লৈবদবে। অবোন্বা থম্মোইদতং চাক্লম্বা কল্লক-খম্বনবা মৈশাদু হৌজিক্তী মকা ফোংলক্লে। ওমচাক্লববা মৈচাক্ল শন্দোক্লক্লম্মী, হকচাংগী কযাৎ খুদিং শীনখিবম্মী। হৌজিক্তী খুৎ থোক্কে তেমশিংলক্লে। মবালদুগীদমক্তা ইকবাল খন্থবা ঙম্লক্তে, মীৎকী পি শিন্থদুনা কপ্লম্বা — হৌজিক্তী ঈগুম ঙাংলবা মমীৎনা তেংবান মালেম তুববু খানা যেংলক্লে। কপ্লম্বা চীন্বান কপ্পগী মহুৎ কল্লক-তকশি শোল্লক্লে। শক্তম পুম্বা ওন্নববে। যেংলু-যেংলুবা খুদিং নুংশিফমতা ওইবম্বদু — ঙম্নমক যেক্ল শক্তম ঙাক্তা ওইবক্লে। পুম্নমকসিনা মৌলানা ইকবাল কুবেশি ৱাঙাং খুদিং নাপলনা খোন্থাংনবক্লে।

অহোংবা মৌলানা ইকবাল কুবেশিগী মতৌসি মুন্না যেংলক্লগা নোংমা মণিবামনা হায —

"ইকবাল নুংঙাইবা হৈগদবনি —, মতৌ অসি কবিনো ?"

"চুম্মী" মণিবামগী ৱাদুদা মৌলানা ইকবাল কুবেশিনা কংনা নোক্লদুনা মমাংদা হৌবিবা নাপীদু খুবাম-খুবাম ফোইদৎলগা হাযবকই — "চুম্মী, মতম অমদদি নুংঙাইবা হৈতবা থম্মোই,

হৌজিক্তী —" খুবাম ফাববা নাপী চবুলদু মণিবামগী মমাংমক্তদা শবা-শন্না চায়খাইবদুনা মৌলানা ইকবালনা হায় — "হৌজিক্তী থম্মোইসি নুংগুম্না কল্লক্লে । যোৎপু পেৎহন্বা ঙম্বদি য়াই — নুং অসিবু পেৎহল্লবগদবদি মতিক লৈবা কনানো — ?"

মৌলানা ইকবাল তীং শোকপগুন্নে ।

মণিবাম মীৎ কুপখিদবে ।



# ১৪

They plot a plot against thee
And I will plot a plot against them
– **Koran**

কুইনা লৈশল্লক্রবদদি খুঞ্জা পুম্বা খঙনবক্লে । মকপ-মপাং কযা উনবা লাকই । ইকবালনা কনাগুম্বদা থোক্কুনা মযামগা ব্রাবী-ব্রাতাই শামিন্নকই, কবিগুম্বদনা —মযামগা উননীংদবনা ইকবালনা লোৎতুনা লৈ ।

হন্দক মবক্তী মৌলানা ইকবাল কুবেশিনা মণিবাম মপা-মচাদা মী লাক্লবদি লৈতে খুমখো — উননীংদে হাযনা কন্না পাউমেল্লে । মপা-মচা অনীনা লৈতে-লৈতে, ফনা যাম্না কুইনা খুন্নম্মী অদুনা অসুম কুইশল্লক্লবদা মৌলানা ইকবালদু তশেংনা মপান থোক্কবা মীশক অমা ওইবক্লে । মশম-মনা থাও তৈবক্তবে, ফি-বোলদু শিন্দবতনা মোৎশল্লক্লে — । হান্নগুম ব্রাবী-ব্রাতাই শামিন্নবা ফংলক্তবে । কুইনা, মতৌসি যেংবা যাবমখৈ যেংদুনা লৈবন্নগা মণিবামনা ব্রাহংদু ইকবালদা হংলকই —

"তৌবিবসি কবিনো ইকবাল — ?"

"লম্বীদুদা —" ইকবালনা লৎনবা লৈতনা খুন্নকই — "লম্বী অদুদা খোঙদাবা হৌবক্লবনি — ঐহাক লম্বীদুদা চৎলে —। ঈবালনা ঈশাসি যোন্নশনু — খান্নুবগী কান্নবক্তবে — । হুজুববু থওইদবা ঈবমচৎতু হৌববনি, মদুগীদমক্তা ফংলক্কদবা চৈবাক ঈশানা যাববনি । কবি তৌগনি শিবগা চংবগা অমত্তা ওইববদা — ঐনা মখোয়নীগী মবক্তা কনাগী মীচং ওইদুনা লৈগনি —। তন্নুবা ঈহৈ, লৌশিং, পুন্নমক মাঙ তাকহল্লগে —। নীংবা মচেৎ অমা ফাওবা থুংঙমদ্রবদা হিংববু পামদুনা শিববু অমুক কিকখিগদ্রা ? অদুগা থাজৌ মণিবাম —" ইকবাল কুবেশিনা অফাবা মকোযশিং অদু নাম্থবন্নগা হায — "ঐগীনি হাযনা শকক তমখ্রবা ঈবাল অদুবু অতোপ্পা কনা অমগী মশকক ওইহনখিদুনা মীতোপ অমবু ৱাহল্লমগদৌ শকক ঈশাগী ঈশকক ওইনা থুংলন্নবা ঈবাল অদু ঈশানা ফংজবা পাম্মী । খঙলেদনা —? লম্বীদুদা ঐহাক চৎলবনি, তুমিন লৈয়ু ।"

"মহাক্তগী ৱাখন্দা, নত্তবা ?" মণিবামনা হংলকই "শোযবন্নোই ।"

"মাম্নি, — নত্রবদি কনাগী ওইনি ? তমথীবী মাগী লীচীং-তননি —।"

"অদুবা —" মণিবামনা হায — "অদুবা নঙগী মঙাল ফংলবা নৱাখল অদুগা থম্মোই ?"

"হৈস —।" ইকবালনা মণিবামদা হায "অদুক পংবা হৌনববা —? নুমিৎ তাথবক্লবদা মমথবক্লিবা কবিগীনো — নুমিৎতা অমুক শাওবা শাবি —। নুমিৎতু চাইথবে — মঙালদু মমথখবে, হাযযু হৌজিক্তী কদৌকগনি — ?"

"ইস —!"

"ইস হায়বদি — ?"

"নতৌদুবু, ব্রাঙাংদুবু হায়বিবনি —।"

"ঐগী ঈতৌ —" হংলম্নগা ইকবালনা হায "থাজৌ নোংমা নত্তবগা নোংমদি তমথীবী মহাক ঐগী ওইবগদৌবনি। থাজদববা — ?"

"অদুম ব্রাশকপা হৌনদে —।"

"হৌনদবা হাযবা — ?" ইকবালনা মবক থৎলদুনা হংলম্নগা মখা তাবকই — "হৌনদবা হাযবা অমা অমুক খাযবিববা — ? অদুগুম্বা ওইদবা ব্রাহৈশিংদু হাযজন-হাযজল্লদুনা কযাম কুইবে ওৎলক্লিবসে —। ওইদ ব্রাহৈশিংদুদা থাজকবা ঐখোয খবা অসিদা মঙাইহৌবে কাম্নফম খঙদ্রবা উৰ ওইদুনা লৈহৌবিবা। ওইদবশিংদু ঙাংলগনু —। হাযবিবসিনি নোংমদি শোযদে মহাক ঐগী ওইবা, মতমদুদা ঐহাক লালঙম ফিবাল থেৎতুনা মায় পাক্লা অমুক্তংদি নোক্লমগে অদুগা ঐহাক্কী পুন্সি লোইজখিসনু —।"

"মপুকোইবা লৈববীনি" মণিবামনা খাম্বগুম হায — "যুম্বানখ্রবীনি। নঙবু খিৎ তপথখো —।"

"লৈবে, নিকা শোনখ্রবী, যুম্বানখ্রবী —।" ইকবালনা হায — "পুম্নমকসি খঙলবসু ?"

"অদুদি কবি লমচৎ কৌই — ?"

"খঙদ্রি ? লমচৎ অসি কবি কৌবগে হাযবা খঙদ্রি ? হাযগে তাও লমচৎ অসিগী মমিং 'লানফমদা তুমিন্নবা নত্তবগা মায পাকপা।"

"নবালগী মশক্নী —" মণিবামনা হায — "অদুক ফিংগনু, তপ্পা ব্রা তান্নসি।"

"ঐ অয়েংপা মীগা ব্রাবী শামিন্নবা পান্নক্তবে, যেৎনবগী মতমদু হৌখবে।" ইকবালনা মবী লৈনদনা মখা তাবকই "মাগী মফমদা ঐনা পাউ অমা থাখি, মতুংদা কযা অমসু হন্না-হন্না থাখবে।"

"মানদি কবি পাউখুন্নকপা — ?"

"অমত্তা হল্লক্তে।" ইকবালনা হঙোইবপ হায় "হল্লকপা ঙম্নবা থৌনাদু ঐনা পীখিদে। হল্লকপসু পামদে। পাসু পানিংদে। অদুবু তককলকগুবা ওইনা ঐহাক ঈ-পাউদু ঙসি অমগু ইবা লোইবে —।" চেদু মণিবামদা উৎনগা ইকবালনা হায — "যেংউ, পাউসিনা মহাক্কী থম্মোইদুদা মহু কান্নবা লিলগী শঙ্গু-শঙ্গু ওইনা চংলসনু, মাবু তমথীনা ওৎ নৈবসনু। থবোম্বীদুদা তূংলীবা ঈ-শিংদু খকপা মখে চুপ্তুনা মথরাই লৌকসনু অদুগা থরায় অদু ঐগী অকংবা থরাযসিদা তিল্লসনু —। মতমদুদা ঐহাক্না অমুক্তং নোক্রমগে, মদুদি অপেন্বগী খুনোক্লি, যাম্না যাক্কনি অদুগা যাম্না হৌগনি —। খোঞ্জেলদু তাবগা অল্লাহসু জামিনসু, অদুগা অসমানসু ঙম্নমক থক-থক নীক্লহৌসনু। মদুদদি ঐহাক পেন্বা যাবে।" ইকবালনা হায "কান্নদে —, নখোযগী চুহিংদু খবা থক্কে চবমসি ইকং-কংলে —।"

নুংশিৎ শিৎলকপা মাযকৈদা মায ওনশল্লদুনা লৈ।

মণিবামগী মচানুপা বামগোপালনা চুহিংদু পুবক্লগা মৌলানা ইকবাল কুবেশিদা যেংলদুনা পী। ইকবলনা লৌবগা, ঙম্নমক থকচল্লুবগা কোন্দু পাযনা-পাযনা হায —

"কযাদা থুমখ্রবা।"

মণিরাম মপা-মচাদু ইকবালবু মুগুক মুগুক যেংনদুনা লৈনবে। ইকবালবু থাদোক্কদবা কিনবে।

ঙা ফাবা শঙ্গু-শঙ্গু মণিরামবু হৌবা লাক্লবম্মী।

মণিরামনা খুম্মী —

"ঐহাক চৎলবোই —।"



# ১৫

অহানবা পাউ অমা থাখিবা মতম অদু ফাওবদি ঈকবাল অশুক
হাক্লা ফিভম শোক্লম্বা নত্তে। অদুবু অহানবা পাউদু থাখিঙৈদগী
লমচত্তুদা হৈনবা পোকখি। হৈনববা লমচৎ অদু থাদোকপা
ঙমখিদবদগী ইকবালনা হযাংকী মফমদা মথং-মথং ওইনা অবেপ্পা
নৈতনা পাউ থাখিবম্মী। পাউশিংদু ইক-ইকুবগা থম্মোইনা হযাংপু
নীংশিং কল্লক্লবকপগী চাং হেঙ্গৎলকখি। নীশিং কল্লক্লবক্লব
মতমসিদদি হযাংনা মহাকথক্কীদমক্কি হাযনা লেপ্লিঙৈগী নুংশি
রাবীনহৌবগদবা থৌদোকশিংদুবু মতাং অমদগী অমা লেপ্তুন
নীংশিংবা হৌবকই। কাওঙম্লবোইদবা থৌদোকশিংদু নীংশি
তোযবক্লবদা, কল্লক-খম্মন্নগী মৈশানা শাহুম কন্না-কন্না মৌলান
ইকবাল কুবেশিগী থম্মোইগী মচি-মকম শীন থুংনা মৈরাযবক্লম্মী
হৌজিক্কী শাহুম চাওববা মৈশাদুনা চহী কযা চঙনা তানখৎচকুবব
মৌলানা ইকবালগী লৌশিং, মহৈ, মাযথোংগী মেঙবা, তপ্পা
লৈবাক মচা তাবা অমদি অচুম-অবানবু মশক মুন্না খঙঙম্লবা রাখল
পূম্মমকপু মৈরাযনবক্কুনা তাঙ্গোয ওইনা চাকথোকখিবম্মী। অফং
মতিক-মযাই অমদি মবমচৎ পুম্নমক তুম্না চাকথেক্কুনা মাঙখ্রং
মৌলানা ইকবাল — হিংচা যাইতম্বগী থম্মোই অমা চেম্লক্লে। অদু-
মশাবু অদুগা মশানা হিংজবিবা পাক চাওববা তাইবংসিবু তমথী-
ওৎ নৈবা হৌবক্লে।

ইথোবক্লিবা ব্রাহৈ-ব্রাতাশিংদুদি অদুক হাক্লা হিংচা-যাইতমগদবা মান্দে। থোং-মেংলবা নুংশিববা ব্রাহৈ-ব্রাতা ঙাক্তনি। অহানবা পাউদুনা য়ুম্বানখ্রবী হযাৎ বেগমবু অঙকপা পোকহনখি। অনীশুবা পাউদনা হযাৎ বেগমগী, মপুবোইবা মখা পোল্লবী থম্মোইবু হুগে হাযনা তেমশিংখি। অহুমশুবা পাউদুনা মীৎকী পি শিন্থহনখি। মবিশুবা অদুগা মঙাশুবা মপাউশিংদুনা হযাৎপু খাঙঙমজদ্রবদা, ঙসি — মহু চাওববা তককশুবা মপাউ অমসু ফংলে। পাউ অদু পাকৈঙ হযাৎ তশেংনমক হকচাং শোন্থখিবতনা হকচাংনা অনা লাইওইনখবে।

নোংম-নোংমগী অনা হেঞ্জলকপগুম্লক্লে। ফুম্বং ব্রাখম্নবদগী থোক্লিবনি। মপুবোইবা অশবফ নুংবংনবক্লে। মনাই নুকল হক নোংম-নোংমগী থৌযাম পুবা হেঞ্জল্লক্লে। ঙম্নমক অব্রাফমদা তানবক্রম্মী। মসিমক মৌলানা ইকবাল কুবেশিগী মফমদদি লানঙম ফিবাল থেৎপগুম্লে।

হযাৎকী পুন্সিদা চেক্ত শেকশনফম থোকপা থৌদোক নত্তবগা ব্রাফমদু লাক্লবা, থম্মোইদা ফুম্বং-মৈচাক্লবক্লবা, ফতিমাহ নত্তনা কনা লৈজদে। মতা ফতিমাহদা শাওজগনি। ফতিমাহগী ইন্নফি ফিদোন্দা কপ্লতনা ঈহাগৎনা পোমখৎলবী মমাযদু লোৎশঞ্জগনি। কবিগুম্বদনা মাগী মফমদা নোংকচগনি, ওইনগনি, অদুগা ফতিমাহদা —। ফতিমাহগী মফমদতনি।

মতম শংনা কাযনা-উনকদ্রবা মতুং, নোংমদি হযাৎতু ফতিমাহগী মযুমদা অমুক চংলক্লে। ফতিমাহনা তৌবম্নিবা মতৌদু উবক্লগা হযাৎনা হাযবকই।

"নুপা অমা হেক পোকউ ফতি —।"

"খঙদে —" ফতিনা হায "ইমুংগী থবক নোম্বা ফাও ঙমশল্লক্তবে —।"

"অদুবু —" হযাৎনা হায "নুপা অমা হেক পোকথোক্লগা লোইবেদনা —।"

"অদুবু — নঙ-ঐনা ঙম্ববা" হংলকই "নঙবু নাকুরবা হযাৎ ?"

হযাৎ তুমিন লৈখবে।

অরা পুংফম যৌবক্লম্মী। থম্মোই শোক্লবা অরাবগী শবীকশিংদু তাঙম হৈঙমদনা যাক্লা-যাক্লা খীংনবক্লে।

"ফতি —" কুইববগী মতুং হযাৎনা কৌবক্লগা হাযবকই — "ঐহাক লৈফম খঙদদুনা নঙগী ননাক্তা অমুক লাক্লবনি।"

"অমুক কৈদৌবে — ?"

"মহাক জিবিদা নাথৈদুনা লৈবল্লে —।"

"দাজি — দাজি — দাজি" ফতিদু হবাওখিবনা লুতোল শাৎলক্লে, হযাৎতা চংশল্লক্লুনা হংলকই "দাজি ইকবালগী লৈফম, লৈফম খঙলে হাযবা — ?"

"জিবিদগী পাউ থাবকই —"

"কৈদৌঙৈ নত্তে, — তককলক শুবে।"

"কৈদৌঙৈ — ?"

"অল্লাহ —!" ঙক্লা শোল্লল্লগা ফতিনা হংলকই "শেংলববা হয়াৎ ?"

"যেংঙু — তু —" চেজেৎশিংদু ফতিদা য়েংহল্লল্লগা হযাৎনা হায় "ঐহাক খাঙঙমদবে — অশুম্বা থোক্লগনি খঙলল্লবদি অপাজানদু হন্না য়েংলল্লোইদবনি।"

ফতিনা পাউশিংদু মথং-মথং পাই ।

লোইবে — ।

সিমঙাই পুন্সিগী ফুম্বংনবা হায়ববু । অনীমক চীক্লবা কাদুদা হীক-হীক কপ্পবক্লে । ফতিনা হায় —

"কমদৌনি হৌজিক্তী নপুবোইবতবু নীংবা তাবেদনা — পুম্নমক হৌখবে ।"

"ঐশু ব্রাখন্দু খন্দোক্তুনা পুন্সিসি লেল্লুবনি অদুবু য়াবা লৈবক্তে । নোংম-নোংমগী হেক্তল্লকই — মহাক্না ঐবু ইপুবোইবা মকাদগী চিংথোকপা । ঐগী ঈপোকসে ওস্থোক্লা থীনা তল্লমখবেদকো ফতি ।

"তোক্লো — । কপ্পগনু — ।"

"কপ্তবা - ঙমদে — । মহু অশুক চাওববা হু'সি চাকবগা কনানো চীং-লেম্বী শাদুনা লৈতানা লৈথোকপা ঙমগদবা — ? থব্রাযসি থাখিবনা হেন্না ফৈ ।"

হযাৎকী হকচাংদু ব্রা ঙাংনা-ঙাংনা থক-থক নীক্লম্মী । তোলহাইনবক্লম্মী, ব্রা ঙাংবা লেপ্লক্লে, নীক্লবী অদুগা তোলহায়নববী হযাৎ, ফতিদা চৈঙাক ওইনা কোনশল্লক্লে । ফতিনা ঙাকপগুম চেৎনা কোনশল্লদুনা হায় —

"কবিনো হযাৎ লাইমন ওইবা তাবে, পোৎথাওসে, ফমুংসিদা ঙহাক হিপসি — ।"

ফতিনা হয়াৎপু ফমুংদা হিপহল্লি । মীবোল্লবী ফতিমাহদু হযাৎকী সুখুম ওইবপ ফম্নদুনা ইন্নফিগী ফিদোম্না হয়াৎপু হুমায় হুম্র-হুম্রদুনা, পেবি-পেবি, লাইকন্নদুনা লৈবে । হয়াৎনা চেম্থরক্লিবা

মমীৎ মীৎলুদগী মপিশিংদু তৈথোক-নাম্থোকপা তৌদনা ফতিমাহদা হায়বকই —

"ফতি, শিখ্রবদি, শিখ্রবদি ঐহাক ফরনিকো —।"

"তুমিন লৈযু —। পোৎথাও।" ফতিমাহনা হমাই হন্না-হন্না হায় "হায়হৈদে —।"



## ১৬

বামগোপাল অঙাং অমা ওইদুনসু মপা মণিবামগী নুংশুক্লববা মতৌ অদু উবগা মাসু অব্রাবা শকক য়াবদুনা মকোক হোৎল -হোৎলদুনা মপাগী লেংজুম মযাদা, অ[illegible]বা মশম্না যোম্রবা মকোক্কুনা মবক-মবক্তা লেংলি লেংলিবদুনা, তুমিন, নুংশুক্লনা ফমদুনা লৈববে। মপা-মচাগী নুংশুক্লবা মতৌদু মযুম মৈনা চাকখিবগুম্নে।

মণিবাম মপা-মচাগী মতৌশিংদু উবগা খুনগী খুঞ্জাশিংনা মূনা মূনা যেংনবদুনা তুবেলগী খোঙবান তাবা, উমংগী খুববা লম্বী মচাদুদা চৎনখিবা কনাগুম্বা খবনা মুন্না যেংলম্বদগী খঙনীংদুনা হংনবৈ —

"'নপা'চাবু কৈদৌববগে — ?"

"কৈসু তৌদে —" মণিবামনা অতম্বা শক্তমদা খুম্মী — "সুম ফম্রিবনি —।"

"নত্তে — চবা হেল্লববা শেংনা হাযযু — ?"

"হেন্দে —।"

বামগোপালনা মবক থৎলকই —

"নুমিৎ নিনি শুবে —"

"কৈদৌবগী —? চবা হেল্লবা —?"

"অং —" বামগোপালনা খুন্নক্লগা মখা তাবকই, "চাক পোখম-পোখম লেম্লিবনি —। চাক চাজিকসি কনানা চাদৌবিবনো খঙদে —।"

অংসু হায লেপ্নেসু হায, মপানি হায়না তৌবিবসিনা তুমিন মবৈ। খবা হংলম্লগা খুঞ্জাশিংদু নুপা ঈন্দু নমহাইনগৎলদুনা মহৈ মহৈ চৎনখবে। -

বামগোপালনা মপাদা হংলকই —

"মৌলানাদু লাক্লবোইদ্রা? চাক হাপ্লগুমসিবা?"

"হাপখো, ঙসিতংগা যেংখিসি —"

বামগোপাল মপা-মচানা চাক চজিক্ত চামিন্নবে অদুগা তাক্লমদনা নুমিৎ নিনি হল্লক্তবরা, কৈদা চৎখিবনো খঙদ্রবা মৌলানা ইকবালগীদমক অশাবা চাক খবতং বামগোপালনা ব্রাখল তৌব-তৌবদুনা থোংনবা হোৎনৈ।

নুমিৎ মাপলনি মপুং ফাবক্লে। ইকবাল হল্লকপা লৈতে মণিবাম মপা-মচাদু হৌখিবগুম মাঙ্গোলদা তুমিন-তুমিন ফম্লদুনা লৈ। লম্বী চৎপশিংনা হাযনৈ "হংলুবনু চৎসি, মপা অসি নাবমাল্লে।" মবমসিনা কনানসু কদৌবে হায়না হংনবদবে।

চাক থোংলমদাই যৌবক্লবদা, মনাক্তা তুমিন ফম্লিবা মচ বামগোপালদা মণিবামনা থৌদাবক্লে —

"চৎলু — বাম চাক চখোম 'মা থোংলু হৌগৎলু —।"

বামগোপালনা হংই —।

"মহাক তশেংনা লাক্লবোইদ্রা — ?"

"খওদে —, খল্লিবনি, মপোৎ মচৈদি ওম্নমক থবন্নন্নি — ।"

"চাক্ত্রী হাপখিসিবা অশুম — ?"

মপা মণিবামনা মচিন্দা ওহাক মুকম-মুকম শোল্লম্নগা ব্রাখল তৌনা-তৌনা হাযবকই —

"হাপ্লুবনু — ।"



# ১৭

নোংমদি —খেবগাওদগী কুচু মুবা নাতোন তুমতক্নবা পাখং চহী তবানিপালমুক শুববা অমগা অশবফ অলিগা মপানগী থোঙবা মক্তদা লেপমিন্নবদুনা, কবিগুম্বা ৱাবী অমা শামিন্নবম্মী । হযাংনা উবদুনা অশবফকী নাকওইননা চংশলক্লগা হংলৈ —

"কবিনো ?"

"ইবুংঙোসি নঙবু উনগে লাক্লিবনি ।"

"ঐবু — ?"

"অহোই" পাখং মচাদুনা হযাংতা ওনশন্দুনা হাযবকই "অহোই, উনগে লাকচবনি, ইচে ফতিমাহ মচা পোক্লে ।"

"ফতিবো ?" হযাং হবাওনা নোকমিনবদুনা, নৌববা মখুং অনীদুনা মখোল ইহৌ হৌদনা খুবাক খুবন্নগা ওনশন্দুনা হংলকই "নুপা-? — নুপী — ?"

"নুপা — ।" অঙাংদুনা খুম্মী "নুপা অমা পোক্লে — ।"

"ঐনা হাযবমক চুন্নে" হবাওবা লোইদ্রিঙৈ পাখং মচাদুনা "চংচবগে" হাযবন্নগা চংকে তৌই —হযাংনা খাম্বগুম হায "ঙহাক্তগু ফমদবে লাকখো ফন্নখো ।"

"যাবনি চংচবগে ।" হাযবন্নগা অদুম চংপা হৌখবে । পাখং মচাদু চংখবে ।

ঙহাক তুমিন লৈরুবগা মপুবোইবা অশরফতা ওনশল্লক্কুনা হয়াংনা হায়বকই —

"ফতিমাহদু হবাওজবম্রনি — ।"

অশবফতি মাগুম্না হবাওবমক নত্তববগু, উংলকপা হৌনবা শক্তম অমত্তা উংলক্কনা তুমিন নুংশুক্লনা লৈবম্মী । মপুবোইবগী নুংশুক্লবদু ঙহাক অমুক যেংলম্লগা, পৈবপ যেংলদুনা হয়াংনা হংলকই ।

"কৈদৌবে অদুক নুংশুক্লবিবদুবো — ?"

অশবফ পাউখুম পীবমদে ।

ইখঙ - খঙহৌদনা, সনা খুদোপনা লৈতেংলবা মখুং- খুংশাশিংদুনা মাশল্লক্কুনা 'নাক্তা মাবু যেংলদুনা লেপ্লিবী হয়াংকী ইহাপ-হাপচবীবী চনীংদুদা নপ্লি-নপ্লি পাযবম্লগা অশবফনা হায "মমি ফাওবা তম্লমদ্রি । ঈবাইবকসি ওম্বোক্লা থীদৌবি —।"

ঙহাক্তি কবিনো খঙজদবনা হয়াংতু চোইবোলগুম্লবা মপুবোইবগী মাযথোংদুদা শংত্রিক য়েংলম্লগা, অমুক অবোম্বা ব্রাফমদু খঙলক্লদুনা অঙকপদু কোকখিবম্মী, ইকাই-নুংশি য়াম্নবক্লে । নীংশিং-নীংশিং হয়াং মাযপুনজবা ঙম্লক্লে । ইকাই-নুংশি মাযখাংনবা ওইনা মবৈ তিংলপ খাংলম্লগা, নোকচবদুনা মখুংনা মমাযবু খঞ্জবদুনা, মপুবোইবা অশবফকী মনাক্তগী হৌদুনা চেনশনখবে । নুংশি ইনোংফমদা ওইববী মতৌনি । ঙহাক চিংনা যেংলম্লগা অশবফ নোকমি-নোকমিবক্লে । মাযপুনবা ঙমজদ্রবী হয়াংপু মথাদা অমুক্তং চেংনা কোল্লুনবা মশীং যাম্লবা থাক-থাক্তা নোকমি-নোকমি কাখংখবে ।

ফতিমাহগী মচা পোকখিবা, নুমিৎ মঙানি মপুং ফাবক্লে ।

নুমিদাং-ব্রাইবমদুদা যুমথক্কী অশেন্বা লৈকোন্দুদা তুমিন ফম্লম্বদগী মবুংঙো অশবফনা মনাই নুকল হকপু কৌশন্দুনা ব্রাবী শাবা হৌবকই —

“যেংঙু নুকল, হৌজিক ফাওবা মমি তমদ্রি, ঈমীৎসিদা ইচা উববোইদ্রা পাখৎলে ।”

“খঙহৌবোইদা ইবুংঙো” নুকলনা হায “তম্বা ঙম্বা নত্তে ।”

“নুপা অমতং” অশবফনা অতিযাদা য়েংল-যেংলদুনা হায “অদুগা নুপীমচা অমতং, লোইবে, অদুদগীদি পোক্তবরসু যাবে ।”

হয়াৎ মপুবোইবগী শেৎ-চানবা ফি-বোল পূম্নমক পুখৎলক্লুনা লৈকোন্দুগী নাকচি হেক যৌবকপদা, মপু-মনাই অনীনা শাবম্লিবা ব্রাবীদু তাবক্লদুনা, মব্রা-মনিল নাইহন্দনা নোকমি-নোকমি তুমিন তাদুনা লৈবে ।

নুকল হকনা হায —

“চহী অনী অহুম মতুং ফাওবা পোক্লদবা যাওইদা সাহেব —।”

“চহী মঙা লৈববসু পোকপু পোকনি হাযববদি ঐহাক অশুক ব্রাবোই ।”

হয়াৎ তাঙল্লক্তবে । নোকচনিংই, ইকাইজে অনীমক পুল্লবে । মপু-মনাই’নীসি ফনা কুইনা ব্রাবীনখিদৌবিমাল্লে খল্লদুনা তুমিন লৈরম্বদগী নোকনীং চৈনাদু ফাথবদুনা হয়াৎনা খৌদেল্লকই —

“অ — হম, অহম অহম —”

খৌদেম খোঞ্জেলদু হেক তাবকপগা মনাই নুকলদু মশক অদুম উখিদবে ।

নুকল চৎখ্রবদা হয়াৎনা চংশল্লক্রদুনা, কোল্লক্লিবা ফিযামদু থল্লগা হায়জৈ —

"কবি, কবি মতৌনো, ননাইনি খঙদে অমনি খঙদে, কবি হায়খিনি — ইকাইবশু ফন নাইবীদে —" নোক্তি নোকচবি ।

অশবফনা হায় —

"খন্নদবা যাবিববা ? ঈচা উনীংদবা কনানো — ?"

"অদুবু ননাই নশন্দা খন্নবগা থোকপবা — ?"

"থোক্রববশু —" অশবফনা হায় "থম্মোইগী অৱাবদি কোকই — ।"

চুপ্লে — । হয়াৎ, মখা তাবক্রবে ।

ঙহাক চীক্লে — ।

"থেংলে —" হয়াৎনা হংলকই "থেংদ্রিববা ?"

"লিৎশল্লক্লো — " অশবফনা তস্থবা মতৌদা হায় — "কোযবু কোযথোকনীংদবে — ।"

তন্না-তন্না হৌগৎলকই — ।

হয়াৎনা শি-শি কামজদুনা মপুবোইবদা ফি-বোলদু শেৎচন লীৎশঞ্জবকই ।

নুমিদাং তশেং-তশেংলক্লে ।

মনাই নুকল হকনা মপানগী কাদা থোঙজীন মক্রদা, মবুংঙো অশবফনা হঞ্জল্লকপা ঙাইবদুনা, তুমিন ফম্লি । মবেম্মগী

অয়োকপী, মবাংনবী সহেলিনা, লৈমায়গী মনমদু, শুৎ-শুৎ, নম্নদুনা মনাক্তা মবক-মবক্তা লাক্রম্মী —। কুইনা পম্বমদে — মানা থোকপা — ইমুংগী কাচিন-কোয়া শীম্না কৈদনো অমুক চৎখি।

ফক্লাংগী ঘডীনা খীংলক্রম্মী, পুং নিপাল — চপ চানা তারে। হয়াৎ পাবম্রিবা লাইবিক্তু ঙহাক্তং লেপ্নদুনা, নাক্তা খিন্দুনা থম্রিবা ঙাংলৈনববা মচুগী হৈ মহিদু, উন খবতং থাদবদুনা কালেস্থাগী, নুমিদাংগী ওমচাক্রববা মৈশাদু কোক্লনবা থকচল্লম্মী।

কৈথেলগী নিল্লবা মীনিন্দদু খবতং হন্থবম্লে। কৈথেলগী মীনিলনা হেক হন্থবকপগা, মবোল-মবি শেংফাত্তনা তাবক্লিবা খোঞ্জেন্দুনা থাঙ্গৎলদুনা, হয়াৎ, তাননবা হোৎনবক্লে —। নুকল হকনা হাযবগুম তৌই —

"সাহেবতি লাক্তবি বাবু —।"

"লাকত্রি —?" মীশক্লুনা হংই "কযাম ব্রাৎলিবা ?"

"মদুদি, খঙজদে —।"

মীশক্তু তুমিন লৈখি।

"নবেম্মদি লৈদনা —?" হংলকই "লৈদনা ?"

"লৈ — হোই —।"

"ঐ — নবেম্মগা উনগদবনি।"

"কবি থবক্কী —?"

"হংগনু —" মীশক্তুনা থৌনা লৈনা হায "ঐনা বেগমগা শকথেংনববু — মবমগী মবমমক্তনি —। চৎলু, মৌলানা ইকবাল কুবেশি বামপুবদগী থোবক্লে বেগমগা উনগে লাক্লি, চংলকপা যাগদ্রা — হংলু —?"

অবেম্বদগী তারুই । হয়াৎ অঙাওবীগুম্লক্লে । খোঞ্জেল অদু তাকখৈ, চীক্লবা কানুংদু , — মশীং লাকঙমদ্রবা খোঞ্জেল লীশিং লীশিংনা খাক লাওনা ইকবালবু কৌবক্লম্মী । খোঞ্জেলশিংদু, অকীবগী মশক ওইবম্মী, হয়াৎ — ব্রাখল পুম্নমক মাঙথবক্লে ।

"মহাক — মহাক যুমসিদগু যৌবক্লবা ?" শোল্লিখৈ, মনাই নুকল হকনা চংলক্লগা তম্লে —

"ইবেম্মবু — ইবেম্মবু —।"

"কৈদৌববা — ?" হংলম্লগা হয়াতনা হায "মহাক — । ইকবাল লাক্লবা — ?"

"ইকবাল, ঐদি মশক খঙজদে — ।"

"ঐদি খঙই" হয়াৎনা হায "মৌলানা ইকবাল কুবেশি, কৈদৌবে — ?"

"বেগমবু শকথেংনগে লাক্লি - মহাক মপান্দা লেপ্লি — ।"

"ঙাইখো —" হয়াৎতু ব্রাখল খনফম খঙলক্তে । হকচাংদু তোলহাইনবক্লে, হায "চৎলু — মপান্দা — । মাগা ঙহাক লৈমিন্নক ।"

নুকলদু ইঙক-ঙক্লে । মপান থোকখি । বেগম, ফুইববা অদুগা শাংলবা নিংশাতনা হৌনশা ওইবক্লম্মী । মিপাই হুমাংনা থোৎ-নৌববী হকচাংগী কযাৎ খুদিংদা লীক্লাগুম ফুদোংলক্লে । শেম-শাববী ফিবেপ্তা ঙহাক লেপ্লম্লগা, চোইথববী, শবা শল্লবী ইন্নফিদু, খোমজন লোইশল্লম্লগা তপ্না-তপ্না চংশল্লক্লুনা, ফোন্দু মঙ-হাগুম পাযখৎলগা হংলকই —

"হে-লো —"

ফোন্দু, পিঃ বিঃ মুখবজিনা ওকলক্লে;

“হেলো —, আই এম পিঃ বিঃ মুখবজি — এঃ পিঃ ইঃ” হংলকই — “প্লিজ, ফোন, নম্বব — ?”

“ব্রান-ব্রান-সিক্স-টু”

“ও ! বেগম সাহে-বা — ?”

“যেস —”

পিঃ বিঃ মুখবজিনা মশানা খঙবগুম ফোন্দু অশবফতা শিন্নবমাল্লে, হন্দক্তি অশবফনা ওকলক্লে । হংলকই —

“বেগম — ?”

“মাম্মি” খোঞ্জেলদু নীকপা হেনগৎলক্লে “মাম্মি ।”

“কৈদৌবে — হকচাং ঙমদববা ?”

“নত্তে” হযাংনা মিপাইননা নোকই — “নত্তে, ঙমদবা তৌদে, লেংলক্লগদ্রা হংজবনি — ফোন্দা থাপ্পা ব্রাবী শাবগী নুংঙাইবা অমা লৈ —। নত্তে লেংলকখিবোইদ্রা — ?”

“যেংউ বেগম —” অশবফনা হাযবকই “হৌজিক পুং নিপাল মখায তাবে। চপ চাবে। যাম্মা ঙল্লি। পুং তবামাথোইদা মিস অরুনা-দে, বেঙ্গালী দাস্সব, মাগী অনৌবা জগোইগী প্রোগ্রাম অমা লৈ। যেংদবা যাদে হাযনরুবনা ঐহাক নাম্থোকপা যাবোইদৌবে। তবামাথোই খবা হেন্না অদুব্রাযদদি হযাং, ঐহাক শোযদনা হল্লক্লগনি ।” লেপ্পা লৈতে “অদুগা বেগম — হৈ মহিবা কোফিবা গ্লাস অমতংদি থকউ, নত্তে” হংলকই “নুকলবু অশাবা ওন্লেট অমতং হৌহল্লগা চাববদি কমদৌই ? মদু ফাওবা কান্নদ্রবদি মহাক থম্বগী কবি কান্নবিবা ?”

“থক্লে — ঐহাক থক্লে ।”

“অদুগা নুংঙাইবা পাউ অমনা, — বেগম — ?” হংলকই “নহাক তাবিববা ?”

"তাজবি —"

"মমাংগী গেম-দা, বেঙ্ক মেনেজব সিঃ সিঃ পাল-বু, ঐনা ১৩-৩ দা ওম্মোক্লা শাথিনা থোই, হৌজিক্লা নঙগী ফোন ওকলম্বা, এঃ পিঃ ইঃ, পিঃ বিঃ মুখবজিগা তাবি" অশবফনা হায "ঐহাক থোইগে —।"

"থোইবীয়ু —।"

হয়াৎ ব্রাখল যাওদবা হেঙ্গুল্লক্লে ফোন্দু পাযঙম্লক্তবে। হায় —

"থমজবে —" ফোন থম্মী । হেক থম্বগা বেগমনা কৌবকই, "নুকল —"

ইচং থৌবা মতৌ মাল্লবা মৌলানা ইকবাল কুবেশি শাবংদগী থাদোবকপতং ঙাযবিবা নোংশা লাবগুম, ব্রাখল তৌনা-তৌনা হয়াৎকী কানুংদা চীং-লেম্না তপ্না-তপ্না চংশিল্লক্লে ।

হেক থুংলবগা বেগমনা, মৌলানাগা লোইনদুনা চংলক্লিবা মনাই নুকলদা থৌদাবকই —

"চৎলু — মৌলানাগী চাননবা খবতং লাংলু —"

হাযবম্লগা খোঙলৈ থুনা কোক্কী কোকখুমফিদু চেৎনা খুমজবদুনা বেগমনা ইকবাল কুবেশিদা, মৌলানা অমগী মতিক চাবা ইকাই খুম্নবদু উৎচবকই ।

ইকবাল, হয়াৎতা শংত্রিক যেংলদুনা লৈখবে ।

৬ ৬ ৬

# মরিশুবা শরুক

## লানঙম ফীরাল থেডপগী মমী

My face is large, my lips are thick,
My skins is coarse and black almost,
But the ugliest feature is my verse,
Which proves my sould is black and lost

**– W H. Devies**

"I am the poet Devies William"

# ১৮

My face is large, my lips are thick
My skins is coarse and black almost,
But the ugliest feature is my verse,
Which proves my sould is black and lost

**– W. H. Devies**

"I am the poet Devies William"

অবেম্বদা মতম হৌখবে — ।

ইকবালনা থোঙনাওগী অবংবা মিংশেলদা ফুববিবা মৈঙালদুগী অশেংবা খোঙ্গুল লিকবগুম -- যেংল-যেংলদুনা তুমিন কুইনা ব্রাখল খন্দুনা লৈকববা মতুংদা শকফম হোংলক্লম্মী — । অশাও মৈশাদু অমুক খাঙঙন্নক্তবগুম, খা চীক্লদুনা পাউদন্নকই — ।

"কুমজা মঙা তকক্কী মতুং, ঙসি অহীংসিদা নঙ-ঐ, অমুক শকথেংনববে — । শকথেংনৈ হাযবতনি, অতোপ্পা মপোক অমগী শক্তমগুন্নবা, শকখঙনদ্রবা শক্তম ঙাক্তদা নঙ-ঐ, শকথেংনববনি — । মসিনদি, ঐহাক পেম্বা নত্তে — ।

হযাৎ, লৈকংলাদা মথা তারুববী তাংজা অমোমগুম্নে। শকখঙদ্রবা মৈচাক অমনা পংথহল্লবে —। তুমিন লৈ।

"নুংঙাইবম্নগনি, ঐ খঙই।" ইকবালনা ঙহাক চীক্লম্বদগী হাযবকই "অদুবু ঐহাক কাওবদি লৈতবি। মতম অমদদি পুন্সিনা, নঙগী নপুন্সিগী নুংঙাইগদবা, দুনিয়াসিদা লৈবিবা সম্রাৎ ঙম্নমক্লা পুনশিন্দুনশু পীঙম্নবোইদবা পোৎশক অদু - ঐগী ঈফমদগীতা ফংঙমগদবনি, ঐনতা পীঙমগদবনি, হায়না হাযখিবী হযাৎ হাযবীদ নঙ ওইবম্মী — অদুগা ঙসিদি, মবল-মথুম লৈজদ্রবা মীচং লৈজদ্রব সম্রাৎ অমতংগা চাংদম্নকদুনশু শকক লীশিং-লীশিং হেন্না তাথবব অচম্বা পাখং অমনশু নঙনা পামজবা, পোৎশক অদু ওন্থোক্ল লায়না নফমদা পীঙম্নন্নে। মসি উবগা ঐহাক অঙকপা ব্রাখন্দ লুপলি —। কনানো ঙকলোইদবা —?"

"তোক্লো —" মতম কুইনা তুমিন তাবম্বদগী শিন্থবক্লিবি মীৎকী পিশিংদু শিন্থবসনু মতৌ চেকশন-খোমজল্লমদং খুন্নকই — "তোক্লো, ইকবাল, ব্রাফমদু নৌথোবক্লগনু — মতম্না তুম্নবা চাকথেকখ্রবদা কবি কান্নবা নৌথোক্লুনা ? তোক্লে হৌজিক ঐহাক ইপুবোইবা লৈববীনি।"

"অল্লাহ্ —" তাবম্বদগী অঙকপা মীৎযেং অমনা হয়াৎ খানা যেংলদুনা লৈ। শোন্দোক্লুবগা ইকবালনা হায "নঙ ব্রাহেশিংসি তাবকপসিদা, হয়াৎ, পুন্সিসিদা কান্নবা লৈতং শোনখ্রবোই খল্লুববা মিংলেনসিমসু শোন্দোকখবে। থৌনা লৈ অদুক মহু চাওববা ব্রাহে খবা কৈ অমোমগুম্নদুনা হযাৎ ইকবাল কুবেশিদা হায়বক-শক্লক্লনি হাযবসি কনা অমত্ত থাজনবমদে —। অদুবু, ঙসিদি কবি থোক্লে ?" ইকবালন

হয়াৎতা নক্লপ চংশল্লক্লুনা হোন্দোবক্লিবা ফুইববা নিংশাদুনা শাহুম চাওনা-চাওনা, হয়াৎকী শল্লাংসিদা য়েববদুনা মখা ভাবকই "হয়াৎ, ঙাংথোবক্লিবী নরাহৈশিংসিদি ঐহাক ঙক্তবা ঙমদে। মসিনা, — চাক্লিবা মৈ'সি মৈবি কনখৎলকপা নত্তনা মুৎথবকপদি, মুৎথবকপদি ওইদবে —"

"কবিনো ?" হয়াৎ, ইকবালদা য়েংখৎলক্লে। মীৎলু অনীমক পিনা থুমহৎলল্লে, হায়জে "কবিনো — ?" ঙাংলিবশিংদো - করিনো-? ঙাওববা ?"

ইকবাল ফোংদোক্লীংবা ব্রাফম মশীং থীঙল্লক্তে। তুমিন লৈবে।

ইকবালদা যেংলগা হয়াৎনা হায় —

"অদুম ঙাংলগনু ইকবাল মতমদু হৌখবে।"

"ঐহাক — , থম্মোইগী নীংবা থুংননবা অথীংবা পুম্বা মাযথেংনগে হাযনা লাক্লে —।" মৌলানা ইকবালনা, — হয়াৎনা হাযজবা পুম্বা থৌওই-নাওইনা তাবীবমদনা মাগী অনীংবদু ফোংদোক্লকই "মসিগী মমাংদা, লম্বীসিদা চত্তনবগী ঈথম্মোইবু রাবক্লুনা, মীনিল তাববোই হাযনা খল্লবা হিন্দুস্তান অসিগী মচি-মকম ওইবা মফম কযাদা, লোত্তুনা পুন্সি লেল্লুববনি, অদুবু, যাবা লৈতে। যাবা লৈতে। হৌজিক্তী অনম-কল্লবা থম্মোইসি পুবদুনা মানা পাল্লিবা অসিতংদি থুংহল্লম্নগে খল্লদুনা ঐহাক লম্বী অদুদা খোঙদাবক্লে, —নঙগী ননাক্তা লাক্লে, সিনি।"

হযাৎ থম্মোইদা তুজুংবা পোক্লক্লে। ব্রাহৈ অমত্তংবু পাউখুম্নঙমজদ্রিঙৈ ইকবালনা হংলকই —।

"নত্তে — পুম্নমকসি তোক্লো, কাম্নদবা ঙাক্লি —। সিমদি শংনা হাযযু" হংলকই "নহাক অলমগী মচানুপা ইকবাল কুবেশি, নহাকপুদি হুন্দোক্লম্মীদনা — ?"

হযাৎ খুমদে —।

"হুন্দোক্রম্মীদনা — ? খুমদ্রে, খুম্মু হযাৎ" তকশল্লকই "নহাক মাবু হুন্দোক্রম্মীদনা — ?"

"হুন্দোক্রম্লে —" ঙহাক লেপ্লুবতং ঙায়জবিবী মীকপু খুম্না-খুম্না অমুক পেহৌনবক্লে । কপ্পা-কপ্পা হাযজে "হুন্দোক্রম্লে —। ঐহাক মাবু হুন্দোক্রম্লে । মদুগীদমক, ঐহাক অসে ওক্কবীনি, লমচৎ নাইদবীনি, নুংশি হৈতবীনি, লৌনম্বীনি । ঐবু, — ঐবু ঙাকপীযু —।"

ইকবাল তুমিন লৈখি ।

"চৎলো — চৎখ্রো ইকবাল" হযাৎনা হাযজে "চৎলো, য়ুমসিদগী চৎখ্রো নহাক —।"

"কবি — ?"

"মফমসিদগী, য়ুমসিদগী, হনখবো —।"

"শোযবোই —" ইকবালনা হায "শোযদনা হনখিগদবা লৈবে । শোযদনা হনখিগনি । সিমতংদি তাও হযাৎ — কবিগুম্বা নঙনা ঐগীদমক্তা লেপ্লবা —, থাজৌ, হৌজিকশু মতম লৈবি —। যাম্না লৈবি —। ঐহাক নঙবু ঈখৌ লাংলিবনি —।"

"অদুক তমথীবা ব্রাহৈদু ঙাংলিবা কবিগীনো — ? চৎখ্রো ইকবাল —। ঐবু কল্লু, নহাক ঙাওববা ? খঙদ্রববা, ঐহাক মৌ ওইববীনি, ইপুবোইবা মশক নাইববীনি । নহাক্না ঙাংলিবশিংদু কবিনো ? মতম নত্তবে ।"

"মৈহৌ লাংপোক্লববা, শাববা, খোঙনেৎঙমদ্রবা লৈকংলাদুদা মৈশা নেমহম্লবনি হায়না পীকখ্রবা ঈশিং খুজোক অমনদি কৈদৌনি ?" ওম্থোক্লা তপ্পা, চীংনা লেম্না, মতোমতা শোঞ্জবগুম

ঙাংলম্নগা মৌলানা ইকবাল কুবেশিনা অহনবা লৈতববা মতৌদু উৎলদুনা মখা তাবকই, ‘‘খল্লুবগনু । ওইথোক্লবোই — ।’’

হযাৎ, ইকবালদা য়েংখৎলক্লে। অকিবা শক্তম উৎলদুনা শোঞ্জে — ।

‘‘ওইথোক্লবোই — হাযবা — ।’’

‘‘মদুমক্লি —’’ ইকবালনা হায ‘‘পোকখাযখ্রবা মৈগী চীংনি, অমুক হন্না থোনগৎপ্রদি ওইদবেদনা — ।’’



# ১৯

মীৎকী পি কক্লা অমত্তা তাবমদবা মৌলানা ইকবাল, থিংঙম খামঙমদনা কপ্লক্লে । মতম খবতং শকমাংনকুববা নুংশি খাযনা মৈচাক্লা, কল্লক-খম্বল মৈনা কাথেক্লুববা মথম্মোইদা নৌনা অমুক মৈব্রাযনববে । ইকবাল কুবেশি, থম্মোইদা খঞ্জবকই ''কবিগুম্বদা, হযাৎপু ইফমদগী শেৎলগে হাযনা খন্বীববদি, থোকখিবা নুংশি ব্রাবীগী নীংশিং খুদমশিং'সিবুগু নীংশিং ব্রাখলগী থৌনাদগী, মাং-তাক্লা মুথৎপীববো, —। নত্তববা, মৌলানা ইকবাল, পুন্সিসিনা হিংলিবা মখৈ অমুক হনগদবা লৈতবে । কবিগুম্বা অকীবা, হঙ্গোইবা, নত্তবগা থম্মোইবু নীংহন্নহল্লকপা থোক্লবা, থৌনা লৈতববা ইপুন্সিসে অবংবা থাং অমগী মতোন্দা চৈবাক ফংদুনা কেমজখিসনু — ।'' খল্লন্নগা মৌলানা ইকবাল হীক্লা-হীক্লা কপখৎলক্লে ।

হযাং যেংঙন্নক্তে । তপ্লা-তপ্লা চংশল্লক্লুনা, হীক্লা-হীক্লা কপ্লিবা ইকবালগী, নোন্থবনা লুবাক্লববা কোকথক্তুগী কোকযেৎতু লৌথোব্রদুনা, শমথক্তুদা, খুজিগী মখোলনা শ্রিংনববী থোৎ-নৌববী খুৎশানা খুৎলাম তপ্লা, তপ্লা-তপ্লা নান্থজবদুনা হায —

''তোক্লো — । অমুক । অমুক অদুম কপ্লগনু — ।''

ইকবাল থৌনা হন্থবকপগুম্রে । খুতুম তাশল্লবা মখুৎ অনীনা চেজেৎ পায়শন্নবদুনা, খাঙউমদবা মতৌ হীক্লা-হীক্লা কপ্পা — । থোৎলবী অদুগা ঈনিল কোকপা লৈত্রিবী হযাৎকী মখুৎ খুৎশাগী শাহমদু ফংলকপদা, খঙহৌদে, হৌখিবা পুন্সিগী নুংশি নুংওন্নবা থৌদোক পূম্নমক্লা, নোংথাংগুম মশেক-মঙান্ননা, পাথবক্লবা থম্মোইগী ফিখলবু ফাওনা কাপ্লকই — । নুংশি ঈহৌনবা ব্রাখল, থম্মোই ঈহৌনবক্লে । ইকবাল তাইবংবু কাওবক্লে — । লেকথবক্লবী, মনাক্তা, মকোকপু খুৎনান তপ্পা তপ্পা শোক্লবীবী হযাৎপু, ঈচং-থৌনা, মথাদা কোনশল্লকই — ।

চিংন' কোঙ্গোল পুম্বা, নুংশি ঈবোন্নুংদা তাকখ্রসনু — ।

অনীমক হৌখি ব্রাবীবু নীংশিংনবকপদা থংনবকই । কুপ্লিবা মীকুপ, মীকুপ খুদিংমক নুংশি ব্রাখন্তনা থম্মোইশিংবু থুমহৎনবকই । হৌখি ব্রাবীবু কল্লক্লহন্বতা থংনবকই । অশংবা, মহী চেল্লিবা উনাশিংনা, ওম্না চাকখৎলক্লবা লাম্মে লক্তা খাঙগে হাযনা খাঙজবন্নবদা মনাগী মহীশিংদুনা কংশল্লকপা ফাওবদংনি । মৈশানা মহীশিংদু চুপথোক্লক্লবদদি, উনাশিংদু কংশন্নবকই — । অকংবা উনাবু তাঙ্গোয় ওন্না চাকথেকপদি মৈশা কল্লবা লাম্মেগী মনাৎনি — । অশেংবা পুকচেল অমখক চেঞ্জগে হোৎনজবা শাবম্বী হযাৎ বেগম, ইকবালগী নুপা থোকপা মতৌ, থম্মোই শোক্লা হীক্লা কপ্লক্লবদা, থম্মোই পুঙমজবক্তে । অশংবা উনাশিংনা মৈশাদা মহী কংশন্নবকপগুম্রে - খঙহৌদবা মীৎকুপ্তা মতম কুইনা লাপ্পা শেৎনকববী মথা -মথা চেজেৎ পকশন্নবক্লবদা, লমচৎ-শাজৎ অদুগা থৌনা, — পন্থিং পুম্বা শাফু কন্না নমথেক্লবক্লে । লাম্মে মৈশাদুনা অকংবা উনাশিংবু তাঙ্গোয ওলহন্বদি কযাদা লাইখ্রবা — ।

অচেৎপা খুৎকোন — অমুক লাপ্ন-শেৎনবা লৈতবে । নুংশি ঈহৌবু মশক খঙদবরা ?

ইকবাল নিংশা ফুনগৎলক্লে । ফোংদোক্লীংবা ব্রাফম কযানা ফোংদোকফম খঙদ্রবা থম্মোইনুংদা মহু পুনা ওৎ নৈবকই । হীক্লবা মীকপ্তু অমুক ফাওবা পন্থিংনগে ঙন্নমদে —। মৈচাক খাঙবদনা পাঙ্গল চোকথবক্লে । ইকবাল, মীৎ মমশল্লক্লে । মথাদা কোল্লিবী হয়াৎপু — পুন্সিগী কোলহৌ হাযনা, কনখ্রবা তেমশিং ব্রাখল অমতং খাক্লম্নগা মীওইবা অমগী হৌনবা, চেনফম থোকপা মব্রাখল পুম্নমক্তী মব্দ ফংনা মুৎথখিবম্মী । মঙলান মতৌনববা নীংঙমদ্রবা থম্মোইনা চীনফা পুদুনা লৈহৌববা চাক্লবা ব্রাহে খবতংদি, মথাদা চেৎনা কোল্লিবী হযাৎকী মফম — লেপ্পা নৈতনা পাউদন্নি ।

চোইবোলনববা মপাওশিংসিনা হৌখিবা ব্রাবীশিংবু অহাংবা লৈতনা হযাৎকী মফমদা নীংশিংহল্লকই —। ব্রাবীশিংদু নীংশিংলক্লগা — হযাৎ, ব্রাখল মাংথবকই — পাঙ্গল চোকথবকই, খোঞ্জেল তাবকই । তুবোইনববী হকচাংদুনা ইকবালগী চোম-চোম্নবা ফুবীৎকী মফম খুদিংদা কন্না-কন্না যান্নবা হৌবক্লে । থম্মোইনা ব্রাফম খবতংদি ফোংদোক্লে তেমশিংলকই — অদুবু, পাঙ্গলগী চোকথবতনা খুমাং চাওশল্লক্লে — খোঞ্জেল থোক্লমদবে । মীৎলুদা পিবাং শিন্থবদুনা পেবাওননা যেংজবা, — যেংজবা নত্তনা ব্রাহে অমতংবু, খোঞ্জেল থোক্লা ঙাংঙম তমঙন্নমদবে —।

অহীংগী মতমদা লেংনা-হাইনা খাংলম্বী লৈকোনগী লৈবাং খুদিং চোকথনবক্লে । লৈকা চোইবক্লে । খোইমু শঙ্গু-শঙ্গু পাইনবক্লে । লৈহী চুপখিনি, লৈবাংশিং থৌশানবক্তবে ।

# মঙাশুবা শরুক

## কয়ামট ফাওবগী খুদোল

'Since I can never see your face
And Never shake by the hand,
I send my soul through time and space
To greet you, you will understand."

**– James Elroy Flaker**

"To a poet a thousand year Hence'

# ২০

ঙসি থা মঙামুক মমাং অচৌবা লাল অমা থোকখি, মদুদা বামগোপালনা মায পাক্কদবা উদ্রদুনা মপা মণিবামবু কৌখি । বামগোপালগা লান্থেংনবিবদি, মপানা ফাবকপা, খুদুপ খবা হেন্না শাংলবা ঙা খবগনি । থাশিগী অহীংমক নত্তববশু মঙাল হায়বদুমদি ঈপক পক্তরবা, অমম্বা অহীংনি ! অমম্বা অদুগা থেংলবা অহীংদুদা, বামগোপালনা যেৎকী খুৎশাশিংদু হুমজন্দুনা, ঙাশিংদু, খবতং হেন্না চাওবা ঙাযোক চফু অমদা হাপচন্নবা হোৎনবনি । মশা-মউ খীংনববা অদুগা পাঙ্গল কন্নববা ঙাশিংদুনা চোংখৎ-হাইগৎনবদুনা বামগোপালগী মখুত্তগী নান্থোক্লনবা হোৎনৈ । ফনা কুইনা হোৎনদুনশু, থোইনা মায পাক্লক্তববদা, ফমুংদা মখোঙ তিংথোক্লুনা হীপ্লিবা মপাবু কৌবক্লে — । মণিবামনা হায —

‘‘মদু ফাওবা হৈত্রববা — ? মদুশু অমুক তমখিগদ্রা — ? নমান্নবা ভোলাদি, যেংউ, ঙা ফাবদা মপা নৈতে — ।’’

‘‘যাদ্রে — মশাইগুপ্না — ’’

‘‘কবি — ?’’ মণিবামনা ফুক হৌগৎলদুনা মচাগী নাক্তা থুনা চেনশল্লক্লুনা যেংলবগা হংই — ‘‘মশাইগুপ্না — ? যাৎলেদনা সিদি, ঈ থোক্লে — ’’ তাক্লকই ‘‘মখৌবি মযাগী অথোৎপদুনা

কন্না চপশনগদবনি। মবেং পাযকববদি, শোকপসি'ঙায়''
শোক্লিবদু যাম্না থীনদি শোকপা নত্তে মবমসিনা থোইদোক্না
যেংলম-খোৎলম্বা তৌদনা মপা মনিবাম্না ঙাযোক চফুদুদা,
ঙাংনা-ঙাংনা হূমজল্লদুনা, খুদাপ হেন্না শাংলবা পাসল কল্লবা
চোং ফল্লবা ঙাশিংদু চপতুনা পুখৎলক্লে —। অদুগা মচা
বামপোগালদা উৎলদুনা অমুক হাযবকই — ''যেংহৌসে —।
অপং — চৎলো, হীপ্লুবো —।''

বামগোপালদু খুম্বা চংদে। মপানা পেন্না-পেন্না ঙকথী চপ্লদুনা
পুখৎলক্লীবা লম হেল্লবা ঙাশিং যেংলদুনা বামগোপাল তুমিন
লৈখবে। ঙা ফাবা লোইববদা, অনৌবা ঙাযোক চফুদু, মখুম চেৎনা
খুমজল্লদুনা, অমুকশু মখুৎ-মশা শেংনা হামদোক্লগা মপা-মচা
অনীমক অপূন্বা ফৈজুপ অমগী মখাদা ব্রাখল তৌনা-তৌনা
হীপ্লবক্লে।

বামগোপালনা ব্রাখল ঙহাক তৌবল্লগা হাযবকই —
''ঐখোয জিবিগী মণিপুরি ডাক্টবসিদি যাম্না নুংশি
ঐদি —।''

''নঙবু ডাক্টব বাবু খঙলববা —?''

''খঙই —'' বামগোপালনা খুম্মী ''ঙহান ভোলাগী
মপানা ভোলা ইবান্নি পুদুনা খানাদুদা চংলুই — মানা শঙ্গোম
পীবকই —।''

মণিবামদু তুমিন অমুক লৈখবে।

''অমদুদি, নুংশিদে —'' বামগোপাল হৌবকই ''নোংমা
মানা ঐঙোন্দা কৈগুম্না খিগৎলদুনা লক্লে —। নোংমদি মানা খানাদগী
হল্লকপদা ভোলা ইবান্নি উথক্তা তুমিন তোংদুনা উমাইবী শাসি,
মহাকপু লক্লসি ঙাংনবিবনি —।''

"উমাইবী ?" মণিবামনা মচাগী ব্রাঙাংদুদা নোক্লদুনা হংলকই "উমাইবী শাবা হাযবা ? উমাইবী ?"

"অং"

"খোংববু হৈববরা নঙবো —?"

"ভোলা —" মপাগী নমগন্দা তোংখত্তুনা লৈবিবা, মচীন তুম্নবা ফৃগ্রিদুমতং কক লাওনা শীক্লুবগা হাযবকই "ভোলাদি যাম' হৈ —। মাদি উমাইবীদা খোং-খোং লৈ।"

"নঙবু হায়বনি —?"

"হুঁ" বামগোপালনা মোনগা তাইনবিবা মকোক্তা হীপ্পা-হীপ্পা হাইবম্নগা নোক্লদুনা হায, "খিত্তং — খিত্তং হৈ —।"

"খোংঙু খোংঙু —।"

"তল্লি, মাই —।"

"খোংঙু হাযবনি —।" মণিবামনা মচাদা ওনশল্লদুনা হায় "সে খোংঙু, ইপা হযেং উচেক মচা ফাবক্লগে নঙনা যোকচনবা, খোংউ তাগে —।"

ঙহাক তক্লকবগা, বামগোপালনা উমাইবীদৌনা খোংলকই —। কযাদি মান্দে। মণিবামদু মচাগী মতৌ যেংলগা ফমথক্তুদা হীপ্পা-হীপ্পা, থব্রায তানা শিথ-শিথ নোক্লক্লে —।

কুইববগী তুং — মপা-মচাগী ব্রাবীদু মশানা লেপ্পজখিবম্মী। বামগোপাল, মবক-মবক্তা ব্রাখল মাঙনা উইথবা হৌবক্লে, অদুগা মপা মণিবামনা — লিবিবা হমাইশিংসি জিলা' কৈথেলদা যোম্হোকলুবসিবা নত্তবগা, মতম খবতংগা লীখিসিবা হাযনা খল্ল-খল্লদুনা মচা নুপাগী মশমদা খুৎনা শিৎ-শিৎ নাল্ল নাল্লদুনা তুমিন হীপ্লি। ইমুংদু ইচীক চীকখিবম্মী।

অদুগুম্বা চীক্লবা অদুগা থেঙলবা অহীংদুদা, মপা-মচাগী থোঙনাক্কুদা শাহুম চাওববা নুপা অমনা খঙহৌদনা কৌবকই, "দাদা মণিবাম, দাদা, দাদা মণিবাম।" নুপাদুনা শমথবকই "হাই, বামগোপাল —।"

কনানগু খুমলক্তে।

মণিবাম, মীকৌ অসি তাবদি তাবে। ইঙক-ঙক্লম্মী —। কনানো হাযনা ফমথক্কুদা খন্থদুনা তুমিন লৈ —। লেপ্তুনা কৌবক্লবদা মণিবামনা মচা নুপা বামগোপাল হৌদোক্লদুনা হংই —

"বাম, — কনানো মসে ? কনা মাম্লি — ?"

"খঙদে —।"

"ঐনিনে —" মপান্দগী হাযবকই। "ঐনি — তুম্নববা ?"

"ঐ —! ঐ হাযবদে — ?" ঙহাক ব্রাখল খল্লম্লগা মপা-মচামক মখুৎ চাবা চৈতুপ অমমম পাযবদুনা নীংগ্রী তাখৎনবদুনা থোক্লবক্লে। থোঙদু, তপ্না হাংদোক্লগা হংলকই "ঐ-হাযবদে — ?"

"ঐনিনে —। কৈদৌববগে, অদুক ফিংলিবদুবো —? ঐনি। ঐ লাক্লে।"

"কবি —? লাক্লে ? লাক্লে হাযবা — ?" মণিবামনা অমম্বা মবক্কুদা, অঙকপা, হবাওবা, অদুগা থাজদ্রবা খোনফম অমতং ফোংদোক্লদুনা হংলম্লগা হবাওনা কৌবকই —।

"ইকবাল — ?"

"মাম্লি, ঐ লাক্লে —।"

"চংলক্লো —।"

"মৌলানা —" বামগোপালনা হবাওনা কোঞ্জবদুনা ইকবালদা কৌবকই "মৌলানা !"

"হা-ও — " ইকবালনা চিংনা খুন্নদুনা মনিবামবু চেজেৎ কোনশন-কোনশন্না তুং ওন্থোক্লুবগা হাযবকই —

"লাও চংলসি —।"

মণিবাম, থেংনবক্লে — মৌলানা ইকবাল কুবেশিগী তুংদা শকখঙদবী নুপী অমা ফিকং-ফিবাং খুন্নদুনা তুমিন লেপ্লি । নুপীদুনা ইকবাল কুবেশিগী ময়াথংদু লৌবদুনা মণিবাম মপা-মচাগী খাংপোক্লুন্নবা ইমুংদুদা, তপ্না-তপ্না চংলকখি ।

অদুগুম্বা নুপী মচাদুনা, ঙসিদি মণিবাম মপা-মচাবু কযাদা লুনা চান্না তৌবিববা । অহীংদুদগী হৌনা মখোয পুন্না থা অহুম লৈমিন্নবন্নগা ঙসি থা অনীমুক ফাবক্লে, মখোয অনীতমক তোঙান্না, যুম মচা অমা শাবদুনা লৈখিবা । ঙসিদি, মখোয তশেং-তশেং ইমুং লিংদুনা যুম্বানখ্রে ।

তুবেলগী খোংবান্দা, ঙাবি অমেৎপা খবা চেদা যোন্নদুনা চেৎনা পাযবগা, অশাংবা খোইবি থাদুনা খোই চোপ্লিবা বামগোপালনা, খোই চোপ্না-চোপ্না ঙম্নমক নীংশিংলকই । মানা ফাজবা ঙাশিংদুদগী, খবা ফজবা ঙাশিংদু তোঙান্না খন্দোক্লদুনা, মযোম অনী থোক্লা যোন্লে, খবা পিকপা কাংবু অমা, অদুগা ফজবা ঙাশিংগী কাংবু অমা —। ফজবা ঙাশিংগী মযোমদু, বেগমগীদমক্তনি —।

অহানবদা মযুম যৌবন্নগা বামগোপালনা বেগমগী নাক্তা থুনা চেন্লক্তুনা, হাযবৈ —।

"বেগম —"

"বাম —" বেগমনা, যেংলক্লগা হায় "লাও, কৈদা চৎলুই ?"

"খোই চোপ্লুই —" বেগমগী নাক্তা ঙেক ফন্নবদুনা, ঙাশিংদু উৎলদুনা বামগোপালনা হায — "তুউ — মৌলানা নখোযনীগীনি" হংলকই, "মৌলানা কৈদা চৎখ্রে — ?"

নুংশিবা মতৌদা য়েংলম্নগা শকফম হঞ্জল্লদুনা, বেগমনা হায "লাক্লনি। শীংজনখিবনি।"

বামগোপালদু, বেগমগী মনাক্তা হবাওবা ফোংদোক্লদুনা মঙক নোম্রা-নোম্রদুনা ফমদুনা লৈখ্রে।



# ২১

ফতিমাহগী মচাদুনা থাবুম মাপল মপুং ফাবক্লবা অযুক অমদা, মচাগী মতৌ যেংনবদুনা ফতিমাহ অমসুং মপুবোইবা মিহিব, অনীমক পুন্না নোকমিন্নবকই । অৱাবা ৱাখল পুম্নমক, চোং-ফম্বা হৈববা মচাদুনা হুপ্না মাংথহন্নবক্লে । অসুম নোক্লিগৈ — অশবফকী মনাই নুকল হকতু ফি নম্বো অমা থোংলদুনা শুমাং মতোন্দা চংশল্লক্লুনা চপ লেপ্লবে । নুকল হকপু হেক উবকপদা, ফতিমাহ, মচা লক্লবা তোক্লদুনা হৌগৎলগা কৌবকই —

"ঈপল —।"

"ঈবেম্মা —।"

"চংবীবকউ —।"

চংলক্লে । পম্বা যাদে । ফতিনা নুকল হকপু ইমুংগী অচীকপা কানুংদা পুশল্লকই । ফম্মীন্নে । ঙসিদি, মিহিবশু মখোযগী মবক্তা ফম্বা যাওববে । ফতিমাহগী মফমদা নুকল হকনা লাক্লিবসি অনী অহুম্নক শুবে । কবিগুম্বা খঙলবদি মৌলানা ইকবাল কুবেশিগী লৈফম অসি অমুক্তা তাকপীযু হায়না তক্লবিবনি । মৌলানা ইকবালগী লৈফম, ফতি খঙদবা নত্তে, অদুবু, থোকখিবা থৌদোক অসিনা তমথীবা থৌদোক অমা ওইখ্রবসিদা, খঙই হায়না ইকবালগী

লৈফম তাক্লবগা, থৌদোকসিদা মহাক অমসুং মপুবোইবা মিহিব মখোয’নীমকশু যাওই হাযনবক্কনি হায়বসিগী কিবতনা, ঙসি ফাওবদা ফতিমাহনা নুকল হককী মফমদা ইকবালগী লৈফমদু, খঙদবা শাবদুনা তাকপা লৈত্রি । ঙসিশু, নুকল হকনা — নম্বো-ও থাবো-ও লাক্লিবসি, অতৈ অমগী ওইবম্লোই হাযবা ফতিমাহ খঙই । মবমসিনা মপুবোইবগা অমুক অনীবক্তং হুবান্দুনা যেংনবম্লগা ফতিমাহনা নুকলদা হান্না হংলকই —

"ঈপল কবি পাউ তাবা ফংলে ?"

"ঐনা কবি তাগনি, ঐদি লৌব্রাযদা লৈবনি ।" নুকল হকনা তুশোন্নবা হায "ঈবেম্মখোয তা-লাকপবা হংগে লাকপনি — ।"

"ঐখোযশু কবিমতা তাদে । ঐখোযশু, — ঈপলদগী কবিগুম্বা খবতংদি তাগে হাযবিবনি ।"

"ঐহাক্তি ঈবেম্মা, কবিমতা তাদ্রে — ।"

অশেংবনি, — । মনাই নুকল হকতু মৌলানা অমসুং বেগমগী লৈফম চাফমগী মবমদা শুকখং খংজদে ।

ঙম্নমক তুমিন-তুমিন লৈনবে ।

অহীংদুদা —

থৌদোক অদু থোক্লদবা অহীংদুদা, মবুংঙো অশবফনা ঈশৈ অমা ঙংল-ঙংলদুনা ইমুংগী থোঙজিন্দা হবাও-তযাম্না কাশনল্লকপদু, — নুকল হক নীংশিংলক্লে ।

ঈশৈদু ঙংনা-ঙংনা, বেগমবু কৌব-কৌবদুনা, মনুং থংবা বেগমগী কানুং তম্না চংশিনখিবম্মী । কানুং চংশিনখিবা ইকুই-কুইদনা অশবফকী অঙংবা ঈশৈদু লেপখিবম্মী । মতম অদু ফাওবা, নুকল,

ব্রাখংদ্রবা মতৌ তুমিন লৈবম্মী —। খঙহৌদে, মবুংঙোগী অঙংবা ঈশৈদুনা হেক লেপ্লকপগা নোংজু লেপখ্রবা খাক-লাওববা নোংখোংগুম য়াম্না পাঙ্গল্লবা,নীংশিং ব্রাখল অমনা মশাবু নীকহন্বা হৌবক্লম্মী । অকি-তুজুংবা ব্রাখন্না মনাই নুকলদু লূ-তোং পুন্বা ফুনগৎলক্লে —। লৈফম খঙখিবমদে —।

হকচাং পূন্বা হুমাং কাংলক্লে । চীক্লকপনা অশুম-অশুম হেঞ্জল্লক্লবদা, অচীকপা মতমসিনা চেন্নবক্কদৌবিবা থৌদোক অদু যেংনবগীদমক্তা, তাঙবগা মান্নববা মমীৎ অনীমক কৈগুম্না নত্তবগা অমম্বদা কুনবা হৌদোংগুম, মঙালগা লোইননা লংনা পাংলদুনা লৈবক্লে ।

মকোই চোন্নবা অদুগা অচোম্বা ফুবিৎনা হকচাং পুম্না কুপ্লবা, কোক্তা লৈতেংগুম্না যেৎলম্বা কোকযেৎনা নাক্তা কেন্থবিবা, মীৎ অনীমক চেৎনা উমশল্লবা, চীং লেন্নবা নুপাদুনা — মনমনা ফমুংদা ঙাথবদুনা, ব্রাখল যাওদ্রবা মীওইবা অমগী মতৌ — লেকথবদুনা, মথাদুদা, বেগমবু চেৎনা কোনশল্লি । খুৎকোন অদু অচেৎপা খুৎকোন্নি । অনীমক তুমখুন তান্নখবে ।

অশবফ অলি — মযাদা শাদুম চীকচববা — শাদান্বগী তেন্না থবোম্বীদা থুম্না যুংলববা, পুক হাপ্লবা, পাঙ্গল থেক্লবা নোংশাগুম্লে । কুমজা কযা ঈকং থাদা ওইবক্লবদা, ঈশিং ফংদবতনা লৈখা তাবক্লবা লৈবাক অমগী নিংথৌগুম, থৌনা লৈববা মতৌদু উৎলদুনা কুইববা মনিংশাদু থকহাননা হোল্লদুনা, ইমুংগী লমযাযদা চপ লেপ্লদুনা অনীমকপু শংত্রিক যেংলম্নগা, যেংঙমদবনা তুমিন অমুক লুকথখবে । মীৎকী পি, মশা খঙদনা শিন্থলম্বীদা খোঙদাবকই । মীৎকী পি শীন্থবক্লে খঙলক্লবদা শিন্থবক্লিবা পিদু নুংশি-শেৎনা পিবাংনি

হায়বা অশবফ মশানা যাজখিদে —। থুনা তৈথোক্লম্মী —। লূ-তোংদা, কযাৎশিন্না চেল্লস্বা, ঈগী ঈচেল — হৌননা লেপ্লখি —। খন্থুঙম্বগী থৌনা পুম্বা মনিল ওন্না মাঙ তাক্লখি — খোঙ থাংগনি খঙঙমলক্তবে। অশবফ তুমিন চপ লেপ্লে। লমযায়দা তুমিন কুইনা খোঙলেপ্লবন্নগা আশবফ থোবক্লম্মী —। থোঙজিন মনাক্তা — অকিবা ব্রাখন্না শুমহৎনা লেপ্লিবা, মমীৎ লংলবা মনাই নুকল হকতা ওনশল্লক্তুনা হায —

"কবি খল্লি — ?"

নুকল তুমিন লৈ।

"হাযযু - কবি খল্লি — ?" অশবফতু মীহাৎ তোযববা মীশককুন্নক্লে "নথব্রাযদি কিবা খঙলম্নি — নহাকমক যাওবম্বা — ।"

"ঙাযবীখো —" নুকলনা হায " ননাই — ননাইদি খঙজদে —।"

"খঙদে —" অশবফনা লংখৎলদুনা চৈবকই। "ক — কবি ? সৈতান —।"

"মহাক লাকপনি —। অহীংদা —। ঐহাক্তি খঙজদে। বেগমগী মযাথংনা —। মযাথংদুনা —।" মহাক চংখিবনি —।

অশবফ, হন্থবপ যেংলদুনা হায —

"মযাথং — ?"

"মযাথংনি —। মৌলানা ইকবাল —"

"ইকবাল ???" মবক থৎলকই "ইকবাল — ?"

"মমিংনি হায বেগমনা —"

"ইকবাল কুবেশি ? মৌলানা ইকবাল কুবেশি ?"

"অহোই — ।"

অশরফ অঙাওবগুম্লক্লে — । হায়বকই —

"ফবে হৌজিক্তী । ফবে — চৎলু — চংউ, লৈনমদা ঙাওববা অনীসিবু থুগায়রুচো । তুন্নিবসি হৌদোক্লু — । মদুদা, নহাক নবাল ফংবা তাববা ঐহাক্না শিনগনি ।" খানা য়েংলদুনা মখা তাবকই "চৎলু — থুববনি, ফিভমশিংসিতা কায়হল্লম্মু — ঐহাক চংলক্লে । শক্তমশিংসিদি য়েংবা পামদে — উকবিবা ঈমীৎ, ঈমীৎ অসে মবাল লৈববনি । চৎলু, চংউ নুরুল — ।"

নুরুল চংলক্লে । অঙকপা মতৌনি । বেগম, কন্নিংঙায় লৈবমদবে । মরু ফংনা লৈখা তাবম্লে । শক্তমশিংদু য়েংঙমদনা নুরুলনা নাশোন্ননা কৌবকই —

"বেগম, ঈবেম্মা, বেগম — ।"

মঙ হাগুম্নবা খোঞ্জেলদুদা বেগম হকচাং লেংলক্রম্মী — । নুরুল নাথৈখবে ।

মিকপ থোক্লে । কপ লাওবতদা, মৈচাক খাংনা নৈবতদা হকচা'দু পুমথীৎ-থীৎলম্মী । ঙহাক কোয়লৈ লৈনা য়েংলম্মগা বেগমনা ইকবালবু মুন্না য়েংলদুনা হৌদোবকই —

"ইকবাল ইকবাল — ইকবাল — ।"

"কবিনো —" মীৎ পাংলকই "কবিনো — ?"

"চৎখ্রো মতমসি থেংলে — ।"

"চৎলো — ?" ইকবাল কুবেশিনা লেপখৎলক্রগা তুমখুন তান্মীন্নরুববী হয়াৎতা মুন্না য়েংলদুনা হায় "ব্রাশক অসি কায়না, ঐহাক্না য়ুমসি থাদোক্তুনা চৎখিবা — ? হয়াৎ, — নঙ মদুম হায়গনু — ।"

"অদুক থম্মোই কম্বা ইকবাল নঙ । নঙ ঐবু হিংনা ফুন্নগে নীংলবা ? ইকবাল —"

"মৌলানাজি - অদাব্রস —" কনানশু খঙহৌদনা অশবফনা চীং-লেম্না কানুংদুদা চংশিল্লক্লগা ইকবালদা সলাম তৌজবে — "খুবমজবি —।"

হয়াৎ তিঙক্লবে ।

"অদাব্রস —" ইকবালনা নাওইনদনা লৈ । মীৎতি ঈকা ঈবংনবক্লে ।

"মৌলানা ইকবাল কুবেশিবু ইকাই খুম্নজবি, ঐগী ঈবাল ঙাকপীগনি —।" অশবফনা হায" লোইনবীখিফম থোকপা মীওই পূম্বা লোইনবীখিদুনা, যুম অসি, কনা তাদ্রিবৈ থাদোকপীবম্মু —। ঐগী খান্দান্দদি কন্নীবম্মু —।"

"চৎসি বেগম —" ইকবাল কুবেশিনা লৈমাযদা তাববা কোযেত্তু — খুনগৎলদুনা পাযবগা হয়াৎতা হায — "চৎলসি —।"

"ঐহাকপু, ঙাকপীযু —" হয়াৎনা ইকবালদগী নাস্থোক্লক্লগা মপুবোইবা অশবফতা মখোঙ কোল্লদুনা হাযজে — "ঐবু ঙাকপীযু ঐহাকপু ঈস্থোকপীগনু —।"

"মৌলানাজি — হাযজবিবসি তাবীযু, যুমথংনবশিংনা তাদ্রিবৈ যুমসি থাদোকপীবন্রো ।"

ইকবাল লেপ্পা ঙন্নক্কবে । তুমিন তাবস্বদগী, লৈমাযদা তুবিবী হয়াৎপু, লাক্লা চিংখৎলগা অনীমক কানুংদগী মপান থোকখিবম্মী ।

তমথীববা মবৌ চাওববা অহীংদু অশুম থোকখি । অকী-তুজুংনববা থৌদোকসিদা মশাগী মবাল মচেৎ অমত্তা যাওখিদ্রবা, কবিশু খঙজদ্রিবা অশবফ অলিগী মনাই নুকুল হকনি ।

নুকল হক — মতম কুইনা তুমিন লৈবন্নগা মাবু ঙক্লা য়েংনবিবা ফতিমাহ অমদি মপুবোইবা মিহিব অনীমক্তা য়েংলক্লগা হায় —

“নখোয়দি খঙদ্রি — অহীংদুগী মবমদা কবিশু —। ঐদি শক্তমশিংদো খবমখৈদি থেংনহৌবে।” নুকল হকনা শোল্লকই “ঐহাক পংমল্লি —। ‘ঐহাক্না ইবুংঙোবু, চেকশন্না শেন্নহৌদবে —।

অহীংদুদা, মহাক্তি থম্মোই শোকখ্রবনি। থম্মোই শোকখ্রবনি।” হন্না-হন্না শোল্লন্নগা নুকল হকনা ফিবৈদগী চেজেত্তু পুথোক্লুনা ফতিমাহদা উৎলদুনা হাযবকই — “যেংউ, ইবেম্মা শুপ্নগী ব্রাহৈ পবেং অমতংনি ইবন্নিবসি —। ঐনা মথংগী অযুক্তা ইবুংঙোগী কানুংদা চংলুই, অহীং নোংশোইবা চৌক্রিদদা যাবেক্লবা মাগী মাংগী টেবল মথক্তুদা, মখুৎনা নম্নদুনা তাবম্বা চেজেৎনি —। নোংমদি, বেগমবু থেংনববা যাই — মতমদুদা ব্রাহৈ পবেংসিমা ঐনা বেগমদা শিন্নবমগনি খনখি। মসিগীদমক্তনি — বেগমবু ঐনা হৌজিক ফাওবা মফম খুদিং চৎ-চত্তুনা থিবক্লিবসি। চেজেৎ অসিতংদি মফমদা শিন্নবমগে খল্লি।”

ফতিমাহ মাযথোং লুকথখিবম্মী।

অশেংবা থম্মোইসি খঙনবক্লবদা, থোইদোকপা ফত্তা-হৌদিদি থোক্লবোই খন্নবদুনা, ফতিমাহ অমদি মপুবোইবা মিহিব অনীমক্লা অশবফ অলিগী মনাই নুকল হকতা ইকবাল অমসুং হযাৎ বেগমগী লৈফম — যাম্না চেকশন-খোমজন্না তাকপা হাযনা থম্মোইদা লেপ্লবক্লে।

মীৎযেংশিংদু যানিংবগী ব্রাখন্না থন্নবদুনা, নুকল হকপু খঙহন-উহন্দনা হুনা, হুনা-হুনা যেংনবকই।

ও ও ও

# ২২

"Since I can never see your face
And Never shake by the hand,
I send my soul through time and space
To greet you will under stand."

**– James Elroy Flaker**

হৌখিঙৈ মতম খবদি ৱাখলদুনা মহু কাম্নৗ-কাম্নৗদুনা মাবু কোযনা তান্নবম্মী। অদুবু ঙসিদি, মাবু অমুক তান্নবক্তবে।

উমংনা শুকপা হেঞ্জল্লক্লে। উচেক ৱাযা চা'কোক থাজৎনবক্লে। উবীশিং শাবেপ্নবক্লে। তোমথীন্নবী উমংগী লৈশিং লৈনম-লৈহানবক্লে। থেবশিং চীঞ্জাক মবাং কাযনা ফংনবক্লবনা মশা কন্না-খিংনবক্লে, উমংগী অশুকপা উগী মবকশিংদা যাংনা-যাংনা লমজেল চেন্নবক্লে। কৈশিংনা শীংজন্বা খবা থৱায লৌখবে। মবমসিদগী চিংনবা, কিবা, অঙকপা, উমংগী মফমশিং মৈথানবক্লে।

মতমসিদা মণিবামদি কন্না নাদুনা লৈবে। মণিবামনা হৌগৎ-কাংখৎপা ঙমদনা নাবক্লবসিদদি মৌলানা ইকবাল কুবেশিনা লমন শিংবগুম, মণিবামগী চীঞ্জাক হন্বা তাবক্লে। থৌদাংসিদা ইকবাললনা থব্রায যাওনা হোৎনজে। মবমদি — মানা শিংবতনা ব্রাৎলগদবা মযাম্বা মণিবামগী লমন্নি। মণিবামগী মচা নুপা বামগোপালগা লোযনবদুনা, ইকবাল কুবেশিনা হি হোন্দুনা জিলা কৈথেল কাদুনা, পোত্তিক পোৎযোন্নদুনা শেন তাম্লন্মী, — মবক মবক্তা, লী যাম্লন্মী অমসুং শীং চল্লন্মী। অশুম্না ঙহাক্তা পোৎথাদনা হোৎনবক্লিবসি উবগা মণিবামদু, মশা ঙমদ-ঙমদনা, চৈশু শুবদুনা হযাৎ বেগমবু হেক-হেক শঙবা লাকই। মণিবামগী হঙোইববা অদুগা মবী-মতানববা মতৌদুদা, হযাৎনা হেন্না হঙোইজবন্মী অমসুং মবী মতানজনা, পোক্তা-পোকমিন্নবা মবুংগুম খঞ্জবন্মী। হযাৎনা মণিবামগী ফিদা অমা মঙোলদা থাজবন্নগা ইমুংগী মকম্নবা মফমদা চংশিন্দুনা, অখাযবা অশেৎপা লীশিংদু পুথোক্লদুনা পক্লীবা মকোইশিংদু মন্থোক্লদুনা লৈ। অদুগা মণিবামনা মঙোলদা ফন্নদুনা হযাৎপু শংলি —।

হৌখি, — চককী মীওইবশিংনা সনা হাযবা পোৎশকসি মশক খংদ্রিঙৈ — যোৎতা কোবিদা অদুগা উপাক্কী লৈতেং পোৎশকশিংদা, তম্ফাবু তোপ্লবদুনা লৈতেংনবন্মী —। অদুগা চাওখৎলকপগী খোঙথাংনা খুমাং চাওখৎলক্লবা ঙসিগী মীওইবশিংনদি অমুক, যোৎ-কোবি অমদি উপাক্তা তোপ্লবম্বা লংলবা তম্ফাদু সনাদা অমুক তোপ্লবক্লে —। মসি উবকপসিদদি ঙম্নমক তম্ফাগী খ্বাইদগী চান্নবা শীজন্নফমসি মশক খঙনবক্লে —। সনা অদুগা তম্ফা। মতম অমদা ইকবাললনা খুদুম চন্দ্রিঙৈদা অশবফ অলিগীতা ওইদুনা

পুক্সি ঈখম্নখিগনি খল্লম্বী হয়াৎ বেগম, ঙসিদি যেলহৌঙৈগী চান্নবা ইকবাল কুবেশিনা থম্মোইবু অদুগা হকচাংবু নৌনা অমুক খুদুম চল্লক্লবসিদদি, অশবফপু তবাই-তবাইনমক নত্তববশু কাওথোকপা ফাওবদি ঙম্লক্লে —। কাযনা শেৎনকুববা চান্নবা-চান্নবী অনীনা খুদোংচাবা অমদগী অমুক পন্থুংমিন্নবা ফংলবদা, লাইবৈপাক্কী লৈকোনগী লৈবাংবু নাপ খুদোন্নবকই —।

ইক্‌বাল — হযাৎপু পুদুনা লাকখিবা নুমিৎ'তুদগী ব্রাখল থম্বগী চাং হেনগৎলকখি । ইকবালনা অযাম্বা মতমদা তান্নবা অদুগা নক্লবা উখোং-ব্রাখোংশিংদা ফমদুনতা লৈ —। কবি খল্লিবনো কনানশু খঙনবা ঙম্রমদে । অহীংদনা - (মম্রবশু মমদ্রবশু) শুমাংদা, থেঙলবা মতম ফাওবদা, মদোমতমক ফম্নদুনা লেল্লি —। অতিযাদা, থব্রানমীচাকশিংনা অদুগা কবিগুম্বদনা তপ্পা-তপ্পা পাইদুনা চৎখ্রিবা লৈচীলশিংদা যেংলম্মী । যেংলিবসিগী কান্নবদি ? ইকবাল মশামক্ল শু খঙজবা ঙমদে —।

নৌবিঙৈ মতমশিংদুদদি, হযাৎনা ইকবালগী মনাক নকঙমখিদে। অদুবু মতম্না চিক্লা-চিক্লা হৌখ্রবদা, কুইশল্লক্লবসিদদি, মহৌশানা-উবীশিংবু মঙগুম-হাগুম উশিংদা হেক-হেক যেৎশিনহম্বগুম, তুবেলশিংবু ঈপাক্তা হেক-হেক তিনশিনগুম, মদোম তুমিন ফম্নীবা মপুবোইবা শক্লবা মৌলানা ইকবাল কুবেশিগী নাক, হযাৎ থোবক্তুনা হেক-হেক ফম্নবা হৌবক্লে। কবম্বা তেমশিংনবা মব্রাখল অমগা —? মদুদি, হযাৎ মশানশু খঙজদে —। ফম্নবতনি, মনাক নকশিম্বতনি, ব্রা-লানদি অমত্তা ঙাংনবমদে —। তুমিন-তুমিন —। কবিগুম্বদনা —তুমিন ফম্নম্বদগী ইকবাল কুবেশিনা, নাক্তা তুমিন ফম্নবিবা হযাৎ বেগমগী নাপীদা

শৌবিবা, থোৎ নৌববী (মযেং খবতংদি তাথবে) খুজেংদুদা তাপ্না পাযবকই। হয়াৎ — ইকবালদা হকচাংনা খরতং নকশল ঙাশল্লকপগুম তৌই। খুদাংদু পাযনা-পাযনা, হকচাংদুনা ঙাথ-ঙাথনা, থোকখিবা থৌদোকশিংবু নীংশিংনবকই —। মীৎশিংদুদা শং-শং উনবকই —। হৌদোকপদদি তৌদ্রে। ব্রাবীশিংদুগী মবমদা খবতং হেক হৌদোক্লুবদা হয়াৎনা খাঙঙম পুঙমলক্লোইদবদু মৌলানা ইকবাল কুবেশিনা উবা ফংই।

অশুম্না লমচৎনবম্মী —।

হৌজিক্তী কুইশল্লক্লে। লমচৎশিংদু ঙম্নমক হোংনবক্লে। হৌজিক্তী তশেং-তশেংলে — যুম্বানমিন্নববা নুপী অদুগা নুপানি।

খঙহৌদে, হয়াৎনা মকোয চোন্নবা লিশিংদু নাম্থোক মম্থোক্তুনা লৈবিঙৈ, মঙ্গোলদা তুশোন্ননা ফন্রিবা মণিবামনা কৌবকই —

"বেগম — ঈবেম্মা। তাববা হয়াৎ। মী লাক্লি।"

হয়াৎ চেম্থোবকই —। তান্নবা মফমসিদা মহাক লাক্লম্লে —। বেগমনা কৌই —

"নুকু —!! নুকল —!!"

"বেগম —" নুকলনা চৈনা ফাথবদুনা খুম্নকই — "বেগম "ঐহাক লাকচবি —"

"লাও —" বেগমনা হৈনদনা হায — "লা-ও —ইমুং চংলকউ —। চংলকউ —।"

অতোপ্পা নুপা অমগী নুপী শকখ্রবীনি — যেংঙম্রক্লোই খল্লদুনা নুকল হকনা হায — "বেগম — ঐহাক চংলবোই —"

"চংলকখো ঙহাক্তুংদি —।

ব্রাফমদুমতংগা ফোংদোকনিংই । চংলম্বা তাবে । নুকল হক হঙ্গোইবা মতৌ, মণিবামগী মাংদা শম্নদুনা ইমুং চংশল্লক্লে — ।

চীক্লবা কানুংদুদা হযাৎনা লুকথবদুনা তপ্না হংলকই —

"কবি থবক্কী ? অশুক থাপ্না নঙনা নুকল —?"

থা কযা কোযনা চৎলক্লবা মতুং, ঙসিদি মফমসিদা বেগমগা থেংনজবে —"নুকলনা চেজেত্তু উৎলদুনা "পুন্সি অসিনা লোইদ্রিঙৈ মনুংদা, বেগম নঙগী নফমদা মসিমতংদি শিন্নজবমগে খন্বনা মফম কযা লেপ্তুনা থিজবকপনি । ফংবা লৈতে । অদুবু, ঈবেম্মা ফতিমাহনা তাকপীবকপদগী লমদম অসিদা ঐহাক ঈবেম্মবু থিব-থিবদুনা লাকচবনি । থা অনী লমদমসিদা খাঙলক্লে — ।

"কবি—গী চেজেৎ —?" লুকথবি ।

"লৌশনহৌ বেগম, শুপ্নগী ব্রাহে পবেং অমত্তনি ।"

হযাৎ তুমীন লৈ । যানিংদবা মতৌদু উবগা নুকলনা থম্মোই শোক্লা হায "থোইদোকপা তেক কাযবা লৈবোই চেজেৎসি লৌশলহৌ — । হৌজিক মহাক, অল্লাহগী খুযা খাদা তিনখ্রবনি । চিংনগনু বেগম ।"

"কবি —নুকল —?" যেংখৎলক্লে "কবি —?"

"ঈবুংঙো, অশবফ — " নুকলনা মপি তৈথোক্লগা হায "অহীংদুমক্তদা নোঙ্গাখবে বেগম — ।"

"নোঙ্গাখবে —!!" অঙাওবীগুম্নকই —হযাৎতু কপ লাওবা তৌদে । মীকুপ্তা, হিংলি হাযবা খঙদ্রবা, তবংনবা, হাংলবা ব্রাখন্দা পুন্সিনা লৈনা তাওখিবম্মী । লুকথখিবদগী হঙ্গৎলকখিদবে ।

* * * * * * *

কোবৌহন্নবগী অথকপা মশেক মঙালনা চাইথবক্লবদা লৈগী লৈনমশিং অমুক শন্দোরক্লে ! উমংগী অকংবা উনা-ব্রানাশিংগী মবক্তা অইংবা নুংশিৎ হুমলক্লে । উচেক খোংনবক্লে । হিদিঙ্গা ললোন্নশীং ঈশৈ শক্ল-শক্লদুনা, মহৈ-মহৈ শেন্দোং পানবদুনা যুমহন্নবক্লে ।

"বেগম — হয়াৎ —"

"কবি ! ঐগী ঈমিং পন্দুনা — নঙনশু" যেংখৎলক্লগা শকফম ওল্লদুনা হয়াৎ ঙক্লা শোল্লকই — "নুকল ? - ও !" ব্রাখল তাবক্লদুনা হংলকই "হন্নীবক্লববা — ?"

"কবিনো হয়াৎ — ? কনানো — ? নুকল — ?" ইকবালনা হংলকই — "নুকল ? মফমসিদা কনাশু লৈতে— কনা লাক্লস্মী — ?"

হয়াৎ তুমিন লৈখবে ।

হয়াৎকী মতৌ ঙহাক ঙক্লা যেংলম্লগা মৌলানা ইকবাল কুবেশি ব্রাখল খন্না-খন্না, মপান থোকখিবস্মী ।

মতম অদ্ থেংলম্লে — । মণিবাম্লা চৎখিবশু — অদুগা নুকল হকনা চৎখিবশু ঙম্নমক খঙহৌদবা ওইবম্লে — । তাম্লবা লমদমসিদা লাক্লম্লে, হৌজিক্লা মহাক কৈদা অমুক লৈবম-চৎলমখিগনি ? খন্না খন্না যেংথবকপদা হয়াৎ চেজেৎতু থেংনবকই — মনাক্তা, লৈমাযদা তাবম্লি । নুকলনা থম্নম্বনি । শুপ্লগী ব্রাহৈ পবেং অমত্তনি — । পাবদি থোক্লে কবি হাযবিবনো হাযবদুদি খঙদে । মযেক্তু আববীনি — ব্রাহৈদুদি হয়াৎ খঙদবে । মৌলানদি শোযদনা খঙলমগনি — । হয়াৎ খঙনিংবগী চাং হেনগৎলকই — । ফুম্বংনবক্লে ।

মহৌশাগী মতৌ মণিবামগী মচানুপা বামগোপালনা মপাবু মযুমদা থিল্লুবগা হোবে-হোবে চেল্লক্কুনা ফুম্বংনবীবী হয়াৎ বেগমগী নমদা ঙাথজরদুনা কৌবকই —

"বে — গম — ।"

"হাও —" তুমিন লৈখি — ।

"কৈদৌবে — হকচাং ঙমদ্রববা — ?"

"ঙম্মী —" তেন্না-তেন্না খুম্মী । কবিগুম্বা খবতং কুপ্পা খন্বা হোৎনবি — । "নাদে —, ফম্মু — । ব্রা হাযগে — ।"

"ফল্লে —" বামগোপালনা হংই "কবিনো ?"

"চৎলু নহাক মৌলানাদা" চেজেত্তু পীদুনা হায "চেজেৎ, অসি পীকচো, কবি হাযবিবনো হাযনা হংলকউ ।"

"কৈদা — লৈ — ?"

"খঙদে, থিক উমংদা — ।"

বামগোপাল উমংদা মৌলানাবু থিবক্লে । তাম্না, যাম্না তাম্না, মরু কোক্লবা অকংবা উ অমগী মখোংদুদা, মৌলানাদু, মুব্দ লুকথবদুনা তুমিন ফম্লি । বামগোপালনা চেনশল্লক্লগা হাযবৈ "মৌ — লা — না — ।"

"কনা — ? বাম ! কৈনো — ?"

"যেংউ" চেদু উৎলি "অসি যেংউ ।"

" 'সি কৈদৌবা ?"

"ইবিবা ব্রাহৈদু কবি হাযবিবনো হংলুচো লাক্লিবনি ।"

ইকবাল কুবেশিনা চেজেৎতু পাই ।

পংই-ইবম্বগী মতৌ মাল্লি —

"হয়াৎ—" অদুগা মখাদা খোবিগুম্না অববি মযেক্লা ইদুনা লৈ — "অসিদকল্লাহু তাললা ফিদ-দাবিযন।"

*　　*　　*　　*　　*　　*　　*

মল্লবা চেজেৎ অসি, অদুগা তেনখ্রবী পংই ইবম্বা ব্রাহৈ মতেকসি তবাই-তবাইবা, অচম্বা ব্রাহৈ নত্তে। মৌলানা ইকবাল কুবেশি খঙহৌদনা মীৎ ঈকানবকই —। ফুক হৌগৎলদুনা যুম তম্না খোঙ থাংলক্লে। উখোঙদুদা ঙহাক চপ্‌ লেপ্লদুনা যেংলম্লগা চৎখি। বামগোপালদুশু থাপ্লপ মৌলানাগী মতুং ইন্নবদুনা লাকই।

ইকবালনা হযাৎকী তুংদা খঙহৌদনা চপ লেপ্লবগা হংলম্মী—

"নুকল হক, অশবফকী মীনাইদু ঐগী যুমসিদা লাক্লম্মী? নত্তবা?"

"লাক্লম্মী।"

"কৈদা অমুক লোৎখিবি তাকউ — ?"

"খঙহৌদ্রে" হযাৎ খুমজে "ঐনা লুকথবিঙৈ, ঐহাক মানা ঈনাক্তগী চৎখিবা খঙহৌদবে। দাজি মণিবামদি মাঙ্গোলদা ফম্লম্মী — খঙলম্বা যাই —।"

"হাযযু — হযাৎ মহাক অশুক তাম্না যুমসিদা কবিগী লাক্লম্মী? মবুংঙোগী অবোন্বা পাউ —" ইকবালনা শাওনা মখা তাবকই "নত্তবা ? কবিগুম্বদা হৌজিক ফাওবা নখোযনীগী অচেৎপা ব্রাশক অমা লৈবম্বা থোক্লবা, — শেংনা হাযযু, মৌলানা ইকবাল ঐহাক হান্ননা ঈঙক অসি কক্তুনা থব্রায থাখিগে। নত্তববদি নখোয অনীমক ব্রাশক্তুনা পাঙঙম্লবোই। নীংবা কাইনহৌবনি —।"

"নত্তে নত্তে। ইকবাল, খুদানা খঙলিগনি। কশম-নি, মদু নত্তে।"

"খুদা-না খঙলিগনি" ইকবালশু হায — "মদু নত্তে ? খঙলিনি ?"

"নত্তেনে ইকবাল —"

"নত্তে — ?"

"কশম —"

"নত্তে ?" হংলকই "কবি ওইবা তাবি — ?"

"মহাক লৈখিদবে। ব্রাহে পবেংদুমা ইবন্নগা। নুকল হকনা লাক্লম্বা অতৈগী নত্তে ...।"

ইকবাল তুমিন লৈ। থোংনাওদা যেংলি —। ইবন্নিবা ব্রাহৈদু নীংশিংলকই —

"হযাৎ — নহাক দুনিযাদশু অদুগা (তাইবংসিনা তুম্না মাঙ-তাক্লক্কদৌবা, তমথীববা মতম) কযামৎ-তশু নহাক্কী পুন্সিনা নুংঙাই-যাইফনা পালহৌকো —।"

নীংশংলন্নগা ইকবালনা থম্মোইদা খল্লকই —

"ওন্থোক্না চাওখ্রবা কযামৎ ফাওবগী খুদোল অমা হযাৎকীদমক্তা অশবফ অলিনা তম্লম্নে —।"

* * * * * *

কুইববগী মতুং, হযাৎনা হাযজৈ —

"মহাক্কীদমক —।"

"মহাক্কীদমক" ইকবালনা মবক থৎলকই "নমাজ শোন্নিংই ? নত্তবা — ? তৌ, — নপুক্নিং চংনা, মহাক্কীদমক্তা নমাজ তৌগদবনি —।"

হযাৎ খুমজদে —।

মৌলানা ইকবাল কুবেশি — মতম কুইনা শোক্ল পায়কদ্রবা কুব-আনসরিফতু লৌথোক্লবগা, লৈখিদ্রবা থব্রায়সিনা তাজবা পান্নবা — ''যাশিন সুবাবু'' হাইদোক্লনা, অশবফকী থব্রাযবু অল্লাহনা তবাম্নবীনবগীদমক্তা — শোন্নবা হৌবকই।

কোকখুমফিনা মাযথোংবু কয়াৎ শেম্না খুন্নদুনা খুৎ লোন্নবদুনা হযাৎ বেগম অশবফকীদমক্তা পুক্লিং চংনা নমাজ তৌরক্লে।

* * * * * * *

বামগোপালদি, থেংলবা অহীংফাওবা মৌলানাগা হেক-হেক ফম্মীন্নদুনা লৈ। ঙসাইমখৈ, তৌনবিবা মতৌদু বামগোপালনা থোঙনাওগী অহোবা মখুন্দা ঙম্নমক যেংদুনা লৈকই। ঙম্নমক উথোক্লববা — বামগোপালদু কবি মতৌনো হায়না হংজনীংবনি অদুবু কিবনা হংঙমজদে।

কুইনা ফন্নক্লবদা অহীংগী থব্রানমিচাকশিংবু মশীং থীবগুম মীৎচান্নদুনা তুমিন ফন্নিবা ইকবাল কুবেশিদা হংলকই —

''মৌ-লা-না — ?

''কবিনো — ? তুমিন লৈয়ু —।''

''কবিনো ঙসাইমখৈ বেগম নখোযনিনা তৌবিবদো — ?''

তুমিন লৈবম্বদগী মৌলানা ইকবাল কুবেশিনা তপ্না হাযবকই —

''লংজখিবা ঈবালনা ইশাবু চাকথেকপা হৌবক্লবনি — '' হংলকই ''মদুবু নহাক উহৌববা — ?''

অহীংদু থেংলে। লৈনম্না অহম্বা লৈরক্তবে। উচেকশিংগী অখোংবা খোঞ্জেল লৎনবক্লে। নুমিদাং হিহোম্বশিংগী ঈশৈ মযেক শেংলক্লে —। বামগোপালনা অকিবা পোক্লদুনা হায —

"চংলসি ইমুংদা —।"

থম্মোইনা মৈচাক পুঙম্নক্তবদা মৌলানা ইকবাল কুবেশি, লেপখৎলক্লে। বামগোপালগী মবেংবান্দা চৈঙাক ওইনা নমতক কোল্লদুনা ফুইনা শোল্লকই —

"হাই, পবরব — দি — গাব —।"

খোঞ্জেলদু হুন্নিবা নুংশিৎকী শাহুম্না ঈবোইননা হুমখ্রসনু —। লমদম শিন্না, য়াম্না তাম্না — খোঞ্জেলদু হুমখ্রসনু —।



## লোইরবা

# পাচাগী অতৈ লাইৰিকশিং

## হঁযাত বেগম

“হযাত বেগম নুংশি নুংওলগী ৰাবীনি অদুবু ৰাবীদি অচম্বা ৰাবী নত্তে।”

“তুং... ম পন্থদনা চেম্লদ্রবসু লৈকোনগী লৈবাংগুম্না মতাং খুদিং নীংথিবা ৰাখল পোকহল্লি।”

“ৰাবীগী স্টাইল যাম্নমক নীংথিজে।”

**ওল ইন্দিযা বেডিও, ইম্ফাল**

## না তাথীবা অহল অমা

“মায়কৈ খুদিংমক পেন্দবা অমসুং নীংবা কাযবনা লাঙ্গোই চনশিল্লক্লবা শাওববা নহা অমগী মীৎযেং মযেক শেংনা ফোংদোকই। মতমগী লৈঙাক-লৌন্না অপেম্বা পীবা ঙমদ্রবা পুক্লিং লৈতাদ্রবা, সমাজগী অমোৎপা মবক্তা ঈবাক্লববা মীওই অমগা নুংগী তাইবংদা কুমথদুনা ইন্নব ফক্লপিবিযেন্স পুথোক্লবা হোৎনবা অনৌবা খুৎইনি।”

**মিংশেল**

## হজ্জ

“হজ্জ (১৯৭০) অসিদি বোমানতিক নোবেলনি। ...... . .. .....
পাউখুম ফংলবোইদবা নুংশিবগী ৰাহং কযা হংলি মানা অপাম নুংশি মৈখুলক্তা ঙাওববা কয়াগী। পুন্সি হাযবসি তম্বা ঙমদে, নুংশিবা হাযবসি অঙাওবনি সমাজগী চৎনবীনা মখোযদা চংদে ........ ................... ..”

**মিংশেল**

## ইম্ফাল অমসুং মাগী ঈশিং নুংশিৎকী ফিভম

“মণিপুৰী সাহিত্যদা পুম্নৌ নৌবা মওংগী উপন্যাস খুদোম্নি। য়েক্লিবা পুম্নমক মাযকৈ অমদা নত্তগা অমদা লৈখা তাবক্লবা, পৎথ পূমথবক্লবা সমাজ অসিগী মশক মক্তনি —”

**ৰাখল**

# পাচাগী অতৈ লাইরিকশিং

## অনৌবা পাউ অমা

"উপন্যাস অসিদা ঐখোয়না ঐখোযগী পুন্সিদা অশা তৌবা — মক ওইনা ফজবা নিয়ম নাইববা পুন্সি মহিং অমসুং চান্ন-চিন্নবা হিংবা হায়বদুদগী ওন্ন-তৈনবা ফল ফংলকপা মতমদা হিংলিবা ঐগী পুন্সিগা তাযশিন্নবা য়াদবা ফিভম অদু উৎল্লি। মদুগী ফলনা ঐখোয়বু নাওকোল্লিবা পুন্সিসিবু তুক্কচবকই অদুদগী মসিনা মবম ওইদুনা তাইবং মীওই পুম্নবু নীংবা কায়না তুক্কৎচনা উরকই।"

মিংশেল

## লাঙ্গোইনাই

"লাইবিক অসিদা পুখৎলক্লিবা প্রোব্লেম অসি মফম খুদিংদা মতম খুদিংদা চুমগনি, এপ্লিকেবল ওইগনি হায়বগী ক্লেম অমা পাচানা তৌবি।"

ঋতু

## লম অসিদা ঐবু খঙবা অমতংদি থোবকপা ফৈ

"পুন্সি অসি ৱাহং কযা হংদুনা শান্নবদা ইতোমতা পাউখুম পিজবা তাই। পুন্সি মশক তাকপা অসি Universal definition না যাদে ঈশা ঈশানা পুন্সি মশক তাকচবা তাই। ইশাগী definition পীজবা তাবে। (থিমদি) Loneliness নি। পুন্সি অসি *melancholy* ওইবা হেল্লকই। (ৱাবীদি) *Artiste, Painter* অমগী বাবীনি।"

মিংশেল

## পিগী ৱাবী

"উপন্যাস মচা অসি নুংশিবা অমসুং ধর্ম্ম অনী যেৎনবগী লাম্হৈংনি। লাম্হৈং অসিদা ধর্ম্মগী অশেংবা মশক-কন্থোকপা, শ্রদ্ধা উগনি, অদুগা পিবোইনববা থম্মোই থুমহৎলবা নুংশিবগী শক্লোন অমসু থেংনগনি।"

সাহিত্য

# পাচাগী অতৈ লাইরিকশিং

থানিল

"য়াম্না বোমান্টিক ওইনা শাগৎলক্লিবা উপন্যাস অসিদা পাচানা য়েক্লিবদি চবিত্র অনী অসিগী নুংগী শক্রোনশিং অদুনি — মদুদি — পাইরিবা লৈচিলগুম্না মখল-মখলগী শক্তম লৌদুনা উপন্যাস অসিগী চেনাশিংদা উবা ফংই।"

পাচা অমসুং মাগী সাহিত্য

কলিমাই মমাংদা লাইবক কৎপসু য়াওই কত্তবসু যাওই

" মীওইবনা লৌনবিবা থাজবগী ব্রাংমদা থোক্লিবা থৌদোকশিং খবা বিথু কৌবা নুপা অমনা হৌখিবা পুন্সিগী থৌদোক নীংশিংবগা লোইননা উৎলকই।"

সেমিনাব, পাচা মীতৈগী উপন্যাস




দি পাচ পাব্লিকেসন্স

সেগা-লম্বী, থৌদাভাবোক লৈকাই

ইম্ফাল, মণিপুব

৭৯৫০০১

লাইবিক ফংফম

সৈত্য বুক হাউস

লক্ষ্মী বাজাব, ইম্ফাল, মণিপুব — ৭৯৫০০১

# পাচাগী ফোংলবা লাইরিকশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১) | হযাৎ বেগম | — | ১৯৬৭ |
| ২) | না তাথীবা অহল অমা | — | ১৯৬৯ |
| ৩) | হজ্জ | — | ১৯৭১ |
| ৪) | ঈম্ফাল অমসুং মাগী ঈশীং নুঙশীৎকী ফীভম | — | ১৯৭২ |
| ৫) | অনৌবা পাউ অমা | — | ১৯৭৩ |
| ৬) | লাঙ্গোইনাই | — | ১৯৭৩ |
| ৭) | লম অসিদা ঐবু খঙবা মী অমতং থোবকপা ফৈ | — | ১৯৭৫ |
| ৮) | পিগী ব্রাবী | — | ১৯৭৭ |
| ৯) | থানিল | — | ১৯৭৯ |
| ১০) | কালিমাই মমাংদা লাইবক কৎপসু যাওই কত্তবসু যাওই | — | ১৯৯১ |
| ১১) | মীওইবগী ব্রাকৎ | — | ১৯৯১ |
| ১২) | ঈবৈবাক ঈবৈবাক | — | ২০০২ |

